শরৎ পব্লিকেসন্স

# য়োকচবী
# বাঙ্গলা দেশ

সুধীর নাওরোইবম

**YOKCHABI BANGALA DESH— a collection of Manipuri short stories by Sudhir Naoroibam, [illegible]/1990**

অহানবা কোঙবা : ১৯৯০

অকোঙবা : অইবা মশানা শরৎ পব্লিকেসন
ওইনাংগী ১৩শুবা পুদোল ওইনা
পুথোকপা।

[illegible] থোকপা হক : অইবা

[illegible] : [illegible]

মখুম : সুধীর নাওরোইবম

ব্লোক শাবা : মণি এণ্ড সন্স, এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল

লাইরিক নম্বম : পোপুলর প্রেস অমসুং সিটি প্রেস,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

মমল : লুপা [illegible]



মণিপুর [illegible],
শিক্ষা বিভাগকী লেলগী মতেংগা লোয়নবা কোঙবা।

নহাকপু
হিংলিবরা নত্রগা শিত্রবরা !
থাবল করবদু কত্রবদু নঙদু নীংশিংঙি হেক্তা ।

খোলা থীনা চৈজনবদু
অহুবু নঙদি মীওইবনি,
সমাজ'শিনা লাম্না ইন্থোকলবদু
অহুবু নঙদি মীওইবনি ।

পাউজেলরি "থোকচবী বাঙলা দেশ" না
নঙ লাক্লো
নঙ লাক্লো ।

## শরৎ পব্লিকেশনকী ১৩শুবা খুদোল

## "য়োকচবী বাঙ্গলা দেশ" ১৯৯০

চহীসিগী ওইনা য়ারী মচা ১১ য়াওরবা লাইরিক অসিমা পুখোকচরি শিন্নজরি অতানবা ওইনা নোংরিবা জাইবা অমা ( সুধীর নাওরোইবম ) বু সাহিত্য প্রেমিশিংগী মফমদা। সুধীরনা থৃংই ওইরিঙেগী শিন্দমখংলকপা য়ারী মচা খরা ঐনা পাবা ফংখি। মাগী য়ারীশিং পাক্নবদা ঐঙোন্দা মুংঙাইবা ঈথৃক অমদি ফাংখি। লাইরিক ইগনবা, সাহিত্যবু মুংশিবা ইনাও অমদি ইরৈকাইসিদা ফাওরকলেদনা হায়বগী মুংঙাইজবা অমা অহুগা মঙোন্দা ফাওরকলিবা ইনিংবগী ইথিলশিংসিবু পুক্নিং থোগৎপীনিংবগী রাখল অমনে, অনীসিনা লমজিংহনা পব্লিকেসন অসিগী ১৩শুবা খুদোল ওইনা পুখোকচে।

অইবনা পামজবা রাখল, থৃংই, ভাব, পান্দম পুন্নমক্না করিগুম্বা শেম শাবা অমতা তৌকবা নত্তে, মহুমক পুখোকপনি। মসিগী তুংদা মঙোন্দগী হেন্না ফবা পোৎথোক কয়া আশা তৌরম্বদগীনি, মসিনা শিন্দম ওইরগা।

ওইনাম বাজার  
জুলাই ১৯৯০

শরৎচন্দ্র থোংথোম্বা

# বাহৈ থরদং

হৈজ-শিংজবদি অজমে। লামজক্লবনি। কলাকি, ঐঙোন্দনা নিশানি। "ঐ ভাওই। অহুদগীদি উ, ইরি ফজবা ফজদবা। করি তম্নীংবা কবিহোয়নৌংবা,—ম্নসিদি ঐগী ইমাজিনেশন অমদি নিশা পাল্লবা অমগী মীকি লাইকিদবগী মতিক মতৌ অনীগী অপুনবা শক্তএনি। অচুম অরালগী মায়কৈদদি ঐদি থোইদোক্না শঙজবা তাংনি। অদুবু অপঙ থৌনানি হায়বমক্তি হায়জমীংদে। য়াজরিবদি পাউ কাওনরোইদ্রা হায়বসিনি।

শরুং পব্লিকেসনগী ওইনা ইয়াম্বা শরৎচন্দ্র নোংথে য়না হয়াও হরাও লৌশিনবীবা অমদি মশাগী চিন্নবা মথৌ কয়া কাইথোক-পিদুনা বনাল কয়াদা পুক্লিং চঙসিনবীবা লোয়নবা য়াহৈ চিথ নাম্বা কবাদসু নীংশিংবীরকুনা হেন্না পুক্লিং থৌগৎপিবগীদমক ইয়াম্বা অসির্গা মফমদদি চুম্না মনাও অমা ওইবগী মথক্তা হেন্না লমন তোন-শিন্জরে। তৌবীমন থগবা উচ্চরি। অদুবু অশোয়বা কয়াদি য়াওগ্রে! মরু ওইমা বরালগী উনিফোর্ম ওইদবা অদুগা তশেংনা লাকখিবা (প্রেসকী মযেক য়াংপনসু) কয়াসু য়াওগ্রে। চেদসু মায়দবা কয়া য়াওগ্রে। লাইরিক অমগী ফজবা লু নানবা অদুদি ওইদ্রে। মসি ঐগী অশোয়বনি। ঐনা চেকশিলহোঁদবননি। অশোয়-অঙাম য়াও-দনা মরামদা শিন্নজবা ওনজনবসিগীদমক ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসিবু নম্বদা শেলগী মতেং পীবীরকখিবা মণিপুর সরকারগী এডুকেসন ডাইরেক্টর (এস) অমদি ঐগী মরূপ ওইনাম সমরেন্দ্র, অতৈ মরূপ মপাংশিং অদুগা শেলগী থোইনা থনবীদনা লাইরিক অসিবু নম্বীখিবা পোপুলর প্রেসকী প্রোপাইটর তামো কশিত অমদি সিটি প্রেসকী প্রোপাইটর ইয়াম্বা শরৎ, লোইননা প্রেসকী ইটিন-ইনাওশিং থবাই পুম্নমক্কী তেংবাংগীদনক থাগৎচরি অমদি তৌবীমন থগবা উচ্চরি।

— ম্নইবা

# য়োকচবী
# বাঙ্গলা দেশ

( ১৯৮৭-১৯৮৯ )

ৱোকচবী বাঙ্গলা দেশ

# উপু দুকান

টিডিম সাইডতদি চন্দ্রজিনী খণ্ডদবা য়াওদে। অয়ামবনদি 'চন্দ্রদেবী' কৌই, খঙনৈ। 'চন্দ্র' খক্তং হাযবস্থু য়াওই। থৌনা ফবগী, শা-লালদা হৈ-শিংবগী 'দেবী' হাপ্পা নত্তে। মশক ফজবা শাবান চুম্বা পুন্সি কারবাবদা হৈ শিংবা অমদি অতৈ হীরমদা থোইদোকপা গুণ লৈবদগী 'দেবী' হায়বিবনি; নোংমা লৈপুঙ ৱাক্নীদা হায়নখি। ফজবী অমনি, (মুপী ওইবগী কীভম চুম্বগী) ঐস্থু য়াই, ফজৈ। মরেপ্পা ঙমতক তৌই। কুলৈ কুচু ওইজরবস্থু মঙাল নাই, নাতোন ভুমই। অমুবা মশাম্মা রাংনা পুনখৎপ্রগা চুবাদ খরা নাম্থহোহ্‌না খজাইরোমদা তারকপহুদি য়েংবদা ফনা মুংঙাই, মীৎকী কাচিন কোয়া য়োই। চহী কুস্থা থাদোক্লবীনি থাজদে।

সুধীরগী ৱারী মচা মচা

গাড়ি অকা অকুম চাথোক চংশিন, ওফিসারশিং অতৈ অতৈ মাগী মনাক্তা ওহাক পল্লমদবা য়াওদে; চঙলমদবা লৈতে। মাগী উপু তুকান্দা, ( উপু তুকান হায়্রজবতনি হায়রপ চাউই ) ১মিংনা পান তুকান। কাদ নত্তনা নোংমগী জীবীকাগী পোংচত অয়াম্বা ফংই। মাগী তনৌরবী খুৎশাশিংতুনা লৈতুনা তপলরুপা ৱাবু খূৎথেংননা লৌজনীংবা কাংবু অতুননি চন্দ্রজিনীবু 'চন্দ্রদেবী' কোংগ্নিবা। মানা মমিং চংলিবসি ইচম চম্না তুকান খক্তংনা নত্তমাল্লে; মফমতু গ্রোসরি শোপ মরাং কাই কাতুকান মনীংথি।

নোংমা কা চারবা মুপা অমনা হায়, "ইবেম্মা চন্দ্র, ৱাগী ৱা'নি হায়রবু নওগী মি'সি ফনা শাউনা লাকলবসু হায়রদা শাউরকই নত্রগা শাউনা কৌরকই খওলোইবু ....—।"

অ, আ, ই, ঈ — ।

ক, খ, গ. ঘ —— ।

অশেংবনি 'চন্দ্রা' নত্রগা 'চন্দ্রদেবী' ৱাহৈ অসিগী উচ্চারন অনেম্বা স্কেলনি।

করম্না মাগী মিং অসি ওনখ্রিবনো চন্দ্রজিনী মশামক্তি খওজদে। ওল্লকপগী মরম খিগৎলুবগী মহুত্তা কৌবীনবা মী য়ামথৎলকপনি মানা পামলিবসি। অরাকপা অমত্তা লেম্না হলংহনখিদনবা হোৎনৈ, করিনো অমদি নমতুনা লৈহনথি। মতুংসু ইজ্জৎ য়াওননি, অচোপ অরেম খিদনা পওয়োন য়োনবা নত্তে। খওদে য়াম্না হৈ, হেক্তা লৈনীংহল্লি। অতুগা কুইনা লৈহনগে লৈহল্লোই হায়বসিসু মহাক ওমই, মাগী গুন্নি। কনাগুম্বা সাধু

অমগী মফমদনা চন্দ্রজিনীসু সাধুনি, চহী কুনগী পাখংমচাশিংগী মফমদনা চহী তরানিপালগী লৈশাবীমচানি, মসিনি মাগী অঙক-পা! মরক মরক্তা লমচৎ কোমলবা বাবু ভৈয়া করাসু থেংনদবা নত্তে। মঙোন্দা 'দেবী' হায়খিবত্তুসু মক ঙক্তনা মতাং ঙাইসিদনি। হৈ শিংনা পামজনা যাম্না চেকশিন্না তোজরিবা মাগী বিষযনি। মতুদি মানা চেনব নোকমি নোকমি, রাখল চাউবা বাবু ভৈযা-শিংহুনা আশ চাউনা তায়হনবা, ফংদি ফংহন্দে, চোকথহনা তলহন-খিবা। অসুম্না তায়হল্লগা বাবু ভৈয়াশিং অতুগী ফুরিংখাওদগী শেল চো'থোরকই। মতু মহাক্না ইরা রাদনা খুল্লি। তশেংবদি মখোয়শিংতুগী ওইররোইদবা পুক্লিংদা হোংলিবা অঙ্কগী ফল উরগা চন্দ্রজিনীনা থরাক্ট তানা নোকই। মানা নোকপদংদি সেংগে ঙাইবা মীসু য়াওই। মাসু খঙজে, মানা নোকপদা মী খোল্লি হায়বা। মসিসু উপু হুকানগী মন্ত্র অমনি।

চন্দ্রজিনী হল্লকপীনি। মচা অহুম শুবে। অহলতুসু য়াইমতুসু হুপীনি। অতোমবতুনা হুপানি। মচা অহলতু ক্লাস সভেন তমলি। মপোপ মতাং কৈ, মমা লোই হায়নৈ। হুপা অতোম্ব-তুনা থা মবি মঙা শুবকপদা খরং-তুনা লাকপনি। মচা অমত্তা যু থকপা মপাগী মনাক্তা লৈনৌংদমাল্লে, অমত্তা লৈহৌ য়াদে। কৈ অমোমগুম্না মচা অহুম্মক য়োকপ। ঙমগনি হায়না শীংনতুনা লাকপনি। চহী অহুম ফাবে, হোয় মায় অমত্তা হায়দনা লৈন-রকলিবা। চন্দ্রজিনী মাগী হুপাদা থোইনা খোইজংলুদে, রাবো-বদি পীক থম্না লৈ, পুক্লিংদা। মহাক লৈরিঙৈদগী হোনা হুপী

অনী শুরে অতোপ্পী ওইনা পূরকখিবা। অমুক খায় নি ভাগক লৌনি, অমুম তৌত্থুমা লৈরবনি। অমুম্মা খায়নখিবশিংত্থুগী মরক্তা চন্দ্রজিনীমু য়াওবকপনি। চন্দ্রজিনীনা মশাদগী হেন্না য়াজখিবদি অতোপ্পা ওইনি হায়থুনা লাবখিবা লৈশাবী শকহেনবীশিং অত্থুগীনি। কবম তৌনা মুপী অঙাং লৈরবা অমদা য়াবকলিবনো? বিল ফংবগী পৈশা ময়ামত্থু উকবদা মশাবু কাউথোকখিবরা? চপ চানদি চন্দ্রজিনী খাঙবা নত্তে। অত্থুবু মশাগী ওইনদি ঠিকাদারশিংসি চন্দ্রজিনী ইথা থাজদে, মাগী মুপামু ঠিকাদারনি। হৌজিক্তি অনৌবা পুক্সি অমা মচা অত্থুমগীদমক শাগৎলকলি। অমুক ওন্না থুকান হাণ্ডি মুমিদাংগী পুং তবেং নিপালদা লোল্লি। নিংথম থাদনা খরা ওল্লি, কয়িত্থুবদমু হেন্না থেংবা য়াওই। মত্থুক হল্লকপীনি, খাইনা খঙনৈ অত্থুবু মাঙোন্দা মৈতৈ মুপীগী ঈনিক খবা য়াওই,— মত্থুদি খাইনা খঙনবব মৈতৈশিংগীতা ওইব অত্থুনি। পুক্লিংগী নীংতম্বা মক ফোংদে মীৎ নাদে। মাগী থুকাম খক্তনি মানা নোকপা তারিবা। ইমুনা খঙিঙ, য়ানবা চৎলি। হিংবগী লম্বীদা চৎলিবনি মচা অত্থুমনি,·········মনীং তমথ্রবনি, মাগী মনীংনি।

পোলিস্টবগী অপাবা শুক শার্ট অমা লিংলত্থুনা তাইবুংঙো তোমান চীংলেম্না কা চাবা লেঙলবলি। অপাবা ফি ওইবনা কুবিং থাওত্থুদা চাম্মা চংপি অমনা য়োমশীনবা শেলশিংত্থু লুম লুম লাউনা উই। ওসিদা নত্তে মুংতিগীনি। মহাক লৈরবদি পোংশিং খরা হইত্থে। চন্দ্রজিনীগী দি পোংশিং হত্থবা য়াদে।

উপু থুকান/৪

কারবারগীদি শেনমাং কুপথংপা হৌনাশানি। অহুনা তাইবুংঙোনা ক্না অমগী তারা, কুন থাদরকপদা অচোইবা লৈরবস্তু লৈতে মতাংবু চারবদি। মীশক য়েংহুনা খর শুক্তোক, খরা নোকশীন, ওইনবা কেজবা মিংচি মিংনা হিংবগী তাং, … …। লায়রবা ইনাকখুম্বা, অপঙ অশিং অনীগী মরক্তা মাগী ক্না নত্রগা কয়িনে! পোং অমনা থয়োম লাক্তুনা চঙলকপা খুদিংবু হরাও তয়াম· হল্লি। মীয়ামনদি ঙকনৈ অরৈবশিংগী করম্বা ওইজবনো অম্বুক ম্নাম্না মাবুতা হাম্নরিবসে! মাগী করম্বা মায়ানো?

"তাইবুংঙো ক্নাসিমতং চাবীয়ুবা," নোকফেং তৌহুনা তনৌ-রবী থুংতুনা ক্না ময়োমত্তু পায়হুনা মশানা চঙজরক্লবা তাই-বুংঙোবু কৌশিল্লি, "পৈশাগী নংচদে, সুম পীজনীংবদো……। সৈত্য ওম্থোক্লা পকচক্রে তাইবুংঙোনা গুরু শার্ট লিংপসিদি।"

তাইবুংঙো মোমোন তৌহুনা চঙলকই। চন্দ্রজিনীগী মনাক য়ৌশীনলকপদা ঈখৌলাংবা মিংয়েং অমগা লোইননা হায়রকই, "নঙগী ক্নাগী ময়াইনা ঐ পঙথরে, নঙ খঙলিবনি অহুবু … …।"

"পৈশাহুগীরা তাদা? হুকানগী পোং খরস্তু লৌশীনলুরে। তাদবু তপনা শিংলক্নে হায়বা ম্নাবীবদাইনে?" ব্না খঙবা শাব-হুনা খুমলকই। তাইবুংঙোনা মথা তাখিদবগী মবম খঙদবদি নত্তে। চন্দ্রজিনী মপুক্লিংদদি নোক্লীংঙি; কুইবে তাইবুংঙোনা থেমলকলিবসি।

কন্নদি য়ামলয়গনি পোৎ শৈবদা শৈহৌবা পৈশা। য়ামদদি কৈনো! লুপা অনী অহুম য়ামলবদা মঙা তরুক ফাও হায়রো মাগী থুকান্দা তাইবুংঙোনা লৈবা য়াবা পোৎকী মমল, চুরুট, কা সিমঙাই। থাদখিমা পৈশাদি তারা, কুন ……, মসিগী মথক্তা অমুকস্থু পুশিল্লিবনি।

"পৈশাতুগী নত্তে চন্দ্র" ঙাইহাকী মতুংদা তাইবুংঙোনা হায়রকই, "হায়জে মতিক চাউথোকই। ঐ য়াম্না ঈকাইরক-দোরে। অস্থুক কুইরবসিবু …।"

"তাদসিবা!" খঙজন্নদবা য়াঙ্গে খঙলহনা হায়রকই। নোকমি নোকমি মখা ভারকই, "ফাগিবু য়াম্না হৈগ্রে। মীনা তাগ্রগা করি থন্দোইনো?"

"ফাগি নত্তে!" তাইবুংঙো ফীভম খজিক, কায় "অহুক ফজবা নশক্তুবু থমজীনলগা করি কনাদোইনো? নশাবু রাহুঙ্গরগা অফবনি খনগম্মুনে। পুন্সি হায়বসিদি পুন্সিনি …।"

চন্দ্রজিনী তুমিন লৈ। অত্তে নত্তে, মানা খল্লিবদি তাইবুং-ঙোগী পৈশাশিংতুগীনি। হৌজিক হোরেন পীবস্থু ঙমলোই, অতুগা রাকমসিগীদমক হেক হন্দোকখিবস্থ ফজদে, মহাক্না খল্লি।

"ঙসিদি নঙ পাউখুম পীদবা য়ারোই। নঙনা কিরিবসিবু কনানো?" তাইবুংঙোনা তকশীল্লকই।

পুক্লিং লুম্না চন্দ্রজিনীনা হায়রকই, "খঙদে নচনগী পুন্সিসে ওস্থোক্না তোনখ্রে —অঙাং অহুমনি মখোয়দি লাইবক থীরবনি।"

"করিগী লাইবক থীবা ? ইচাদ ইচাগুম তৌনি ঐনা হায়গ্রবদবু —। থাজদররা ?"

চন্দ্রজিনীগী মফমদা থাজবা থাজদবগী মরম থোইনা লৈতে মরমদি মানা পামলিবদি তাইবুংঙোনা তান্নবসিনি ফংবহুরু নত্তে অহুবু খুমলকই, "তাদগী অমেংপহুম ওইরক্কনি। নোংমদি হকচাংগী ময়াইস্থু চমলক্কনি। ইনম্মা অহুগী মফমদস্থু ইপাপ লংশীনবা পামদে নচনদি।"

"ননম্মগীবা ? এ! মহুগীদি করিস্থু থল্লুহু নঙনা য়াবা থক্কনি," থৌনা ফনা মখা তারকই, "ডাক্তরনা ননম্মদি অঙাং পোকলরোই হায়ববনি, অমথক লৈরিবসিনা লোইরে নঙগী ঙাক্কনি। য়েংশীনবা লৈতে।"

চন্দ্রজিনী থংগ্রেক থংঙি! মমায় ঙাংই তৌফম থঙদে। চীনবান চিক্কুনা থাংঙি। লাইবক্তা হুমাং মরিক মরিক কাই। পুন্সি কাববারগী অমাং অতোং মিকুপসিদা নৈনবগুম তৌই। ফাগি য়াবোইদৌবি। ফনা সুশিনখরে।

"নঙ করি থনবগে পৈশা লোহোগে হায়ব্রা ?"

চন্দ্রজিনী তুমিন লৈ। মমায় হাইগংলক্কে।

'মবম লৈতনা লেম্মা পীজবা চানীংদে। অশেংবা অমা হায়রো," তকশীম্বা লেপতে তাইবুংঙো।

চন্দ্রজিনীনা খুমজ্রবদা, তাইবুংঙোনা তপ্পা ফুরিংখাওদগী য়াংথৈ চংপী অমা লৌথোকলগা চন্দ্রজিনীগী মমাংদা থমই অহুগা তনৌরবী মখুংনা পাইস্লিবা কাহু তপ্পা লোই অহুগা

হায়রকই,— "মত্থদগী ক্বাগী লৌহৌরো।"

"নত্তে তাদা, হাপচীনবীয়ু।"

"ককশ।লহৌগে হায়ব্রনে?"

"নত্তে," শোম্বাংননা খুমলকই।

মায়থোং মাকা লামই তাইবুংঙো। ক্বাহ্ন হাওনা চারগা জ্ঞান তানা হায়রলই, "মতপ অমগা তপলকউদনা হোরেন চাগে।"

"মনা লোইখ্রে।"

"হোয়নে অহুস্থ কায়দে," ঈকাই থাংদগী মনা লোইখ্রে হায়রকলিবনি তাইবুংঙোস্থ খঙই, "মিটিং অমা লৈ য়াওরুখিগে" হায়রমলগা জ্ঞান তানা চৎখি তাইবুংঙো।

হিংবগী কারবারদা দেবীগী থাঙশাং পায়রম্বা নোংথাঙ লৈমা ব্রাহৈ খরদা ময়াই চমহনখিবগুম তৌরে। খঙলিবনি উবিবনি কারবাবনি হিংবগী তাংনি মিকুপকী শাথেকনি মখল মথেলগী পুন্সিনি অহুবু খূৎপায় চানা পায়খি। হিংবগী কারবারদা পুন্সিসিমক? করি কায় কারবারনি? ··· পুন্সিসিবু ···? খঙদ্রে লাকশীম্বা ওমদ্রে। অপাইবা লৈচিনগুম চন্দ্রজিনীগী পুক্সিং লৈতাদ্রে। পুন্সিগী হিসাব চমম্নরে।

"ইনমবেম্মা!"

জ্ঞান খংতা তারকই। তাইবুংঙো চৎখিবা ডহাক ওইথ্রমাল্লে। মুপী অমা শাওনা লেপতুনা লৈরমই।

"হিংমিন্নবগী রানি," লাকলিবী মুপী অত্নুনা হায়থরকই, "অত্নুম্না তৌরবদি কদাইদগী ম্নাগদগে ? য়ুমদা মুপানা ঙাংবনা য়াদ্রে ! ইরলসু পুথোক ইনমসু পোপ ···. ঐসু য়ুম পাল্লিবনি। কদায় ঙসিদি পীদবা ম্নারোই ইনম্মা !"

চন্দ্রজিনী করিসু খুমদে। লাইবক্কী হুমাংহু চাউরপ তৈথোক-লগা লুপা চনী পুথোলকগা পীখি। নংহৌররোই মতাগুম লাকলিবী অত্নুনা তাপ লৌই। ফেৎ হাইদোক্নুনা চৎখি হন্না য়েংলমদে।

"ইতৈমা ক্না অমা," পাখংমচা অমনা হায়রকই, "কৈগীনো মুপী অসিনা শাওনা চৎখ্রিবসে ? করি তৌনরুরে, হা—ইতৈমা ?"

"কনান খঙবনো ইবুংঙো মন্না কাদা য়েংলুবদৌনা শাওবী-রমলিবসিবু ···, র্জদা নত্রো ?"

হন্দক মরকসি চন্দ্রজিনী জ্ঞান ইতা তাদে তয়াং তশোয়নৈ। অশাংবা খরঅমা হেক হেক হোস্থে। "ইচা অহুমনি" কাউগ্রবগুম হেক হেক শোপ্তে। "লুহোংলে,··· অঙাং অহুম, হৌজিক্না হল্লকপী,—উপু হুকান, ক্না য়োনবী," পুক্লিং লুপশীন্না খনবা ঙমদবগী মওংনি। তুংদা লাক্কদবা মাংজবা অমনা থত্তুনা থম্বগুম তৌই, চম্মমনৈ। চয়েংনবা অমসু লৈ; মাগী মুপাহু হন্দক মরক গাড়ি তোংহুনা তোইনা লাকপা উই। করিগীনো খঙদে, হংলুদে মাগীসু মাগী থোকপনি। থঙনবা হুকান খরদগী চুরুট লৈখিবা তোইনা উগ্রে। চন্দ্রজিনীগী মনাক্কদি চঙলকপা উদে।

চঙলকপা ঙমলোই মফমসিদা চন্দ্রজিনীগী মীচং য়াম্না লৈ। শঙ্গা চাউই মহাক খঙলম্বা য়াই।

"কৈদৌরে ঙসি থোং অসুক খেংনা হাংলবদে?"

তাইবুংঙো উবদা খাই লাউই। ফিজি ফিনা লোইশীন খোয়জীন তৌরগা খুমলকই, "অঙাং মশা ঙমদ্রে" মনমগন্দা পোরিবা অঙাংছুদা লৈথোক্লূনা য়েংই।

"অতোপ্পছুরা? করি ওইনোনে?"

"চুম্না লাইহো হৌবতনি।"

"লাইহো ওইরে? নমায়গা ইমক মকশীল্লতুনা —! মরাইনা ফজনিদা। কদাই চুরুট ওইনা থক্কে" মী খর' চঙলকপা উরতুনা মখা অমুক তারকই, "ঐগী কোন্না তৌববসু মানি মখোয়গী হান্না তৌখো।"

তাইবুংঙোবু চন্দ্রজিনীগী মবুংশিং ওইবমগত্রা খনবনরা খঙদে লাকলিবশিংতু মুতিগী ঙাঙনবা লোলদা পুদা শিজীন্নবক্তে ইচম চম্মৈ। খর'মদি তাইবুংঙোবু চংখিবা ঙাইনৈ। তাইবুংঙোবু খঙদ্রবসু লাক্লিবা মখোয় মশেলদি খঙনৈ। চন্দ্রজিনী অচং অওকপ্পিংগী পুক্লিংগী লৈরাংনি। তঙ তাবদি খঙদ্রিবা লোটরিগী টিকেংতি পায়রবা ফাওগমি হায়বগী আশাদি চাউনা লৈবা ঙাক্তুনি। অছুনা মখোয় মশেল পৈশা পায়বা তাম্মৈ, গপ তৌনৈ, চুরুট থকমিন্নৈ; ক্বা চামিন্নৈ, খুং শোকনৈ। জম, জম, করিসু চিংনদম্না পুথোক্লে। মসিগী

মরমসিনস্থ ওইবা তাই উপু হুকান অসিনা ইমুং পুবদগী হেন্দো-ক্তুনা চন্দ্রজিনীবু সনা মপাক মপাক সিহললিবা।

"ঐগীসু অমা," ক্বা চারবা মুপা অমনা হায়রকই, "ইতৈমা কনাগী অঙাংনো পোরিবহুদে ?"

"অঙাংহুগা মুংঙাইরিব্রো ?" তাইবুংঙোনা হায়গে হায়না হায়বগী মওংনি।

চন্দ্রজিনী খংপ্রেক খংই, "য়ানিদা!" চুরুট উপু অমা লৌথোকলগা পীখি; "ক্বা অমা, শোমগীনা করি ?" অতোপ্পদা মখা তাখি।

তাইবুংঙো চুরুট উপুহু লৌশীল্লি। লৈরিবা ময়ামহুনা তাইবুংঙোদা ফল্লপ ফল্লপ য়েংনৈ। অচৌবা পোৎলুম অমা থাং-থখিবগুম তয়াং তয়াংই তাইবুংঙোগী রাখল। চৎনা চৎনা মথন্তা শোঞ্জে, "উপু হুকান অহুদা ঐবুসু খঙবা ফৈ। ঐগী মিং তোমান য়ুমনাক্লা থোকচোম। চন্দ্রগীনা ...।" লাপতক্লা উই চন্দ্রজিনী-গী হুকান্দা হেন্না মী চঙহৌবহু। লৈতারুরবা তাইবুংঙোগী রাখল খোইরাংলকই, শোম্বাংননা অমুক হায়রকই; "নখোয় কান্ন-রোইদা!"

মুমিং হুমনি শুরে হুকান থোং লোনথিবা। মচা য়াম্না কন্না ঙমদে; তাইবুংঙোদা পাউ লাকই। মশক মশা মব্না মপাউ উনীংবা তানীংবনা তাইবুংঙো অব্রাব'মা ওই। মিত্তা শং-শং উই নোকফেৎ নোকফেৎ ফজবী মায়থোংহু। "করি তৌগ্রবগে ?

করিগীনো ?" ৱাহংতনা থল্লি অরৈবা কয়াগী। অমরোমদা তাই-বুংঙোদি হেম্না ৱাই। মাগী মুপানা ভোইনা লাকপা, অঙাং মশা ঙমখিদবা ……। তাইবুংঙোগী পুক্লিং লৈতাবা ঙমদে। অচৌবা অৱাবনি কল্লক-মাং চাং তাবগী ৱানি।

ইকুই কুইদনা চন্দ্রজিনীগী য়ুমদা মাগী মুপা চঙথোক চঙসিন তৌখ্রে। মাগীসু মচানি মচা মুংশিবা মাগীসু লৈ। তাঙ্গা চাখি অঙাং মাশা ঙমখিদবগা। মাগী মুপাদি হান্নমা হঞ্জিন্নীংঙনা লৈরম্বা জাংনি। চন্দ্রজিনীদি হঞ্জিন্নীংলগা হেক্তা হঞ্জিনবা, খান্নন-নীংলগা হেক্তা খায়নবা য়াব্রা হায়না মাগী মুপাদা অশাওবা উত্তনা ৱারৌগে তৌবমবনি অদুবু তাইবুংঙোগী মফমদা থমখিবা মিংয়েং অদুনা ঈকাই হঙ্গোইনহল্লে মথন্তা। ৱারৌ পুকলৌনদুনা কুইথ-খিদ্রে। হঞ্জিন্নখ্রে।

মপুরোইবগা হঞ্জিন্নরবসু চন্দ্রজিনীগী মপুক্লিংদদি কবিনো অমা ইচিং চিথবগুম তৌই। নোক্তি নোকই হায়ববু মীনোক অমা ইৱাং ৱাংলি। হৌজিক্তি খঙলে মাগী পুন্সি কারবারদা মাংজরিবদি তাইবুংঙো তোমান্নি। চন্দ্রজিনীনা নীংজবদুদি ফংলে, "তান্নহনবা অদুগা ফংহন্দবা," অদুবু চন্দ্রজিনীগীসু থম্মোই অমা লৈজে। মসি থম্মোইগীনি, অদুননি তশেংনা শেন্দোই শেল্লেপ মাঙবা তাইবুংঙোগীদমক মনীং তম্না নোকচবা ঙমদ্রিবা! করিনা লমন শিংনি? করি লৈ? …… উপায় লৈতে। তাইবুংঙোদা লাল্লে হায়না চন্দ্রজিনীনা মশাগী মরাল য়াজরি; — মসি ধন্যনি।

মসিনি উপু দুকান অমগী ৱারী।

— (:) —

# জগোই জগোই

ঙসাই মচে থম্বালনা লৈমা জগোইগী রাফম অমা হৌদোকলম্বদু সনাগী মফমদদি ঈকুজনীংবদা থোঙ্‌গা তেল্লকপনি, রাবিবদি এ, ই, সাহেবনা থোঙ্‌গা ওন্থুনা লৈখিবনিনি। মচা মুপীবু অমুক্তং মীয়াম মমাংদা লেন্ননীংবা সনামি। অন্নাবদি মচানুপী লৈমা তোম্বী নত্তনা ইমুংদা লৈরিবা ছুমিং ফাওবমা সনাগী পুক্লিং খঙবীদে, খঙলবসু খনবীদে। খল্লু খল্লুরগা সনা মথম্মোই প্রোক প্রোক চাকই। সনাহু কবি খল্লকপনো চুম্না ফুঙ্গাদ মৈ তিকচবিবা অরাংবী অহুদা কন্না কম্থি থোক্লা ফুরুই। অবাংবীহু খংপ্রেক খংনা মতা'মনি মাই সনা হায়বীসিদে হায়বগী মতাংগুম "ঙ্যাও।" হায়না চৈরমলাগা মমৈ থেক্তুনা চেনখি। তুমিন্না লাইরিক পাহনা লৈরিবা মচা লৈমসু কৈনোনে ঐখোয় ইমাসিবু হায়বগী মওংদা য়েংলকই।

"খোয়দোসে লংখংলকই!" শাওরংননা হায়রকই সনানা।

সুধীরগী রারী মচা মচা

"থীদা," মনেম্বে'ক অশোনবীত্থনা খুদোং চিংনা চিংনা হায়রকই, "থিঙেন্দা তাইনবা ওমদ্রগা নাশিথোংদা তাইনবীরিং-বোইবে !"

সনা শাওবা হান্দ। হন্নুবী মীৎচোৎ নওনা কবি খঙ্তি নচ'ত্থবু খবা থেমজিনগে'দি হায়দদনা হাযবগী মতাগুম ফেৎ হাইদোক্লুনা লৈ। মপুক্লি'দ'দি খঙ্লি ব্রাফম অসি হ য়াদোক্লুনবদনি লোইনা ইফাও ফাওনৈ, ইখঙ খঙনৈ। মচাদ যে লুহ, লাইবিক পাবিবনি হায়ত্থনা তৌরিবা মঙ'ত্থ নহ'লবাই লৈশারিবৈঙদা থাবল চোংবগী মখোলদা চাক থোংবত্থ নাংশি লকই। অমুক হেন্না নুংঙাইতে। সনাগী মচানি মমা লৌবনি শাবান্দা মুত্তিদা, "ইচানবু হেল্লি" হায়জরিবনি সনানদি। মতম অমগী সনাগী জগোই হায়নখিবত্থমক হাযহন্নী্‌ই. "সনাগী মচা লৈমা তোম্বীগী জগোই," কাউবা ওমদে মতম অমগী সনানা জগোইদা মঙাল নাইখিবত্থ, "কনাই মচানো ? কনাই মশুনো ?" মপ হাক্লক, মপু হাক্লক থিগৎনখিবত্থ ..। ফজে পকচৈ সনাদা সনানি। মচানা লৈশাবী ফ রফাওবদা পামজবা শিনফম ওইখিবনা কাউবা ওমদে। কবি কবিগুম্বদা জগোই খুৎথেক অমা অনী কোথে কলুই। ইকুই কুইত্রিবৈঙদসু মথারোমগী ইপল মেবা থাংদোকপগী পু খোন্দা মতাং ইচা চাদনা মরী ইরৈ লৈনদনা সনামহি থুকুমবদগী হোগং-লকপদা খুৎজেং লৈত্থনা হোগংলকপা মনেম্বে'ক্লা উপ্রবনি।

"নওবু য়াওনী্‌ত্রনে ইবেম্ম' ?"

"য়াবু য়াগদরনে ?"

"অমুক্তুং হায়দুনা য়েংউদনা ?"

"হ ! পাবুংদবো ? কৈ মমায় ওইনা নাপ্পগে !"

"নপা নচা য়ায়া চায়বদাইনে ?" সনানা শাওনা হায়রকই, "মহু ফাওবদি নওস্নু ওস্মু'না।"

লৈমা থুমদে ! মমানা শাওজিল্লকপসিনা থোইনা মুংঙাই-বগুম তৌই।

"অদুক হায় য়েংউদনা অতো." মবোকম্নু মতেং পাংশিল্লকই।

"উম।"

"উম নত্তে !' মমানা লাউহংলকই. "যানবা হায়নগদবনি। ফত্তবা তৌনদবনি হাযযু যাগে, আ—ইপা ইপু লাই হাক্তক্তগী চৎনবকলবা ·····, চগং চগংস্নু নত্তে অমুক্তুং থোকপা অসিগী লাইদা কৎপবু ·····।"

"কৈদৌরগেনে ?" এ, ই, সাহেবনা মরক থংলকই।

"কৈস্নু তৌরে" সনানা থুমলকই, "কদাই চংশীক্লরিনো চাকচা তোকপগা ?"

"ক্না চাক্লবনি," হায়বমলগা ভুমকম কাদা চওখি।

"ইবেম্মা !" সনানা তপনা হায়রকই, নপাবুংসে মায়থোং মকা লায়া উই, হায়হৌকবো ? ঐনা ইনশীল্লকপনি হায়রুমু।

"থরা তপনা চঙবনা ফবোইদরো ?"

"হে মপুক্লং, মুংঙাইরিবৈদা হায়হৌ। ওফিসকী থনখ্রবদি মুংঙাইরোই।"

লৈমা তোম্বী নীংজিং মাংজিং মপাগী মনাক্তা লাকই। ম্মুংদা হিপতুনা কৈগ্রিবা মপাবু কাংথল ফাওনা উই। ফেকপীরা লেপপীন্দুনা কৈদিবা কাংথলদু শং হাইদোক্তুনা কাং ফং ফং চুমদোকই। মচাগী মঙং অমা থওত্রা করিদো এ, ই, সাহেবতু মচাদা শ ত্রিক য়েংলি।

"পাবুং হকচাং ওমদবরা?"

"ইপাবু হকচাং ওমহন্নীংদববনে?"

"নগ্রেদা!" কাং হনদোকপা লেপতে। ওহাক লৈরগা তম্না হায়রকই, "রা অমা হায়গে তৌনি ·, শাওহুকো?"

"হায়য়ুনে।"

লৈমা তোম্বী ওহাক খঙ্গানৈ। তম্না হায়রকই, "ওসাই লাকলবহুবু কনানো পাবুং?"

"এ! ওসাই লাকলবদো? ঠিকা তৌবনি। নমানা [illegible]?"

"হংলক্কে! মুপীনবু ঠিকা তৌবরনে?"

"করিনো মুপীদু মীনি। অদু কৈদৌরগে?"

"অদু · ··· , অদু কৈদৌ লাক্লিবা?"

"মোথিনা তৌ লাকইনে, খিল প্যাশ তৌবীবগী। নঙগী [illegible] শাবীদু হায়বরো?"

"নক্লে!"

"খুদোল?"

"[illegible] এদে, হায়া [illegible] হাযবু?"

[illegible]

"ইয়াই! ইচাননু…… !"

"অদু পাবুং শাগনরোবা……। লাই হুরাওরিবরা?"

"উম। হুরাওরি। ঐখোয় মমাংদনি হুরাওরিবসি। অদু কৈদৌরিবা?"

"……ভাসাই ইমাবোক থম্বালনা লাই হুরাওবদা লৈমা সনোবাই অমা তৌনদৌরি হায়রম্লেবা অহনা ঐসু থাংগে হায়রম্লে। অদু খাওকো পাবুং কো-পাবুং?"

"হেন্না," খর অমা হোৎলে, "মোক মোক!"

"তৌরক্লদৌনি, ঐখোয় পাবুংসিমা…। কৈদৌরিবে মরইদা কংপগী থানি। ইরমকমগী জগোইনি কনককনি।"

"করিদু শক্তু। আই. এ. এস. এক্রমা অকাথনা উকিল অমা ওইনবা হোৎনো। লাইরিকতা কয়া পাক্ত নপান্না থাদৌরিবনি। নওগী জগোইদু মতম মাংহন্নবনি করিনু কায়রোই।"

"কাইনা, মপী অমা ওইরবদি হৈরৌনবা তাবনি। আই. এ. এসপু ওইরবসু উকিলবু ওইরবসু, লাইরিকসু পানি পাবুং। মীরৈবাকসু কলচরেল প্রোগ্রাম চাউনা তৌরিবনি। স্কুল খঙ্গে কলেজ খঙ্গে ইরমদমগী সংস্কৃতি অমা উংলুবা ওমজবদি কৈদৌদৌরিবা?" লৈমাতোম্বী ভাংবা লেপতে। মপান ছুমিন লৈরিকৈনিদা খুলোংচাবা লৌরকই, "নোংমা থক্তানি. পাবুং, মনিদগী হেন্না হায়জরোই। খাদবা খারোই পাবুং খাওকো।"

এ. ই. সাহেব খুমদে। মচাদ শংজিক লেংলি। জগোইগী থাকমদি নত্তনা অতৈদি খাহনা লাকপানি। মচাহুপীনি হায়রম্লেসু

অাম্বা চাউনা থমলিম্বনি। মথক্তা মখুং অম্বা 'লৈথুক্কুম, 'তাম্নুম,' তম্বা চংগ্রি। ওসি মচান জগোইগী বা হাক্নকপন্থিদি মিথক্নি খিজং চেংঙম চেংগাটৈ মমাংউক্তমদি ত্তোনে। মথাম্না হায়রম্বা ওইরবদি কম্বি থোকলম্বগনু ময়াই। কৈশীখো থক্তে এ, ই, সাহেবনা জগোইবু অম্বুক তাথীরিবনি।

মপান খুমলকত্রবদা লৈমা তোম্বীনা হায়রকই," "স্নাওকো পাবুং, কো —"

"নমা থায়াম্ভুনা ইনশীন্নকপা ওইরিনিনে? মসি লাইমা হুংশিখিজেদা।"

"ইনশীন্নক্কে কৈন্দু!" অচু য়াংকো পাবুংকো—" মপান খুম্বা নংজিত্তৈদা খুনা য়াংনা লৈমা তোম্বী থোকখি।

এ, ই, সাহেব তুম্মিন লৈহৌই।

হেক চঙশিনখিবদা মমাঙ্গু তথক তথক লৈরম্মী। কম্মু, লাউনা শক্কখিত্রবসু "নমা থায়াম্ভুনা" হায়বকাওবদি বাওঙি স্নাওরি তাহৌই ইপা পাখংনা হংলকই,—"করি হায়রে ইবেম্মা?"

"স্নাদদি কৈনো মচা ঐনা হায়বদবু।"

"অশেংবরনে?"

"ঐনা অমুক স্নাগি জোগজ্রা? ঐখোয় 'মানিমা।"

"হাই থাজদ্রিবনিনে!"

"থাজরো স্নারবনি।"

মতাম্ভ মথাঙ্গ তাবগা সনাগী মায়কৈগীদমক্তু সনাখোম পুংলং লাংই। মুংঙাইদনা হায়নীংঙাই লৈতে। “তাদো, সনাগী মচা লৈবা জগোই শাদৌরি।” মপুক্কিদা মথন্তা পোইরে। মনেঙোক্তা ওনশিন্দুনা য়েংলুই, মখিং মথা কাক্নি কাক্নি মথা মচাগী ঈবাংদুনা লোককেং তৌদুনা লৈরমই, মদুদি ইঙেক তেক্কদনা।

“ইমা ছিদাক থুমগ্রববা?” সনান হংলকই, “হাক্লকউরা?”

মনেঙোক্তি সনাগী বাহৈসি তাইওয়বগুম তৌই, লোয়থিবরা নত্রগা না তাথীবনরা থজদুনা লৈ। নোংমতা, ছিদাক হাজকপদি লায়রদনা তিকি লৈরিত্রা হাম্বকাও হংথিত্রিবা মমৌনি। তিকি কাইনা পঙ্গদা তিকি তিকি হোত্তোনা তুকচবগুম লৈজরিবা মশা নাঙ্গত্রবী মমৌনি, মাদুদি চান্নখিদ্রবা! তাঙ্গাগীদা অরাংবীদু মত্ ইপোন পোম্না “ভ্যাও ভ্যাও” হায়না চঙশীনবা ভমদদুনা লৈবদু হেক উকরে। হায়রকই মনেম্না,—“মান্না কন্না ফুখিগনেনে নাথম্মনি! লাউ লাউ,” [illegible]দু মনাক্তা কৌশিন্নি।

অরাংবী উবদা সনাদু ঈকাইবগুম শাওনীংবগুম তৌই। খর অমা শাহুম চাউনা হোদোকলগা হায়রকই,—“হোদোংনিনা হৌজিক্তা ফুখি হায়বসে কাউরেদো!”

মত্ অপোনবদু নাদ্বীরগা মনেম্না ইতপ তানা হায়রকই,—“হোদোংনিনা কদাইদগী থওনৈসে!”

... .. ... ... ... ... ... ... ... ...

ওবা তৈপোনা জগোই তম্বীরি। শিখম তিন্নরমারো

লৈম্মা তোম্বী তম্বগা হৈবগা হৈবনা হাল্লিঃ কেবগা নৌবগা নোবনা হেল্লি। ওঝা ভৈগো হল্লাওৈজে। মমা সনাদি হায়রুবগী কান্নদে। "নচা লৈমসি জগোই হৈদৌবি," ওঝা ভৈগোনা মমা সনাদ তম্বী। অসুম্না হায়রগা সনাদি হেন্না নাপল কাররকই "ঐগী ইচানিদনা অহুবুদি ওঝা," চীনবান্দদি খুমলকই,—"কনান খঙবনো ওঝা মপুন্সিদা অমুক্তসু তৌবকত্রিবনি হন্নেং ইচোপ চোপ্পনা!" লৈমা তোম্বীনা লৈনা লৈনা শাবিবা জগোইহু ফল্লপ ম্লেংলগা ওঝা ভৈগোনা খোঞ্জেল লুম্না হান্নবকই,—"অহুবুদি য়েংউদা ঐনা তম্বীবদরু —." নাপলবু নাপললনা য়ৈথেককই। "ওঝাগী মপান্নি —" সনাগী হায়রুম থোকপা রাহৈনি। "ঐনা করি ওম্বগে? পামহোইবী ইমাগী থোজান্নি!" ওঝাসু পুক্নিং শেংদোকচৈ। "ঈশ্বরগী কৃপানি" মহৈ মহৈ ঈশ্বরদা থংজীল্লি।

অসুম্না হুংঙ ইববা মতাংসিদা সনাল মীপাইরিবদি এ, ই, সাহেবনা করি তৌরকদগে খনরদনি। নোংমা মরোক তোনশী-জনা শীনখিবা জগোই রাসতুদা মচানুপীবু মকোক চিংহনগমি ল্লাংলুরগা ক্লোকখিবহু খল্লুরগা সনাগী মায়থোংহু শেংদোকপীদ্রবা ম্লেম্লেংগী ক্লোম্বু ওাইহে, ইমক মকশীল্লি। অহুবু হুন্দকী মতাং-সিদি এ, ই, সাহেব য়ানীংদা য়ানীংদা তুম্নিন লৈব্রে। মরক মরক্তা "মিংসে নাহ্নেদা ঐবো!" হান্নবা মাপী হুপী সনাদা পঙ-কন্দি কন্দনা শোম্বাংননা হেক হেক শোল্লি। রাদবদি ওমদে মচিং অপাইবীসু ক্রং হৌরকপসু কনানা খঙবা! জগোইসিদবু হান্নবা কংননবদি হাল্লহনা মমা মচাসু দৌ অবৌবীহু ওাই

"হো ইবেম্মখোয় তুমিন লৈবীরে। তোর্বাংপু মাল্লবসু অমবু মাল্লবসু মুপানি মুপা সনাবু মথৌ হাপলিবা। মীনা সনা সিরগা কল্লকপীরিবোইরে? কান্নদে মচা লৈমহুম য়েংউ!"

মহৈ মতৈ লৈমা তোম্বীবু কাউরুরবগুম মিংফম হোংদোক্লে। ঈশৈ শকপনা ঈশৈ শকলকই। পুং য়ৈবনা পুং য়ৈরকই। পেনা খোংবনা পেনা খোংলকই। লৈমা তোম্বীনা জগোই শারে। জগোই হোরে। লৈমা তোম্বী লাইগী লমপাক অতুদা স্বর্গদগী তারকপগুমলে! থেক্কা থেক, নোংগা নৌ, জগোই শারিবা ময়ামহুগী মরক্তা লৈমা তোম্বীদবু লৈ লৈহুনা য়েংনরি। এ, ই, সাহেবতি মীত্রংদা শুক্ষংপগুমলে ময়া কাখৈ য়েংলি।

অম্মুম্না তৌরিবা এ, ই, সাহেরপু উরুবগা সনানা ওইনগুম কেজগুম মথুং থেকলগা হাম্নরকই,—"য়েংঙুদো অম্মুক নীংথিরবা ইচা অসিবু ফাজীন্দুনা থমলম্নলিবা 'সিবু পাপ্প পুরম্মি পকচদ্রমি."

"ওম্মোক্লা হৈনবু শাথ্রে!"

এ, ই, সাহেবকী পুক্রিংগী মুংঙাইবহু উরগা সনানা হেন্না মুংঙাইজথ্রে, মোমোন নোকচৈ।

জগোইগী ফজবা, মুংঙাইবা ঙসিদা ইনৌ নৌনা খঙলক-পগুম তৌই এ, ই, সাহেব। মপুক্রিংদা খল্লকই, "মসিননিদনা ইরমদম্ব ইবমদমগী সংস্কৃতিনা মশক তাকলিবা!" মমাংঙৈ জগোইগী মতাংদা মাগী মুপীগা লাউনখিবা চৈনখিবহু চিনথ্রবা মতাংসিদা নীংশিংলকই,—

জগোই তম্বা চৎলমদাইগী সনাহু মফি মরোল শেৎচন খোৎচন তাহা তাহা হোৎনরি। এ, ই, সাহেব চঙলক্লগা শাওনা হায়রকই,—"কদায়দনো? লাইরিক লাইস্ন পাহল্দুনা লৈহনগেদি হায়দদনাই! রাং ফরাং ঐ পামদে চৎপা য়ারোই!"

"কৈনো মখোয় পাবুংনা হান্নবিসিবু? মী তম্বা হৌদুনা মকোক চিংবী ওইদোরে হায়না রা রা লাউনগ্রবসিবু!"

"লাউগে লাউনজসন্নু! চীনফেন ফকবগী চোপ্পস্নু ঙাই। কান্নদে ঐনা পামদে হায়রিবসিনি!"

"ঐদি চৎশি শিবেদনা!"

"শিবেদনা! —নত্তে, নঙনা ইশাং অস্নুক ত্তৌরিবসিবু কৈগীনো? ইচাসে লৈশাবী ফাববনি হাদুনা পুবা য়ারোই! ইঙাও ঙাওশীন্নু।"

"সিবু ঐনা হাদুনা পুবরো?" খোনফম নিঙ্কা হিক হিক কপলদুনা সনানা হায়রকই,। "জগোই শাবসিবু কয়াম কায়র-বগে? ইপা ইপু লাই হাক্তক্তগী চৎনরক্লবা, ঙসি ঙরাঙ্গী রাস্নু নত্তে।"

"কপকন্নু য়েংনীংদে। নপা নপু লাই হাক্তক্তগী তৌরক-লবস্নু নঙগী জগোইদু ঐনা পামদে হান্নরিবসিনি।"

সনাহু মপুক্লিং সুংশিবনে ঈকাইবনে শাওনীংবনে পুল্লপ পুনখিদুনা কপ্পও লাওবও হায়রকই,—"পামদেদি হায়ন্নু, মখোয়

পাবুংনা সনা সনা হায়না ঈকাই হঙ্গোইনখিবহু ঐনা জগোই মকোক চিংবদগীনি। গপ তৌহুনা পৈশানা খ্বাং কোম্নখিবহু উহৌবা সাক্ষী খুনপাক অমা লৈবিপোংনি।"

শাওনীংবদগী এ, ই, সাহেবনা সনাবু ফুবীগদবগুম নীংলুঙ্গ অহুবু মোমোন নোক্লগা হায়বকই—"মহুদি নঙোন্দা থাবনিনে নওগী জগোইদা নত্তে। মসি পঙথ্রেদা ঐনা পামদে হায়বেদনা!"

ময়াম হৌনা নোক্লকপদগী এ, ই, সাহেবকী রাখল অমুক লাকশীল্লকই। য়েংথোকখিবদা উরে মচা লৈমনা থেক্কা থেক শাবিবা জগোই অমদি পৈশা ময়াম অমা তাহুনা লৈবহু। মাইবী অমা অনীনা জগোই শাবদা খোংনেংনবনি হায়হুনা পৈশাশিংবু খোনজীল্লি। ময়াম্না নোকখ্রিবহু ৎঝা ঈশৈ শকপগী ময়েক্তুনবা? মাগী মুপী সনাম্মু নোক্তুনা লৈবমই। "... ননাওনা শারিবা জগোই ইশাবী উকনবা শাজবা জগোইনি ...," খঙদে ময়েক অসিবু জগোই অসিগা হৌদোকমিন্নরকপরা? হরাও মুংঙাইনা ময়ামম্মুনোকই। লাইগী লাইবুংম্মু য়ামাংগী অঙৌবা শরুক্কা রাই চাইরে। ঙাহাক লৈবগা এম, এল, এ, ভোমবাপুগী মচা অতোপ্পা ফোর চারুই হাম্নবগীরা করিগীনো অমগী জেলদা লৈরুবদগী থাদোকপা কুইথ্রিবহুনা য়ু পুনথৈ ঙাওরগা নোমহৌ নোমহৌ লৈমা তোপ্পীবু তান্না তান্নহুনা পৈশা থারি। ময়াম

ৱা ৱা অমুকস্থু নোকই। এ, ই, সাহেব মিং নারে। অয়াঙ্বা পৈশা থারিবসি মাননি হায়না সনানা এ, ই, সাহেবতা তময়। এ, ই, সাহেব জগোইদা পুক্নিং চঙদে, শাওরংননা মাগী মুপীদা শংত্রিক য়েংলি। এ, ই, সাহেবকী খম-থেংবা অশাওবী য়াওগ্র-মাল্লে। সনাদি জগোইদা লুপলি; মচাগী মকোক্না হাইবা মায়কৈদা মাগী মকোকস্থু হাইরি। হৌগত্তুনা জগোই শাদে হায়বদা ঙাইরে। সোমদা এম, এল, এ, তোমবাপুগী মচাহুস্থু পৈশা থারি ভারি-ভারি ফৈরেং তুরেং।

"ইস! মাই লাহেকচৈ মানবা শিগংনবা অমুচৌ হায়বরা কৰিনো অসিবু ইয়াকা ওইরবদি মাংলে মাংলে! শিখিবনা হেল্লা ফরে!" ইক্ষিং ফিংনা সনানা হান্নরকই। অতুগা মথন্তা অমুক নোকচৈ।

"জগোই লোইগদবা কয়াম ৱাংলি?" এ, ই, সাহেবনা হায়রকই,- "ঐ চংলমমগেনা?"

"কৈদোরগে মখোয় পাবুং?" ইঙক ঙল্লা সনানা হায়রকই। ঙাসাইডৈদি সনাহু ৱারী শানবতনি এ, ই, সাহেবকা ওনশী-নরুদে। হৌজিক এ, ই, সাহেবকী মায়থোংতু উরুবদা সনাহু ইপা পাখংলে। হংলকই,-"কৈদোবীরবগে মখোয় পাবুং? কুইররোই লোইরনি!"

এ, ই, সাহেব খুমদে। সনাদ শংত্রিক য়েংলি। সনাহু হান্নগুম জগোইদা পুক্নিং চঙবা ঙমদে। মাগী মুপানা-

ওইরমলিবা ফীভমতুগী হৌরকফম থিগৎলি। ঙাহাক থল্ল্বগা তপ্পা জ্ঞান তানা হায়রকই,—"পৈশা থাদনবা মাইক্তা লাউথোকহল্লু-গেদো ?"

য়ানীংবস্থু উত্তে য়ানী'দবস্থু উত্তে এ, ই, সাহেব তুমিন লৈ।

সনা খুমফম খঙদে, মাগী মুপাগী ৱাঙাংদবা মতৌ অসিগী মতিক লৈশারিঙৈদগী খঙলবনি। অতুবু সনাদি মাগী মুপান শাওরিবতুগী চপ চাবা মরমদি তশেংনা খঙদ্রি। মসিনা অমুক্তা হেন্না মশাবু ৱাহল্লিবনি। ৱাখল থেনবা হায়বতুবা থেন্দবা হায়বতুবা, — সনাদদি মচা লৈমনা শারিবা জগোইস্থু ভাবোক্লা য়েংলিবা জগোইস্থু চপ মান্নে। পেঞ্জবনি মুংঙাইবনি জগোইগী ইবাংনি, পুক্লিংগী মনীং তম্বা পীবনি। অতুগা মহৌশানা এ, ই, সাহেবতি লুশিন্না খঞ্জিনবা অমদি চেকশিঞ্জবা মীওইনি। অতুন্নদি ওইবগা মহাক পুক্লিংগী মনীং তম্বা পীবদি হৈতে হায়বসিমদি তশেংনা খঙলে !

ঙাহাক্কী মতুংদনি, ইফোং ফোংনা মুসি মুসি ঙাংনবা অমা এ, ই. সাহেবকী নাকোংদা তাবকই,—

"... মচা জগোই য়াওহনবসিদি শেলফম অমা খঙদোরিহে !"

"হেবা ইবেমসা—,নখোয়স্থু পঙহান্ন মহায়রে !"

"পঙক্তায় হায়বস্থু নত্তেদা ! খন্দুনা য়েংউ জগোইগী ৱাফমদা ইমুং খৎনবা ঙমলিবা এ, ই, সাহেবনি ... ... ।"

"নহানমখৈ জগোই য়ারমত্রগা হন্দক্লা য়ারকলিবা'সিদি অর্থ লৈরিজাংনিদনা ?"

"হো বাথিদো তানীংদ্রে !"

"ভাইখোনে হন্দক পৈশা চারুবগী খণ্ডনরক্লুনা শেল হনকৎনবা হোংনরি হায়বসিবু চুমব্রো ?"

"হৈমা—! অদুদি খণ্ডদেনা ! করম তৌরিবা জাৎনো অদুদে ?"

'হে-রা, ডাম শারে হায়জিন্দুনা ঠিকাদারগা য়ানদুনা শেল লৌথোকলবা অদুগা ডামদি শারক্ল্রবা, ঠিকাদার অদু মাংখ্রবা ··· ···।"

"থবক তত্তবকো ?"

"চারুবা শেল হনকৎলকউ হায় হায়ব্রা করিনো ··· ···, মখোয়গী বারীসি জ্ঞান তাজদেদা !"

অচুম্বরা অরাম্বরা খণ্ডদে, বারী লেপতে।

এ, ই, সাহেব ফুক হৌগংলকই। সনাদা অমুক হায়রম্বা তৌদনা মীরক খায়দুনা থোরকলে। মীনা চৎলগেরা হায়বগা তাখিদ্রে। মহাক মশানা তৌরিবা মওং অসি ফজরিব্রা ফজদ্রিবরা হায়বফাওবা খণ্ডজদ্রে। চৎনা চৎনা ওঝা ঈশৈ শকপগী ময়েক্তু মাইক্লা ময়েক শেংনা তাই, "······শাবী লাউ

লাউ চংসি লাউ, কল্লকপা য়াম্মী কঙ্গাওবা য়াম্মী মাংদা থাবো লাউ ... ... ।"

সোমদা সনাদি হুমাং অনপ্পা কারে। এ, ই. সাহেবপু থাম্বসু নংহৌদা, জগোইসু রাংলি, মীপাইবনা লাংলিবা নিল্লিবা নোকলিবা খেবিবা মনাদা চণ্ডদে। কবি থোক্লগবা থনবদা সনাগী মায়থোংছু পিথ্রাই পাত্রদা হৈ মেংপগুমলে।

মচা লৈমদি থেকা থেক নৌগা নৌ পুক্লিং চঙনা কেথা কেথা জগোই শাবি।

–(ঃ)–

## মরূপ

"ভাই সাহেব !—মীনা, মেনকা !"

মনীংদগী ঐনা তায়, তোযনা তাগ্রবা খোঞ্জেসনি। ফি শুবা হৌগংলুমগী খুং খাদোকপা য়াদতুনা লৈরিঙৈ মতমদনি। ঐনা হৌগংকে তৌবকপদা ইমাংদা ইচাউ চাউনা লেপতুনা লৈবগ্নতুদা পুংঙক ঙকই !

"থবক কল্লিদা !" নোকখি নোকখি মাগী হৈনবী মীনোক্তু-গা হায়রকই।

"অস্তুক কুইবসিদি কদাই' লোংলুরে ? নশক নশাগা য়ান্না ওল্লমলে !"

"কনানা খঙবনো !" নোকখি নোকখি হায়রকই, "কদাই চংত্রে ?"

শুধীরগী বারী মচা মচা

"ভাসাই অয়্কুগী থবক অমা চংখি, চাক চাখিদ্রি। করি-গীনো তাল্লক অসিদা, অয়্ক লাকপা য়াদ্রো?"

"মাদি তাল্লক্কী মীনিদো! থেংনরোই খনছুনা লাকপা তারেনে। তল্লেদা!"

"মুংঙাইরিদনা?—চংখিদা ঙাইরিদো।"

"কনাবু?"

"হেরা, কাউনীংনা কাউবা মালি!"

"ও:! ঐগদি থেংনরমদেদা!..... মীংনৈদা থৈনবা ওইরনি! ইমাদি?"

"কনাম্সু নৈতে!"

"কদাই চংনখ্রিবা?—ইবেম্মদি চাউবমলনি!"

"ইমানা পুখি, অরাংলোমদা। অঙাংনৈদি স্কুল, কলেজ চংনখি। ফমলম্মনে কাবক শাবক্তা লোইশিল্লকখিগে। মাম্সু নঙদা হংছুনা নৈরবনি।......নখোয়নীবু তোক্করবরো?"

"মানবু তোক্করে হায়রা?......ফবে ফমলমগে!"

হোবে হোবে রাইতিং ক্ষমদা চঙখিবছু ঐনা ম্নেংলুবগা মীংফম হোংলকপদা ঙাইরি তহা তহা অমুক চঙলক্লগা হায়রে,—

"অম্বাই ফাওবদা চংলুখিগে মী অমা উনরুগদবা নৈ।"

"কৈনো অতুক থুনা! লাক্কনিয়ে চাক চাখিদ্রিবনি ঙাহাক ফমখো।"

"হান্না অমুক্তা চংলুখিগে, লাক্লগা নৈরম্ম, হায়য়।"

ঐনা খুপ্না নংদ্রি মহাক অমুক চংখ্রে। অম্নুম্না হোবে হোবে তহা তহা মশাবু য়াম্না চিলহঞ্জবসি মাগী হৈনবীনি। মীংম্নেং

অমদা মাবুদি মুন্না খণ্ডিং; চংলরোই হায়হুনা অমুক লাকপস্থু য়াই, কনানা খণ্ডবা!

মাবু ঐনা খণ্ডলকপসি চহী মঙামুক্তি স্থরে। লৈশারিভৈদদি মীংথিনা মুন্না খঙনদে। য়ুমসিদা মৌ ওইহুনা লৈভৈদগী ঐহাক মাগা লৈকাইগী ইচিন ইনাওশুম, মক্সপকুম লোইনরকপনি। ঐনা য়ুমসিদা ল্যাক্তিভৈদা ঐগী মুপাগা মাগগী মরী, মুম অসিগা লৈনরিবা মরী, কয়াম নক্কবগে, ঐনা মৌ ওইহুনা য়েংলব্রা হায়বক্ষাও খঙদনা ঐবুস্থ মখোয়গী মনাক্তা চিংশিলিং; মক্সপকী মচল ওইহল্লরি।

ঐগী য়ুম ঐগী ইমুং মীথুংশঙ অমগুম্বনি। নোংমগী ইনাও-শিং ইচনশিংগী মমান্নবা মমান্নবী অমা নত্রগা অমদি শোয়রোই। মখোয়না তাল্লগনি মীকুপ মীকুপকী পুন্সিগী দাবী। ঐনা মী চিনবা হোটেল অমগী মেনেজরগুম্বনি। চা, ঈশিং, চাক, চানা থক্লবা, নোকপা লাংবা। অসিগীস্থ মথক্তা মতম মতমগী লুর-লুববা ব্রাহং, অব্রা নুংঙাই তাথোক তাশিনং,—"ইতৈমা ইতৈমা, ইনম্মা ইনম্মা.........।" তশেংনা ঐ মমা অমনি, মখোয়না ওইহনবনি। মখোয়স্থ হোয় মাই হায়্দনা য়ুমগী থবক থৌরমদা অঙম্বা মতেং পাংলরি। মসিস্থ নুংঙাইরবা পুন্সি মরেল অমনি। পুন্সিবু কুপ্পা লুনা থল্লনবা মতম লৈতে। ঐগী মুপাগা তিন্নব-শিংস্থ অতুমঙাই। ময়ামহুগী মরক্তা ইমুংসিগী মীওই অমগুম মাদনি লৈরিবা। "মীনা" ঐগী মুপানা কৌগুবম মাস্থ কৌই, "মেনকা" হায়না শুংকৌ কৌদবদি নত্তে। ঐগী ঈগী ঈচেন্দা মাগী ঈ য়াওরি; ইচা মুপী অসি পোকপদনি। করম্মা কাউগনি

পুন্সিনা পুসিগী লমন! শিংলুবদি লাম্নরবনা হেন্নহুম লংজরবনি। ঈ পবা অমদগীদি য়াম্ন' হেনথি হাম্ন। অরুবা কেসনি শিবা য়াবা থৌদৌনি।

নোংমনি, চমনবদগী পুথনথিবা রাহৈনি। পুথ্থিবা হায়-বমকস্তু মাদে অহুবু মকম্না মতম্না থরদি ঈকাইনথি। ঈকাই-কমদি থোক্তে ঈকাইগে হাম্নসু খন্দে। মুমিত্তু, অঙাংঙৈস্তু অমত্তা লৈতে, ইমাসু লৈতে অহুম্না মাসু। মৈফু থাগৎনবা হান্নহুনা অচৌবা সহী অমা শীংজংনা অমুক অনীরক থারুবদা কোক খংচিক চিক্লকপদগী মচেৎ অমফাওবা তাবা ঙমলমদনা ফমুংদা হিপথবদা ঙাইরি মনা কৌরকপা মতমহু। ঐনা কৌশিন-বদগী ঐগী কাদা চঙলকই।

"কদাই কদাই চৎনপ্রে? ইচিক চিক্লদনা...! মাবু লৈত্রা?"

"খঙদে কদাই চৎপ্রিবনো, হায়রমদে।"

"মসিবু করিনোনে! ঐখোয়গুম্বা পাখংসু নত্তে। মুপী কোয়বা চৎলবসু ঐবুদি হৌরমগনি।"

"মুপীবু কোয়ব্রো?"

"কোয়দেদা কদাইদগী! কৈদৌরে হিপচল্লবদি?"

"শীং মচেৎ অমত্তং থায়গে তৌরুবনি কোক চিকমনহুনা হিপলম্লিবা, ফম্মুনে।"

ঐনা হায়রিবসি কয়া থৌশাদে ঐঙোন্দা পুক্নিং চঙশিল্লকই, —"নত্রে মুতিগীরা? ঐসু চিকই। ডাক্তরদা চৎলুববু গুলিদা পঙপীদা পীরকই। সে অমা য়াওরি," অমঃ শেৎলগা পীরকই।

ঐহাক পাক লৌদে। ঐগী মওংসিদা মহাক খরা ঈকাইবা মাল্লি। ঐনা হায়,—"কদাই" গুলিতু লৌশিলি, "খরা খবা ফরক্লে হোরেন অমুক্তা হৌরক্লবদি চাগে," কোক চিক্লিবা মওং-সিগা হায়রুববদি চাবা য়াবনি অত্তবু চাকদে। গুলিতু অমুক্তা উথিল্লি; ইশাসি খাই খাই লাওই। ঐগী ইতৌসিদা করিগুম্বা খরা খঙবা মালি। খঙলমগনি, খজিক্তদা খঙবা মীনি। মাদি অমা শেংলগা চাখি, তেবলদা থমলিবা ঈশিং গ্লাসতু থাংগৎলগা থকখি।

"শীংদি কদাইদা লৈরিবা? শাফবত্তু খায়হনগেদি হায়দদনা!"

ঐনা খুম্বা নংত্রিদৈদা মনীংথোং হাংদোক্তুনা প্রপ-প্রপ চঙখি। শীং খায়খিবশী খোঞ্জেল তায়। খল্লি,—মানা চাখ্রিবা গুলিত্তবু তশেংনা কোক চিক্তুনা চাখ্রিবরা?

ওহাক লৈরগা ঐনা য়েংলুবদদি য়েনগোল অমা শাবত্তসু লোইবীরমলে। মখোং মখুৎ হামদোক্তুনা লৈরম্মী।

"তু লোইরবনি, য়েক্রম চারমদাইদা কাউবা য়ারোই। মথকসিদি মানা করি করিনো খরা হায়খিবনি।"

"য়েক্রম লৈরিয়ে হৌরকখিগে?"

"হাই! য়েনদি লোইজ্রি য়েক্রম হায়া কোক্লব্রনে? শাফবত্তু পীজৌ। থবক অমথক চংমিল্লসি হায়গে লাকপনি। হোরেন্দি লৈরম্মু হায়য়ু। চংগ্রগে ঐনা য়াম্মা শাওরম্মী তম্মু!"

"ওহাক ভাইখো করি থবক লৈহোগে? চা থকখিসি লোল্লি, য়েক্রমসু হৌরকে," ঐনদি হায়রুরি চাসু লোল্লি, য়েক্রমসু লৈত্তে, চোগুননে! চাবা থকপদি খরাই য়াওজপ্রবা য়াম্মা চাবসু

নত্তবগিদা। মথা তামা ঐনা হায়,—"নহাক্কি চাক হাপচল্লগা লাকত্রবা? মাস্থ ফনা কুইমা ভাই!"

"বাকি শিকি লাকখস্তুনা নোংমা হেক চান্নবস্থুমি।"

"... ..অত্তু পাউ অমত্তা হাযরম্নরোইত্রা?"

"কবিবু হায়দোইনো, ঐবু থেংনবা ঈকাই হায়বদাইনে? ঐসিবু কৈগা মানত্রা?"

মথোং মখূং তৈথোক তৈথোক্লা শুক্তোক্লগা হান্নবকপত্নদি ঐদি কয়াদ নোক্লীংলুবে,—"হেবা ঈকাই হায়ছনা য়াত্রনে?" ঐনা হায়।

"মা-হেক লৈকদগী মথোংযসিদগা লাক্লদবা ঈকাইবে ইমংই মমাংদা। ইমা খওডি হায়বদাই?"

"খঙনিং খঙব্রসন্তু। ইমান ইমানি ঐখোম্নবা ঐখোম্ননি।"

"ইমা খঙলিবসিদি নঙমা ওষ্টবম তারে অন্থদি!"

"নত্তেদা। কৌরুচো হান্নববো, লৈথম্বল্ল য়াই।"

"হুম, কৌকস্থু ঈকাই। ইমা লাক্লবদি ঈকাইনি। ইহে! চিঠি অমা ইবম্বনি কাউবেদো!"

"হৌজিক কবোদনা।"

"নঙগীসিক্ক চা লোল্লিস্থ হায় বাবীস্থ অত্থম শাম্নি। চংত্তা চংচত্রগে ইকেম্মা।"

"হে! হে! থকথিসি থকথিসি... ...।" খাম্বা নত্তদে অত্থম চংত্রে। মহাক্লা মহাক্লা অমা উনজত্রবদি ফগদবনি। কেক্লবা মীওই মপোক্তা থোইদোকপা খংশেম য়াওদনা য়াম্মা চল্লা অমগা অমগী পুক্লিং মশক খঙমা কয়াদ লায়না খুত্থম

চল্লিবা থাম্মে'ইনো! অহুবু মাগী শুলি... ..., মানা চাখিঁবহুনুঁ ... ..। ঐবু কবিগুম্বা ধঁবা থল্লমগত্রা? ইশানা ইশাদগী হেন্না ঈকাইহল্লে!

হুমিদাংবাইন্নি মহাক চংখিবগা ইবেমচাখোয়গী মমান্নবা মমান্নবীশিংনা ভোটকীনি হাযহুনা চাবও থকপও তৌবম্বগী চ'ই-হুনা লৈবি। খিত্তি হাকমনগ্রে তৌরিবসে। চৈরুবে ভাংলুবে মনাদা হাপলো'ই, নোকপু নোকপও, লাওবু লাওবও তৌবক্কনি। ঐগী পুন্সিগী মীকুপ অমত্তা লেম্না মাংহন্দে। শাওরুবফাও শং-জদে হাযবহুন্নি। ঐভোন্দদনি লাক্লগা চৈরগদবা ভাংলগদবা অহুগা বা শুইনদি লৌবীবোই লোইনবিবা থোগায় থৌচেংশিং-সিবুদি। অহুবু ইমুং অসিদা মসি নত্তবা থবকপু কবি লৈবিবগে ঐগনি হ'যবা? মীকুপসিগী থংনবা মীকুপুদি উন রাইমুক চিল্লগনি। অচিকপা অহুদা ঐনা ঐগী লৈশিল্লক্লবা শক্তমবু থবাই তানা হেংজবা ঝংগত্রা? মত্তমহুদা পুন্সিবু উজহুনা সিনি হায়বা ভমগদ্রা? পুন্সিসে পৃথিবীগী মতৌগুম্না কযাদা মোং-হাদ্রিবনো! অহুগা অমুকম্ম পুন্সিসে নরা উবা পৃথিবীগী লৈমাম্নগুম্না অতোং-অকুং কযাদা লৈখিবনো!

ভাহ ক্রী মতুংদনি, "গ্রে'ক! গ্রোক!" তৌখি হায়হুনা চত্তশিল্লুই। উম: মনমসিদি! শোয়দ্রে! শোবৈাক্সতুদা থেং-জল্লববা জাংনি; কবি কঁরিনো থবা তুহুনা লৈ। "কদাই চংপী-রুবে?" ঐনা হংঙি, "ভসাইদগী!"

"কৈনো ললিতখোয়দা লৈকই। কদাই চংলুনি হারবগে!"

'জুরাব শাম্নরুরি ওইবিনি। মানদি কয়া বানা ভ'ইগ্রে।

য়েনগোলহুস্নু লোইরমলবনি।"

"খঙভি তল্লুনা লাক্কবনি!" শাওবু শাওবীরকই, "ইমুং-নেনা তৌবিবসিবু কৈনো?"

"কৈদৌবগে তপ্পা হায়বীয় অঙাং হৌনি।"

"পুংচায়! ধর্মশালাগী মীথুংশঙহু ঙাইরে!"

"হেরা, 'সিগীবু লোইশিল্লগা য়াবসিবু।"

"বা অমা হায়গে লাউ," ঐবু মনাক্তা কৌসিল্লি। য়াম্না নক্না চঙসিল্লগা হায়ৱকই,—"ঐ নঙ ইচিন ইনাও মন্নামসি·· । নুপা মুপী অনীগী মরমদদি ঐহাক পুকচেল চাউথোকপা পামদে। মঙ্গপ মপাং অতৈ অতৈ ·…, ইজ্জৎ, ইমুংগীবু ওইববস্নু নঙগীবু ওইরবস্নু চেকশিনবনা খ্বাইদগী ফৈ.. …।"

ঐ ভাব তাবা ঙমদে।

"·· য়ুমসিদা নথস্তা লৈবা মরাং কাই মসিদা অঙাং-শুবী কল্লা'মস্নু মরাং কাই। লাংঙি, লাওই। মতুগী অফা ফত্তা দায়ত্ব নঙগী ঐগীনি অদুবু মতুগী দায়িদি নঙনা ঐনা পুবা য়ারোই ·· । মসিস্নু মরম অমনি তিল্লবশিং কল্লা কযা··· । ঐনা হায়বদি মীওইবা হায়বসি শোল্লগনগ্রবা জিবা অমনি ভাব ইত্তা তানা তাগন্দে …।"

ওহ, ঐ ভাব তারে, খুবক্কী ঈনা লাই শাবগী বানি। অতম্মনা হায়দ্রবস্নু মঙাক নত্তনা কনা লৈ। ময়ুমগুম লৈরিবনি মনীং তম্না। ঐহাক করিগুম্বা বাখল অমদা পুক্লিং লুপশিল্লি। হায়রক্লিবসি শাওনীংলুবদি নত্তে। শাওরুবা য়াদে, তিল্লরকপা হানবা মাগী বাখলদা লৈবা তাবনি, য়ানীংবা য়ানীংদবা। অদুবু

য়্, থক্লক্লমত্রবদি ঐগী পুক্লিংনা অমুকা হেন্না পেল্লমগনি। ঐনা হায়,—"মহুবু চৎপ্রো হায়বা য়াত্রো? নঙনা লৈবা ওইরবদি কৈ। য়ুমগী মখাদদি ঙহাক্তা লৈতে!" মঙোন্দা শাওশিল্লি, তাইনশল্লি।

"করিগী ঐনা লৈত্রিবনো, মসিগীস্থু মরম লৈ। হায়দোক্ল-গদি য়াম্না কজদবা। মহাক মরূপনি অহুবু ঐখোয়নীগী মরক্তা অচৌবা খেন্নবা অমা লৈ। তঙাইফদনা মহাক্না খঙদ্রবস্থু ঐনা লৈথোকপা তাবনি।"

"অহুনবু হেক্তা য়ারত্রা?"

মহাক করিগুম্বা থরস্থু হায়গে থল্লম্বনি ঐগী ইতৌসিদা তল্লমাল্লে তুমিন লৈখ্রে। শাম্নরিবা বারীসি ঐখোয়নীদনি হায়ববু পুক্লিংসি চরাং খোয়রাংনৈ; লাকশিনবা ঙমদবগুম তৌই। ... ..ঙহাক উংতুনা লৈরুরমাল্লে মীৎকম হোংদোরকপদা থজিক কারিবা থোংনাওতুদা কনাগুম্বা অমা চৎখিবগুম তৌই। শ্লাই লাওই! কনা ওইরিনি? মহাক্না? হুমিদাংবাই লাকনিস্থু হায়রম্মী। প্রপ-প্রপ খোক্তুনা য়েংলুই,। কনাস্থু লৈরমদে। য়াম্না চিংনরকই। ইশাসি র ই শংদে, "খঙহল্লিংবদি খঙখিবনা কৈ" অহুবু থল্ল্, থল্ল্রগা ইপুরোইববু বারৌজে। অমুকস্থু থল্লি, "মহাক অমনা শাওথ্রগা ঐখোয়না কয়াম মাংজবা!" অহুবু লৈতাফম লৈতৈ, বাখলসিদা অবাব অমদি অহুম লৈরে।

হুমিক্তুদগী মাগী মশক অহুমক উখিত্রে। হান্নগী হান্না য়ুমগী ফীভমদি থোইনা হোংদে, লাংলি, নিল্লি। ঐগী হুপানা মাগী মরমদা হেক হেক বারী শাই। ঐদি কয়া থোইজংলুদ্রে।

হংনীংদবা, তান্নীংদবা নত্তে; খল্লু খল্লবগা ইশাবু য়াম্না চোক-থহল্লি, থিবা-ফংদনা হেক ঙাইক মাংঙি,—"মুপী মুপী অনীগী মান্নদবমা মন্দপকী থাজবা মংহৈল্লব্রা ?" অনিতগা মাগী মরী-দদি "ব্রাবোইশন ওইনা মাপী ঙাকী মঙাংদা ঐনা হেক হেক ংংঙি। .... চহী অনীমুক্কী মতুংসদা ভসি অমুক লাক্লি। নবম্বা ইম্নুংসিগা তংনবা ওমদবা মরী লৈবননৌ। কাউওমদবা থম্মোইগী পোথাকম ওইবিদ্রা, .. ...

"তারিব্রা ? মীনা !"

"উম, তাবে। থূদৈ মখৈ মেংৎমনহুনা লৌইনা শুদোকলে অমা হেক লৌথোক্লগা শেংগীবো।"

ঐগী ইনাক্ক তম্না চঙলকই। থেংবাদা মথং শৌবহুনা হান্নরকই,—"প্রিয়ো লাক্লমব্রা ? ঝা থবক ফংলবনি।"

"উম, লাকলম্মী, থরক ফংলে হায়বদি তাক্লমদে !"

"চংব্রবব্বা ? চংলনি হায়বমব্রো ?"

"হান্নরমদে, ঙহাক ঙাইখো হায়বগা যাদে মী অমা উন্ন-রুগনি চংখিবনি। অমুক লাক্কনি হায়বম্মী।"

"বদমাসতু ঙাইরমগেদি হায়দহুনা ! থিকখিগে।"

"মরাইনা লাকচনি মফমস্তু খঙদবহুদা চাক্কা চাবগা ইংনা ঙাইবনা ফক্রো ?" ঐনা হায়বিবন্নিবু তাবমগদ্রা খঙদে।

"মাগা চাগদোবিবনি। মানা লৈবমগদবা মফম খঙঙি," অমুক তহা তহা চঙলকই, "যেক্রমতু ফজনা হৌবম্ম, মথন্তা পাঙ্জগে অম্লিতাম্মু থবা কৌবম্ম !" প্রপ-প্রপ অমুক থোকখি।

মখন্জরেদকো তহা তহাবদনা ! ফনতুম জুং চাই ! ফি শুবা

ঙাহক লেপ্পী। পুক্নিংসিদা নুংঙাইবগী বাগ অমা লাকই। অনিতা-না হবাওজগদবদো! নুপী মশেল ওইহনসু ঐঙোন্দা ৱারী শাদি শানীং শাবদি ওমদা, ঐনা মপুক্নিং থোদোক্নুনা হংবদা, "কযা ক্ষঙনগদবা মান্দে ।" ঈকাইনা ঐঙোন্দা হংম্ন-খিবহু; নুপী অমা ওইনা ঐনা খঙডি। মথুম মবাং হৌনা ঐগী পুক্নিং নুংঙাইবনা থুম্মাংলকই, "য়েরুম চাবমদাইদা কাউবা যাবোই," নৌহৌনা নীংশিংলকই। ঐনা নুংঙাইবিবা অশুম্না অনিতাসু নুংঙাইগনিকো। কবিগীনো ঐনা অনিতাগা চাংদমনকুবিব ইথন্ত্র। অমুকসু ঈকাইবকই। ফি শুবা অমুক হৌগং-লি; মহক লাকপনা হানবা তাবে। ... ...অনিতাহুবু শাওহনা অমুক লাক্কদমনে। মথোং মবম ইখঙ খঙদে তৌনিবসে। অমুক ব্রুইববা মতমসিদা মথোয় অনীহুবু পাউ ফাওনবিদ্রা?

—(:)—

# মিঠাই অমা

হেক য়েংখিবদা ইরম্ম লায়না লাকশিনবা ওম্মী, 'মিডল স্কুল' অঙোবদা হিগোক্লা ইরিবা ময়েক থবাঅদু। ক্লাস রানদগী ফাইভ ফাওবদং লৈবা স্কুলনি। পুম্না ছাত্র-ছাত্রী চাম্মা কুন্থ্‌মুক লৈ। কয়াদা ইংনা চিক্লা লৈবিবা! ওসিদি পরিক্ষানি ইবাং লাংঙি, চৌংয়াগী লমপাক্লা হরাও কুম্মৈগী মী তিনবগুম্মী।

মী চিকপা মক্ষম অমদা তুমিন্না ফমহ্না স্কুল অসিবু য়েংলম্বা ওঝা কুন্না খুত্তরবা মান্নথোংহ্‌ ক'ওনা মোমোন নোকচৈ। মতম অমগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা নোং য়ুহুনা লাইরিক তম্বা ঋাখিদবা অদুগুম্বা স্কুলনিকো! চহী থরা অসিদা পুম্নমক ওনথ্রে কয়াদা ফজরবা! মরাম্নবক ফৈদা মতমসিগী ছাত্র ছাত্রীশিংসে! মমাংঙৈগা

স্থধীরগী বা'সী সচা সচা

হৌজিক্কা ওল্লকলিবা ফীভম অসিদা ওঝা কুল্লা মপুক্লিংদা মুংঙাইবগী অক্ষ হোৎলি ; অৱাবা খাযদোকখি মুংঙাইবনা পুবিবি।

স্কুল অসিদা ওঝা কুল্লা হেড মাষ্টৰ ওইদুনা লৈবম্মী। চহী তাৱা হেল্লে থবক থাদোৰকপা। ইচম চম্মা হেড মাষ্টৰ ওইদুনা লৈবম্বা নত্তে, স্কুল অসিগী থৱাই ওইদুনা লৈবমবনি। স্কুল অসিগী য়ুস্কমদা ওঝাঅসিগী হুম'ং যাওগ্ৰবনি। ৱানা মখোং ওইদুনা লৈৱিঙৈদগী লেপমিন্নৱক্লবনি। লমগী ডিনাবকেশনগী মতাং, স্কুল শাগৎলকপগী মতাং, ওঝা থনবা হাপ্পগী মতাং মতাং মতাং খুদিং ওঝা কুল্লা ইচেন্দা চেন্নৈ। মক্লপ মপা' মচীন মনাও কযাম্ব ৱাখি ৱামিন্নখি। ওঝানা হেন্না ৱাখিবদি ছাত্ৰ ছাত্ৰীশিংগী মহৈ মশিং তম্বীবদা মপুং ফাবৰোইদ্ৰা খনবদনি। শিক্ষম অসিবু পামজবা ওঝানা ছাত্ৰ ছাত্ৰীশিংগা মুতিগী লোইনজনিংঙি। হেড মাষ্টৰ ওইজববস্তু অহাংবা ওঝাশিংগী মহুৎ শিন্দুনা অমদি চৌকিদাবগুম্না হেক হেক লৈ। ওঝা খুদিংদা ওঝাদা ওঝা ওইবীনবা শেলগী মতাংদা তম্বখিদনবা কন্না হোৎনজৈ। থীজৱবস্থ স্কুল অসি মহৈ তম্ফম শঙনি, পুক্লিংদা থোনা ফনা মাযবোং যাই। তলবকী মতাংদনি ওঝানা তশেংনা ৱাখিবসি মতমহুদা, মশাগী নত্তে। সবকাবদা লৌশিনবিনবা হান্নজখি, মবী লৈনবা মীওই কয়াদা চৎখি চেনখি, অতুবু কাইনথংদা মমুল ফাৱবা হৈনা কেঞ্জবকপগুম স্কুল অসি লৌশিনখিবনি। অসিগুম্বা মুংঙাইৱবা মতম অসিদদি চহী মঙাদা ঙাইবমলে ওঝাগী মতম ! ৱাববস্থ ৱানা স্কুলঅসিগীদি হুমাংমন থীজদবা ওঝানি। অতুবু চহীনা চহীবু ইন্দোবকই। চহী মঙাগী মতুংদা ওঝা কুল্লা পোথাবে।

... ...কাং! কাং'! কাং!!!—পুং তাখ্রে। লম্পাক্তা লম্বীদা চৎলম্বা লৈরম্বা ছাত্র ছাত্রীশিং মাগী মাগী কাদা কবোক উবদা মহাবলিগী য়োংয়ায়। হোৎচীন্নখিবগুম চেনশিন্নখি। স্কুলগী নাক-যেত্তনা মযাম্বা মচে, মপা মমানা পবেং শানা লেপলি। নহানমখৈ তৌবা পবিক্ষাদগী ঙসিনীসিনা মী হেন্না থিল্লী, ছাত্র ছাত্রীশিং নত্তে। বোর্ডনা পবিক্ষা লৌই হায়দুনা মহৈ মহৈ ইবাং লাংঙি. কোযচেন চেল্লি। উকবগা ওঝা কুল্লা পুংঙক ঙকই! পুক্লিংনা লাম্মী। ফ',ঙ। অদুবু ফংলিবদো ফংনিংলক্তে। খ্ব ফুইনা হোন্দোকই, শোন্দোকখি, —''কবিনো তৌবিবসিবু।"

পবিক্ষা হৌখিবদু কুইখিদ্রি।

"হে। অদুগীদি শিনি .. .., অমদুনা শোমগীনি। শে মসি হান্না শিল্ল্, ফজনা। .. নখুৎ থীমল্লে," মচেবা কনানো অমনা থোংনাও মকমদা লুমদুনা হাযবি। কনা কনানো থন্নু... ...।

'নঙবু অমুক্তা চঙঙুমি, অঙংদু ইবম্মবোই মীগীদি যেংঙু,'' মসিনা বিংগী নকলদনি।

কয়াদা থরাই যাওনা তাকপীবিবনো। অম্নুয়া ময়ুম ময়ুমদা তাকপীববদি কবিগী মিৎ নারুনি? নত্রগা মসিবু চৎনবীবো? মতিগী বোর্ডনা পরিক্ষা লৌববদি শোয়দনা অঙাংশিংসি লাইবিক হৈগনি।

ওঝাগী মকশীল্লবা মায়থোংদু স্কুলদা থম্মী। চেক্লা হাপ রাল নীংথিনা চনশিনবা ফকলাং, চেকশিন্না পানবা থোং থোংনাও, কুপলিবা মথক, কয়াদা ফজববা! অদুবু চহীনা লুমলবা মতমনা

ইম্বোকপীরবা ওঝা কুল্লগী মাম্নথোংদি অতুমক মকশিল্লি। নোংজু মুংশা অইং আশাগী নংলমদ্রবদি পুমনমক অরেম্বনি; মতম অমগী শেগায়রবা ফকলাং অতুগা করিদা খেন্নরিবা? শম্বল খানা খানা ঘন চণ্ডলবা ইজোল!

নীংশিংলকই, স্কুল অসিদা মাগী থবক লোইরমদাইগী শরুক খরা,—(সরকারনা লৌশিল্লবা মতুংনি)

"কৈদোরে কপ্পা লাওনরিবদে?"

নিংথম মুংশা য়াইরিবা ওঝা অমনা অঙাং অমদা হায়খিবতু কা মম্নুংদগী হেড মাষ্টরস্তু ভায়।

"কদাই' লৈ ফকলাং হোন্তোকপা শগুনদো? পুশিল্লকউ ফুগে, ফকলাংস্তু হোগায়বা মীবুস্থ ফুবা,… …চংলু চংলু অঙ্কগী ওঝানা লাউ হাম্নয়।"

অঙাং ময়াম হৌহুনা চেনখি।

ঙহাক্কী মতুংদা পুরকই চিংবোই থাংবোই। ফনদি কনবা অঙাংনি, মাশাতু ওকপীদোনা বিং বিং লোয়। মানা অমুক অমুক হাইবদা মাবু ফারিবা মম্নামতু ফেরে ফেরে হাই। চিংশিল্লকই ওঝাশিংগী মমাং মক্তদা। অতৈনা ইকোম্ন কোয়না লেপলি। ফারকলিবা অঙাংতু ফনবু থোনা ফনা লেপলি; মখুং নাম্মনা ককফৈ তংলবা ডমবুর মাল্লবা খোংগ্রাওতু ফারি, মনঙ্গা ফীভম কায়না চোরি, মতু লেমহৌরিবা মখুং নাম্মগী খুংনম্না হেক হেক তৈথোক্লগা খোংগ্রাও অতুদা তৈশীল্লি। মকোক মরু মশা পুম্বা উফুল রাইফুলদা ওল্লুবগী পুংবাও রাওরি।

ওঝা অমনা হায়রকই,—"করিগীনো নঙনা ফকলাং হোগাম্নরিবদে?"

"ভোগাম্নদে, লিথোক লিংশিন শাম্নবদা কেঞ্জখিবনি। মানা উস্থ উহৌদনা... ..." ঙসাই পাউ তমলখিবা অঙাংহুদা শুনশিন্দুনা ফুগে তৌরুই।

"আই! মসে ম্নেংউনে!!" শাজৈনা শেং শেং কলি। ফনা কম্না ফুবনি, চৈনা ফাওদবগুম তৌই, "কবিগীনো মী য়ুকই হায়বদে?"

থুমদে।

"শগুন নঙবুনিনে," অমুকস্থু ফুই। অঙাং মতিক নস্তুনা চৈ খাংবহুদা ওঝাহু খবা শাওনীংলুরা মাল্লে—"তৌখিদ্রা? তৌখিদ্রা?" শাজৈগা কোম্পনা হংখিবা বাহংনি।

"তৌ-র-রোই," অহিক্লনা খুমলকই।

লাংনরিবা লাউনবিবহু হেড মাষ্টবস্থু তায়। মপান্দা থোবক্লগা হেড মাষ্টরনা হায়বকইঃ—"ক্লাস কয়াগী অঙাংশিংনো?"

"ফোরগীনি।"

"ওঝা কৈত্রা?"

"ওঝা য়াইমগীনি, লাক্তা মাল্লে ওঝা।"

"কৈনোনে? এটেনদেন্স রেজিস্টরদদি সোই তৌবস্মীনা! . ..ওঝা অহাংবা য়াত্তববদি অমা চঙবীম্ন। ওঝা তোম্বীহুস্থ চয়োল অমগী স্থুঠি লৌপ্রগা থা মথায় অমা হেল্লে। করি হায়বিবনো থঙদে।" হায়বমলগা মাগী কাদা চঙখি।

অস্থম্না সবকারদা লৌশিল্লবা মতুংদা ওইরক্লিবা মিদল স্কুল অসিগী ফীভম্না ওঝা কুলবু অবাবা পীরকই। অনৌবা ওঝা কয়া থনখি মিদল স্কুলগীস্থ শরুক তমলকই। ওইবক্লিবা

অদুগা ওইহৌগদবদুগী খল্লবদা পেন্দবা, মুংঙাইত্তবা শাওনীংবনা পীক থল্লি। থাজবা অমত্তা লৈতে। ৱারৌরকই। ওঝাগী হৃমাংমন অদু মতাং অসিদা পামজবা শক্তম অদুগী লৌনীংলকই। মপুক্লিংদা মওন মওন খল্লকই, –ইরু ইয়াং তেক্লা শেমগৎলকপা মহৈ ভক্ষম শঙ অসিনা কায়নরমদাই ফাওবা ৱাহল্লে। .. অস্তুম্না তৌরিদ্রা সরকারনা লৌশিল্লবা স্কুলগী ওঝাশিংসিবু ... ... ?

নোংমনি, চহীগী পরিক্ষা লোইগ্রদুনা এডমিসনগী মতম লেপনবা হায়খ্রে, পবিক্ষা হায়দোকখ্রে। শক্তম কয়াদা ছাত্র ছাত্রীশিংনা পরিক্ষাগী ফল উরুরগা চৎনখিবদু হেড মাষ্টবনা মিৎ কুপতনা য়েংজৈ। অৱাবা মুংঙাইবা মিকুপ অমদা মফম অমদা পুন্না উরি।

"মোমোচা!" হেড মাষ্টবনা কৌরকই, মানা খঙবা অঙাং-নি। লাইবিক ফৈ। হেড মাষ্টবগী মনাক্তা য়ামা কিনা মোমোচা চঙলকই। নহাল মখৈগা মান্নদবা মতৌ অমা হেড মাষ্টবনা উবদুনা হায়বকই,—"কৈদোবে ? মথং থাদগী মিংচনবা য়াবনি।"

মোমোচা তুমিন লৈ।

"কৈদোবে অদুক তুকথরিববো?"

"কৈস্থু তৌদে," খজিক নোকলকই। ঈকাইনা অমদি কিনা মখা ভাবকই,—"বোল য়াম্না হাইথবক্লে ওঝা!"

"এ! অদুগী ওইবে? কয়াম হাইথবগেনে?"

"খরা হাইথরে।"

"ৱারুন্নুদা। সে মিঠাইসি চাও," মিঠাই অমা পী। চুরুট

ক্না তৌদবনা মিঠাইগুম্বসিদি ওঝাগী মফমদা মরাং কাই, "মতুংদা হাইগংললোইরেদনা ! ঙমলোইদ্রে ?"

মোমোচা খুমদে, নোক্তমক নোকই।

মথংগী চহীদা মোমোচানা রোল ব্রান তারে হায়না মশা-মক্না হেড মাষ্টরদা তমলরে। পাউ অতু তাবদা হেড মাষ্টরনা হেন্না মুংঙাইবিখরে। মমাংগী চহীদা পীজখবা মিঠ ইতুগা চপ মান্নবা মিঠাই অমা পী। মোমোচাস্থ হাওনা চায়।

"মিঠাইগী মহাও কমদোই মোমোচা ?"

"য়াম্না হাওই ওঝা।"

নহালমুক চাখিবতুদগী হেল্লব্রনে ?" পুন্না নোকমিন্নে ওঝাস্থ ছাত্রস্থ।

……হৌখিবা কয়া খল্লুরগা মোমোচাগুম্বা পৈশা তারদং পীবা মিঠাই চাখিবা ছাত্র ছাত্রীশিংহু মমিত্তা শং শং উরকই। মিঠাই অতুগী মহাওনা মখোয়গী পুন্সিবু মরেক মহাও থোক্না হিংহল্লমগনি, ওঝানা চেৎনা থাজজে। অতুবু হৌজিক স্কুল অসিগী ছাত্র ছাত্রীশিং অসিনদি "পৈশা তারাদং পীবা মিঠাইতুবু হায়না থোশাবীদবস্থ য়াই।

"… …ইচে, ইমেম্মাখোইগীদা তাবা ওঝাতুদি য়াম্না ফৈ।"

"ইচনখোইগীদা তাবতুস্থ তুমতুনা লৈ !"

"এ ! কদাইদগী কদাইদগী ইনাও খোইগীদা তাবতুদি ওন্থোক্না ফংখিদ্রে, হন্দক্তা ওঝা ওইবা জাৎনি !"

য়াম্না নক্না ব্রারী শানবগী খোঙ্গেলশিনা ওঝা কুল্লাবু জ্ঞান তাহল্লকই। য়েংথোকখিবদা উরে নাক-য়েত্তা মীগী মী ঙাক্তা !

চেক্না হাফ বাল চনশিল্লবা ককলাংচু মীনা চয়োম শাবমলে। ওঝা কুল্লা কুইনা লৈবা ঙমদ্রে। কনামত্তনা ওঝবু থৌশাবীদ্রে; মতম অমগী হেড মাষ্টরনি হায়বগী ঈকাই খুমনবা লৈদ্রে। স্কূল অসিগা মবী লৈনদ্রে; স্কূলনা লাপথোকখিববা ওঝানরা নত্রগা মতমনবা অমা তৌরে। "ওঝা কৈদৌবীরিবনো? ইস্নু পবিঙ্কা য়াওরিব্রা?" হায়রকপস্নু য়ানা লৈ, কনানা খঙবা! ওঝা হৌগংলক্লে। চংনা চংনা অমুক্তং স্নেংলক্মী, অহল ওইরবা ওঝাগী মিত্তা মমি শামি উরি স্কূল অতৃগী মমিং, অতৃগা শোস্থাংননা হায়দোকখি,—

"মমল য়ামদ্রবা ঐগী মিঠাইসি চাবা ঙস্বা ছাত্র ছাত্রী স্কূল অসিদা য়াওবিদরা?"

—(:)—

# মরাল

মপুবোইবগী মুংশিববু ইথৌ থৌওইরুদবা মিকুপশিং অত্থুনা ইবেমহলগী থম্মোই লৈতাহন্দ্রে। হায়হৈদবা পলহৈদবা, অপাম্বনা মাং থাখিবা মপুবোইবগী কা হেনবা লীচৎনা শেমখিবা শাপকী মশক্কি। মতিক চাবনি, ৱাংপু ৱাংলিবনি খনখি ইবেমহলনা। অত্থুবু অশাওবশিংঅত্থুনা মথন্তা মৈশা লাংজহল্লে। হৌজিক্তি মপুরোইববু মিকুপ অমত্তা মাগী নত্তে হাযবা ঙমজদ্রে। ও,স্থাক-পনি, অশাওবা পেন্দবা কযাগী ওন্না তৈনবদা মপুবোইববু থমবঙ্গবদা হাক্কঙ্গবদা মশাবু অমুক লৈতাহন্দ্রে!

ঙসাই অয়ুক কোল-লীক ফেংদোক চামথোক্লিবদা মকোক ঙাওবক্তুবা ফমুংদা ঙহাক পোথাগে হায়না হিপখিবদগী

সুধীবগী ৱাবী মচা মচা

অহুমক তুমথখ্রে। মিকপ থোক্লকপদদি অম্ন ক্কী মতম হেল্লমলে ফনা থেংলম্নে। হৌগত্তুনা চাকশঙদা প্রপ-প্রপ চঙখি। লেমহৌবা খবক মখাক লোইশিন্নবা হোংনরি।

অচৌবা হান্নবসি ইবেমহলগী মপুবোইবগী মমিংনি। সঙ্গা চাউদবা সরকারগী কর্ম্মচারীনি, ওঝানি। অচৌবনা ইবেমহল লৌখিবসি থোইদোক্লা তমখিবা লীচং অমদনি, ফাহুনা লীবনি। ম সিমক্লা অতৈ হীরমদা অচৌবনা অফবা মী অমা ওইজববস্নু মশামক্লা শেমজখিবা শক্তমসিদগী নাম্থোকপা ঙমদনা নৈরি। মসিনি ইবেমহলগী মফমদা অচৌবগী মরাল।

ঙহাক্কী মতুংদা,—

"তাবিত্রা?" অচৌবনা কৌরকই।

তহা তহা ইবেমহল চেম্থোরকই। থোং মনাক য়োরম দাইদা খংতপ তপথৈ। থোং তপ্পা হাংদোকই। মপুবোইবনা তৌ-বক্লিবা মওংহু ইঙক ঙক্লা মশাবু নীংশিংবা ঙমজদবমখৈ য়েংলি। থোংহু চন্দবমখৈ পুবক্লিব। পোং-চৈ, এঙ্গাং-নাপি, মচীন্দস্নু গজব অমা উমবোই চীকপোই তৌরি।

"করিনো লেপতুনা নৈরিবসিনা?" অচৌবনা হায়রকই, "কৈদৌবগী থোং লোলশল্লিবনো? নুংথিনসিদা!"

ইবেমহল জ্ঞান খংতা তারকই। পুবক্লিবা পোং-চৈশিংহু লৌশিল্লি, লোইশিল্লি।

"ঐদি ঙক্লুরে কলেজ চংগ্রগা তৌরক্লিবা মওংহুদি!" ইবেমহলনা হায়রকই, "করি করিনো?"

"তলপ ফংনবগী মহৈ মহৈ পংলৈদা লৈনৈ। ঐস্থু লৈশিন্ন-ক্লিবনি। প্রেশর কুকরস্থু য়ারন্ত্রা?"

"উম, য়ারে," ইঙক ঙক্না মখা অমুক তারকই, "চৌক্লিবহৌদি কৈনো?"

"ইহে! গজরনি, য়াম্না হাওবনি হায়হুনা ইতৈমনা ইন-শিল্লক্লিবনিনে। নঙস্থু অমা চাও য়াওরিবনি।"

"চানীংদে!" শাওরংননা খুমলকই ইবেমহলনা। ইতং তৎতনা অচৌবনা ইতৈমগী পোৎফমদগীনি হায়হুনা কৈথেল চংপা খুদিংগী কবিনো পোৎ অমা, মবম ইবৈ লৈনব্রবস্থু লৈনববস্থু পুহুনা লাকই। মহু ইবেমহলনা শাওনীংঙি।

অচৌবদি মাগী মুপীনা শাওরংননা খুমলকপগী মবম খঙদে। রাবী অমত্তা জ্ঞান তানা শান্নবা য়াদবা শান্নরবস্থু শাওনবগা লোইশিনবা ঙসিতগী বা নত্তে অহুবু মহু অচৌবনা পামদে। অহুনা শাওনবগা লোইশিন্দনবা হায়রকই, 'কয়াগী মাল্লি?"

"এপ্পাং নাপিশিংসিবুরা?"

"উম।"

ইবেমহল খুমদে। মপুবোইবদা হ.য়কেত্ত' ঙ্কেংলুই, মফি হোংদোক্ক্না লৈবা উই।

"য়ামদেদা" অচৌবনা হায়রকই, "গজরস্থু লুপা অনীতগীনি। অতৈহুনা" ইবেমহল লৈরমদবদগী মখ' তাকত্রে। ঙহাক তৌফম খঙদনা লৈরমলগা বাড ক্কমদা ঈক্কজনবা চঙত্রে।

ইবেমহলদি চাকশঙদা ঈশিং কোপ্পিল লৈশীনবা চঙলুবনি। মপুবোইবা লৈরমদবদা বরি থনগ্রবনো শাওগ্রববা হায়না

মুংঙাইজদে। ঈরুজখিবগী মঙং ফংই। ফমুংদা মুংঙাইতনা হিপথখি ইবেমহল।

ফরবস্থু ফত্রবস্থু ম্ন ম পানমিন্নরিবনি, মতৈ মনাওনি। অদুবু ঙসি ফাওবা মনীং মখা তমনবগী মঙংসিমদি ইফং ফংদনা লাক্লি। মসি পুম্বা অচৌবগী মরাললনি। মরাল অসিবু ঙাকপীবদি ইবেমহলগীনি, ইবেমহলস্থু ম্নাজে। অদুক থৌনা ফরম্বা থম্মোই কল্লম্বা মপুরোইবনা মীচম মীকিথী অমগুম লৈরিবসি ইবেমহলস্থু খঙজে, মাবু মুংশিবদগীনি। অদুমদি ওইরগা ইফক ফকচীন্না মুপী অমগী ৱাখলদা লৈবসিদি মুপা অমগী মহোশা নত্তে, ইবেমহল মশামক্সু ওইহনবা পামদে। লোইনরকপদগী তিন্ন-রকপদগী হান্না খল্লম্বা তমথীরবা ৱাখল অদু মাংখ্রে। মুংশিবদু ফংলে। ইবেমহলস্থু অমত্তা চিত্থদনা মাগী মুংশিবা পুম্বা অচৌবদা পীনীংলে, মুপীদা মুপী ওইনীংলক্লে। অদুনা থম্মোইগী মফম অমা ইনৌ নোনা তাল্লক্লি ইবেমহলনা। অদুবু অচোবনা মদু খঙদ্রি, ইবেমহলনা খঙ্গে। অস্থুম্না লোল ফাওমদবসিনা ইবেমহলবু অৱাবা ওইহল্লি। অদুনা মনা খল্লি,—হোংদোকচ-রবস্থু ফোংদোক্লদবনা হান্নগী হান্ননি খনখিদুনা মাগী মুপানা অনৌবা খোংথাং অমা থাংজিন্নবা শেম শারমগনি। কনানা খঙবা মুপা হায়বসিদি মুপানি থম্মো'ইনা খজিক পেন্দ্ববদা থম্মোই-গী মফম থুগাম্নরকই। অদুনা মুপী অমা থিখিবা মশানা তাবনি। অদু ওইববদি কনাদা তাইনরুনি? লাইমনগী অৱাবা লাইমন্দা লোইবা তাবনি······।

ইবেমহলগী অৱাবসিমক অচৌবদস্থু লৈ, হেন্না লৈ হায়বা য়াই। মন'ক্তা লৈরকপা ঙসি ফাওবদা মকা লাম্বা মীনোক

অমত্তা উবা ফংদ্রি। করি করিগুম্বদস্থ থবক থোরম ৱাবী-ৱাতাইদা অশোম্বরা য়াওনখিবসি ফাগি তাথোকপা ঙমনদে, য়াম্না ঈকায়নৈ, লুশিন্নৈ। সনা-লুপা, ফি-ৱোল কয়া থোন্দুনস্থু ইবেমহলনা হবাও হরাও লৌসিনতুনস্থু অচৌবদি খক পেঙ্গদে। অপাম্বগী লমকেংপা লীচংনি খনখিতুনা শেমখ্রিবা শক্তমতুদগী নাস্থোকপা ঙমদনা লৈবগত্রা খল্লবদা পামজবা ফংবগী মুংঙাইফম খঙদে। থম্মোই শোক্না ইবেমহলনা হায়খি,—" .. .. ঐগী হকচাং নত্তনা ঐগী থম্মোই ফংবদি নপুন্সিদা ওইববোই! মপোকসিদা নত্তে, মপোক মপোক্তা। !" খল্ল খল্লৱগা অচৌবা হেন্না হেন্না ৱাহল্লি। হকচাংবু ময়াই কাজবা অমনা ময়াই কাবা হকচাং ফংই অতুবু অচৌবদি চুম্না ময়াই কাজবদা নত্তে মুংশিবস্থুনি অতুবু ইবেমহলগী মুংশিবদি ফংদে, ফংগনি হায়বস্থু থাজবা ঙমদে অচৌবনা। লৈনাদগী হেন্না থোংলবা মুপীগী থম্মোইনা মুঙদগীস্থ হেন্না কনখিবা অচৌবা খঙলে অতুগা মুঙদগীস্থু হেন্না কনখিবতুনা লৈনাদগী হেন্না থোংলকনি হায়বসিমদি অচৌবগী ৱাখলনা লামলুবা ঙমদ্রে। কবম হায়না ইবেমহংনা ক্বাটব অসিদা মতম লেল্লমগনি মথস্তা? কবি খল্লমগনি? তুম্বা চাবা মফম খুদিংদা কবি তৌবকপা য়াবগে... . .? অস্থুম্না নত্ত-নত্তবা ৱাখল কয়ামস্থু অচৌবগী লৈ। মশাবু চোকথহল্লি, হিংবগী অর্থ পুন্সিগী মমল লৈজহন্দে। অস্থুম্না অৱাবনা থল্লবা পুন্সি অসি থম্মোই মশক খঙনা লৈমিন্নবশিংগী মফমদদি মঙ-দফাও মঙলমলোইকো! অসিগুম্বা মুংগী ওইবা অৱাবগী খোস্থাং অসি ক্বাটব অসিদা নিল্লি। চহী অহুম হেল্লে নিনবা লেপত্রি।

ঈরুজবা লোইরদুনা ত্রেশিং তেবলদা মশম হাংনা হাংনা ইবেমহলনা মতম চাদনা হিপতুনা লৈরম্বা উবদা অচৌবনা হায়রকই,—"নশা ঙমত্ৰবরা ?" হায়দোকলুরগা খঙ্গে, পাউখুম ফংলোইদবগী শরুক হংলমদবনা ফবনি। অম্মুম্বা তৌবসি ঙসিদা নত্তে ।

ঙহাক্কী মতুংদা খুমলকই, "কৈস্নু তৌদে," মমায় তপ্না লৈথোরকই। পিনা পুমচোং চোংলমই।

ঙসিনা করম্বা থম্মোইগী অৱাবনো ? কুইনা য়েংবা ঙমদে অচৌবা অত্তুবু হংলকই, "কোক চিকপরো ? গুলি চাগেরা ?"

"কৈস্নু তৌদে হায়রগা!"

অচৌবা খরা ঈকাইবগুম শাওনীংবগুম তৌই। অসিগুম্বদা ফাগি তাথোকপা ঙমদবসিন্নু ঙসিদা নত্তে। কন্না ঙাংজবা ঙমদবনা অচৌবা মশানা মশাবু ৱাহৈঙ্গে। মুংশিরুবনা অশোনবা অমত্তুম ওইহল্লি। ঙসাই লৈরকখিবা খবরতু লোথোক্লুনা পাখি। পুক্লিং চঙবদি মান্দে। ইবেমহল মশা ৱাই শংলি, মচা লৈত্রি,—অচৌবনা খল্লকই, ফীভম অসিদা করি তৌগনি ? খায়নবা নত্তনা করি লৈ ? অত্তুবু করম্না · ···? ওইহৌবা তারেদনা মুংশিবদা মায়থীরবা অমা! ফংজবা তারে ফংকম থোকপা মরালগী দণ্ডি! মী অমগী মুংশিবনা মী অমবু করিগী ৱাহনগনি ? মুংশিবদি কথোকপনি, থাদোকপনি অত্তুবু মসি কথোকপগী লেমজবদি নত্তে! মরালগী ফংকম থোকপা অত্তুনি!

"নঙ য়াম্না ৱারে নত্রা ?" অচৌবনা হায়রকই।

'রারমগনি খল্লগনা রাই, রারমশ্লোই খল্লগনা -ল্লাদে,"
করিস্সু নাচুংদনা খুমলক্লই। অচৌবদা হাল্লফেত্তুং য়েংলগা মখা
ত্যারক্লই, "হুংঙাই।"

অচৌবা ইক্কক ওকই! পাউথ মসিল্লী বা-ডাকস্সু নত্তে।
পুক্নিংগী ওইবা রাফমদা ইবেমহল মমাংদা অমুক্তস্সু খুমলকখ্রিল্লি।

"করিগী কপ্লি?" অচৌবনা হংলক্লই।

"কপ্পীংহুনা কপ্লিবনি"

"মরমদি কৈদনা?"

"কৈ।"

"ঐনা নঙবু ফাহুনা লৌবনি, নঙগী মুংশিবা শেংনহুনা,
অহুবু ঐগীস্সু মুংশিবা লৈ, নঙগী মায়কৈদা চৎলি, চৎনীংলি
অহুবু ঐগী মুংশিবগী তৌবীমন্দি মুংশিখঙদবা ওইনা ঐগী মুংশি-
বনা উবিবি। শক্তমহু কোক্তি,—নঙবু ফাহুনা লৌবনি।"

"ঐবু ফাহুনা লৌবা মুংশিবা শেংনবা নতিক্লা?"

"ইতিক নত্তবসিনা অরেপ্পহু তাহ্লিবনি। ঐ অশেংবহু
পামলে। মহুগীদমক ঐ শেম শারি, চিংনহু ফাহুনা খম্বা-হায়বা
ঐগী থাজবহু অপাঙবনি য়াক্লবে!" অচৌবা থোনা কপহৎলকই,
থম্মোইগী অশেংবা মচৎ অহু ডাক্লগে খল্লে।

ইবেমহল, মপুয়োইবদা অপি কৈথোক্লগা মোমোন মীনোক
অমগা লোইনদা য়েংলি। অচৌবদি ইতন তস্নমা লৈ। ইবেমহলগী
মীনোক্ত পুক্নিং মকা লাক্লদি উঙ হায়ববু অচৌবনা শাগৎচরিবা
রাখলহুনদি হেন্না বাহল্লে। ওসিদগী মায়থীরবা অমদা প্পীগদবা

দশিত্তিনি ।অমদি থম্মোক্লা পৈপ্রিবা মমাং মথা তমখিবগী চৈনবানি খিল্লি !

"ফাতুনা থম্বা !" ইবেমহলনা হায়রকই, "ফাহ্নবা থম্লি-বোইবে ? হোৎনদা হায়জৌ অতুনা সুপীমু চেনবা চোংবদি তমই।"

অচৌবা ভাব তাদে।

"ফনা শিংবা ওইসমু চাক্লা ওইনবা অতাংগী নীংতাই থেম্বা হৈতবা মহাক্তুদি কৈদৌনুংবা সুপীগী পুক্লিং খঙলোই," ইবেমহলনা হায়থরকই, "অসুম্বা করিগী হায়রিবনো হায়বফাওবা খঙলোই।"

অচৌবা ইঙক ঙকই, থাজদবনা।"

"সুপীদি য়াম্না কপকল্লি মথক্তগী নোকপা হৈত্তে," ইবেমহল তাংবা লেপতে, তসি মহাক মতা'ম্রা ওইরে। হায়রকই "সুপীবু থম্মোই কল্লি হায়রিবদো অয়াবুদি মশাবু য়াহঞ্জবনি, সুংশিবগী-দমক সুংশিবদা !"

ঙসিতা করিগী ফোংদোক্লি ? অতুবু অচৌবগী মফমদা চিংনবা লৈত্রে। থাজদবনদি ঙকহল্লি অতুবু হায়রকই,—"সুংশিদবা মীগী মফমদদি থম্মোই পাল্লি হায়বা উত্তে অতুমক কল্লি নত্রা ?"

"অঙাংনা চাক্তা বাবৌবা নহাক্তি কদাইদগী খঙলক্নেগে ?"

অচৌবদা অবানবা শীরিসি য়েংউ !

তুমিন লৈ অচৌবা, থোইনা সুংঙাইবমু উদে, অবাবমু উত্তে। মামু ইবেমহলদা বারৌরিমাল্লে।

'সুপীসি মহোশানা থরম্মু বাজে," ওহাক্কী মতুংদা ইবেমহলনা হায়রকই, "মখোয়না সুংশিবা থিবসি হকচাংবু হায়া মমল য়াওদনা য়োম্থোকচৈ, অতুনা ঐ সুংঙাইতবা তৌদে-চপ

মাগী সুংবু সুংশিবীরবদি। থম্মোইবু খঙবা কয়ানা 'স্নোম্থোক-পনি' হায়বীদে 'কথোকপনি' হায়বী। মতুম্মু ফংখিদবা কয়ানি। পিক্লবম্মু পিক্লা থম্মোইগী মফম অমতংবু ফংজরবদি মতুদা মথোয়গী পুক্লি কাউথোকচৈ। মপানগী মিংয়েংদা অফা অপুন ওইনা উজরবম্মু মতু থম্মোই সুংগীদি নীং তমজবনি। মথোয়দি মশাগী রাখলমুংদা নীংতম্না লৈবা হৈনজদে। লাইবক থীবা অমদা মথোযগী সুংশিবদো নীংবিবক্তুবদি পীথোকচবা ঙমজদে। মসিনি মথোযগী অরাবা! অতুনা মথোয়না রারোই, ওইনৈ। মথোযদি য়াম্না তোল্লিদা!"

"সুপাশিংদি থম্মোই পান্দবরনে?" ইতপ তম্পা অচোবনা হায়রকই, "মথোয়বু সুংশি হৈতববনে?"

"হোয়!" ইবেমহলনা খুমলকই, মপুক্লিংদদি নোক্লিংই, অতুনা মথা তারকপদা হায়রকই, "অতুবু নঙনদা চুমজো।"

"হেক্তা চুম্বা তারবরা... . ?"

ইবেমহল খুমদে মোমোন নোক্তুনা লৈ, অমুকম্মু ঈকাই-বকই, সুংশিবা রাৎপগী নত্তে। পুক্লিংদি পুংম্নাং যাংঙি। অচোবদা স্নেংলুবগা লৈথোবকপদা গজর অমা তাতুনা লৈবা উই। শাও-নীংলকই। হায়রকই,—"গজরসিবু কয়াগীনি হায়বা?"

গজরদা মথা তাখিবসি অচোবা থরা সুংঙাইতে। তেন-শিন্নবা হায়রকই,। "লুপা মঙাগীনি হায়সিরো?"

"নরালদি লৈদনা? মমলফাও চুপ্পা হায়বা ঙমদে।"

"অনীতগীনিদা," হায়ক্তেং নোক্লগা অচোবনা হায়রকই, "নঙনা থাজরোইদবদো!"

"অতুবুনে নপুক্কিং পৈ হায়রিবদো ! অতুবু নঙ থক লানবীনু। ইতৈমতু মশক্তি ফজেকো ?"

রাহুং অসি অচোবনু ভাব তাই, চিংনবা তাবনি। মতমগী পোংতাং চৈতাংসিদা লুপা অনীগীবু কয়াম তৌরকনি ? ঙসিদা নত্তে অচোবনা চংপা খুদিংগীনি। অতুবু করম্বা থম্মোইগী মরীনো হায়না ইবেমহল্লনা চিংনরিবা অসিদগী হেন্না অচোবদি শুকখঙবু খঙদে।

"ইতৈমা হায়নু" অচোবনা হায়রকই, "ইনম্মা হায়য়ু। নঙনু মশক্তি উগ্রবদাইনে ?"

"উম, লাকশীনবদি ঙমদ্রে !"

"ফজবদি করি হংলুরনি ! লৈশারিঙৈদদি থাংমৈবন্দ থম্বাল হায়না মমিং হায়রপ চংলি।"

"মমিংনু খঙবোইরেকো ? লৈফমনু খঙবা ?"

"খঙই, হল্লকপীনি হায়বনু !"

"হল্লকপী ? ইস কিজরেদকো !"

"কিরুনুদা। ইতৈমনদি নঙবু খঙই, নঙনু খঙনৌদনা ?"

"ইস ! ঐবুনু খঙবীরিবা ? ঐদি খঙনজনীংদে !"

"ফৈ খঙনরুনু মথোং চাবা মী নত্তে !"

"করি অতুক থীনা চৈবীরিবনো ?" ওনথত্তুনা খুমলকই, "কবি মরাল লৈগ্রে কোকপীবা ঙমদবা ?" ওইননা মখা তারকই, "অতুক পুকচেল পিকপা !"

অচোবতু ঈকাইবকই, মাগী নুপীনা থাজদনা হায়বকপতুদা। তৌবগীবুদি কনানা থম্বালগী লমচং খঙদবা য়াওবগে ? খ্বাইনা

খঙলিবত্নি ফজবা শক্কী লেমথোকপা হৈতবা মীশক অমা!

"থম্বালগী মরাল নৈ," মুংঙাইত্তনা অচৌবনা হায়রকই, "মাগী মুংশিবা নৈ, অদুবু মবমচংনা মুংশিবা হৈরমগনি থাজদে। মাগী মবমচংকী মরালসে অদুমক নৈরগদ্রা?"

"মুংশিবগা লমচংকা মরীস্থ নৈনদনা!" ইবেমহলনা হায়রকই, "লমচংনা মাং থাখিবা মীশিংসি বাদি বাবা জাংনিকো?"

অচৌবা খুমদে নোক্তমক নোকই। ঙসিদি অচোবা হায়নীং-ঙা নৈতনা পেঞ্জরে, অনৌবা পুন্সি অমা ফংবগুম্নে, ফংলে! ইবেমহলস্থ অদুমঙাই।

"মুংশিবগা অপাম্বগা অস্থক্কী মতিক নক্করিবসি করিগীনো?" অচৌবনা হংলকই।

"থরাই অমগী মথাদা নৈবননি।" ইবেমহলনা হ্যযবকই, "মুংশিবগা পামদবস্থ নৈ!"

"মুংদং মুংশিবা?"

"উম, অদুগা পামলগা মুংশিদবস্থ নৈ!"

অচোবা তুমিন নৈ।

"থম্বালনে থম্বাল।" ইবেমহলনা তপ্না হায়বকই, "খবনা মাবু মুংশি, মাগী মতেং পা ই অদুবু পামদে অদুগা খবনা মাবু পামই মিকুপ মিকুপকী, মুংশিবদি নত্তবা।"

"থম্বালগী মবাল কনানা ঙাকপীগনি?"

"মাবু মুংশিবনা, মাবু পামজবনা।"

"মদুবু নৈরমগদ্রনে?"

"নৈ, খঙদবগী বানি।"

"শাম্নরিবা ৱারীসি থম্মালগীনিকো ?"

"মানি মাগী মুংশিবা লৈ হায়বগীনি ।"

"হৌজিক্তি খঙলব্রা ?"

"করিগী খঙদনি, লুপা অনীগী গঞ্জরবু অত্তুক য়াম্না তৌরক্কব্রা ?"

কবিগুম্বদা ওইরবদি ভাব ফত্তবা খল্লি হায়না শাওরম্বা ম্নাবনি অদুবু ঙসিদি ওইনবনি চিংনবা নত্তে। অচৌবম্মু লাম্লনা খঙই।

"ফনা য়াম্না তৌরক্কবস্মু লুপা অনীগী মুংশিববু কয়াম যাম্ম্নেগেনে ?" নোকখি নোকখি অচৌবনা হায়বকই।

অচৌবগী ৱাহৈসিদা ইবেমহল চীনবান থোক্লা নোক্লকই। কা অদু ইনীল নীল্লি। ফক্লাং মরিদুস্মু মীনোক অদুদা ম্লাওরি। অচৌবনা য়েংদুনা লৈরম্বদগী মীনোক অদু লেপখি, ঈকাইবনি। খোঙ্গেন থোক্ত্রবস্মু চীনবন্দি অদুমক নোক্লি। মশম মনা পুন শীনলগা ইবেমহল ফুক হৌগংলি। তুগে তৌই, মকোক ঙাওদুনা ফমথে।

"কৈদোবে।" অচৌবনা হংলকই।

"কোক ঙাওই।"

"মুত্তিগী তৌব্রা ?"

ইবেমহল খুমদে। মকোক পায়দুনা লৈ।

অচৌবদু অমুক মখা তানা হংলুদ্রে। চাকশঙদা চঙখি। ঈশিং গ্লাস অমা পুবগা থোক্লকই। ঈশিংদু পী। অদুগা মেডিসিন বোক্সতা গুলি অমা থিবি।

অচৌবগী মতৌ'দু উরুবগা ইবেমহলনা নোক্লগা হাম্নরকই, —"মুংঙাইবা পাউ অমা তমগদবা লৈ !"

"করি পাউনো ?" থৌশাদনা হাম্নরকই ।

"লৈয়ে ! অদু করিনো অমদি পীদবা যাবোই !"

"হায়য়ুনে লীক অম্মা ফংগদ্রা য়েংসি।"

"নরাগী মহে!"

নবাল হায়বকপদা অচৌবা খংপ্রেক খংই। মথোং মবম খঙদনা শব ফুল্লকই, মমায়দু ইমক মকশীল্লকই। জ্ঞান ত'না খঙ্ঘবা ঙমদে মশাগী মবাক্কনা হেন্না লুমখিমাল্লে।

"নঙগী শুলিহু চানীংবা লাইনা নত্তে!" ইবেমহলনা হায়-বকই। ইথৌ লাংহনগে মমল কাইন্দুনা লাংতক্কহনগে খল্লম্বনি, মপুবোইবগী মতৌহুদম্ কুইনা লোংপা ঙমদত্রুনা মখা তারকই, "মুংশিবস্তু তমবীরে অপাম্বস্তু খঙহল্লে, পামজ্ঞবস্তু লাক্লবনিদনা!"

"করি হায়বা?" অচৌবা হল্লাওবা মুংঙাইবনা ইথক থক্কংলি। মায়থোংদা অরাবগী মমি অমত্তা ত'দ্রে। লাম্না খন্নুবগী ঈকাইবা অমদি পোল্লকই অদুবু মায়থোংগী অঙানবদুদী খুমজ্জীনবা ঙমদ্রে। হংলকই, "অশেংবরো?"

"উম," মমায়দু নৈশিনখি, মোমোন মীনোক্ত, মখুৎনা খুমজ্জীনখি ঈকাইনা।

"অদুদি—" ইবেমহলবু মুংশিনা যেংলগা নাপল অমগা লোইননা হায়রকই, "ইরালগী মহৈ ফংজবনিনা লীক শাদ্রবস্তু যারেক্কো?"

ইবেমহল অস্তুম্না হায়বকপসি হেন্নদুন মুংঙাইজে অদুবু চীনবান্দদি হায়বকই, "যবান ঙাকপস্তু ঙমদবা পাংদবা!"

ঙসিদি অস্তুম্না মাগী লুপীনা চীনবান থোক্লা হায়দুনস্তু অচৌবা অশোনবা পাংদবা অমনি খঞ্জদ্রে। বাহৈ অমত্তা হায়কবা তৌদনা য়াম্না চাং লেম্না ইবেমহলগী মনাক তম্না চঙলকই। খঙদে কবি খল্লকপনো!

# মকু মঙ

তোম্বা চহী মত্তাংগ। হায়কুববদি অঙাং শাবা যাদ্রে। মচীন মনাও খ্বাইগী অতোম্বা ওইবনা হৌজিক ফাওবা অঙাং মচাগুম খল্লি, ইমুংনা। মসিগী মতাংসিদনি অফ-ফত্তা মশক খঙলক্লবা তোম্বনা খাম্বা য়াদনা শাওরিবসি। অতোন অতাং ওইরুবগী কাম্নবা লৈত্রে খল্লি তোম্বনা। করিগুম্বদা তোম্বনা ময়াম্বা মচেশিংগা থাক অমত্তদা লৈনীংঙি। লাম্বা পাগে হায়বা নত্তে। মত্থদি, য়ামদ্রবসু না-খৈ অমা শেংনা নীংতমজনীংবগী ঈথোলাংবা অত্থনি।

তোম্বা বি, এ তমজি। মসিনা মাগী মরু ওইবা মথৌনি। পাউখোল চংপগী থবকসিমদি কল্লি হংজুরনি অতোম্বনিদনা।

সুধীরগী বারী মচা মচা

ইমুংগী লৈকাইগী পুমস্থু সুই। মতৈমা মচে লৈ হাম্নহুনস্থু মুপা গী মুপীগী শিক্ষম লৈতে। মসিস্থু তোম্বা থোইনা থল্লদে মতেং পাংনবনি। পুম্নমকসিগী মথক্তা সমাজগী সেবনি খঞ্জবা মরম্নাই থবক খরস্থু তৌজরি। ড্রামা, ঈশৈ অমদি ৱারেং শৈরেংনচিংবা ইবনি। ড্রামাদি ফনা য়াওরে সপোর্টিং বেষ্ট এক্তর জুনিয়ার গ্রুপ্তা লৌখ্রে। ঈশৈস্থু নীংথিনা শকই। ৱাবেং শৈবেং ইদি হায়ববু ইমুংদগী মপান থোক্ত্রে। মনা য়াম্না শাওনীংলিবা অমদি মরম্নাই ৱাখল খঞ্জনবা অধিকাব তাল্লিবা অসিদি দ্রামাগী ডাইলোগ পাবিডৈ, ঈশৈ ঔবাইরিডৈ অমদি ৱারেং শৈরেং ইবিডৈদা পাউ-খোল সিজল্লকপা অসিদনি। মতাং মত্তাংগীনি হায়ববস্থু মসিমদি তশেংনা শাওনীংঙি, ঐস্থু য়াই। কন্না মুড শাগৎলিডৈদা "হৱাই মতোন ষন্না চাবে তাল্লুসো তোম্বা !" হায়বদা কনানা হরাও হরাও য়াগদগে ? "নখোয়দি কৈদৌরি ?" হংবা তাবনি। তোম্বদি অতোম্বনি অহুনা মথস্তা মথম্মোই শিকচন্দুনা খাংজৈ। অসি-গুম্বা খরা লৈ মখোম্ন ইমুংদা, কবি তৌবি হায়বা য়াবা মতাংলা নত্তবরা ইখল খন্দনা য়াই হায়হুনা মমিৎ মনা উইশিল্লগা পাউখোল সিজল্লকপা, হায়গ্রগা লোইবে খনবা, হায়রুববস্থু কনানা খঙনি হেক মহায়বা। চীন্দা পাওদানরুবে "নথক অহলগা" হায়হুনা তথি তথি মচৈবীবা। কবিগুম্বদা তোম্বনা ঙমহুনা লাকলবস্থু লেংদবা পোত্তি নত্তবনিনা মুডতি অহুম কায়বে। খোইদৌ শাওগৎলুরবনিনা মুড শাগৎপস্থু অৱাবা ওইরে অহুনা পাউখোনদি অহুমক মচৎপা। অসিদস্থু অমুক চীন্দা পাওদা-নদ্রিমখৈ চত্তবনি হায়বিবা। সোমদা তোম্বনা মশিংখা ফুদোক্তুনা মথম্মোই শিকলিবসিদি খঙবীদে।

মকু মঙ/৬২

ঙসিস্থ অয়ূক চাকচা তোকলগা ফমুংদা ডাইলোগ ঙহাক ঔরাইরিঙৈদা পাউখোল মনম মনম হায়জীনলকপদগী তৌফম খঙদহুনা তোম্বা ফমুংদা অহুমক তুমশীল্লে। খল্লি,—মসিনা খ্বাইদগী ফরবনি··· ···।

চন্দম মরকসি তোম্বা তুম্ফম চাফম ইখঙ খঙদে। অমুকস্থ কন্না লাউই, অমুকস্থ কন্না নোকই। তোম্বা ঙাওবদি নত্তে ঙাওনীংলকপনি; ইমুংসিদা লৈরিবা মশাগী ফীভম্না। ইমুংগী মীনা হায়,—"তোম্বদি অতোম্বনি অঙাংনি মান্নবা য়াবা নত্তে," তোম্বনা খল্লি, "মান্নবা য়াদ্রিবনা করিনো? ঐনা মান্ননীংলিবনা করিনো?" তশেংনা তোম্বনা পুরিবা অতোম্বগী অর্থগা, ইমুংনা পুরিবা অতোম্বগী অর্থগা পাউ ফাওনদে। মসিনি তোম্বগী ফীভম অমদি ইমুংগী ফীভম। খল্লকই, মতৈমা লৈবনা ময়াম্বনা মথোদা পুক্লিং চঙনা লৈতানা লৈরিবা মঙংহু··· ···। নীংশিংলকই তোম্বস্থ মাগী চান্নবীবু। অমুকস্থ অব্বাবদা নীংশিংবা তারদব্না খঞ্জে। ময়েক মশোন ম্লাওদনা ঈশৈ মোন্দা ঝুংঙাইনা ঙংঙি। থব্বাই তানা নোকই। মুপী থিরগে চপ চুংনা খল্লি। অমুকস্থ ম্লানীংদে লাপ্পা থমথি। অহিং কয়া তুম্বা চাবা খঙদবমখৈ ব্বারেং শৈরেং কয়া ই। ম্লানীংবা মচেং অমত্তা য়াওদবগুম ককথংলি, শেগায়। খোইরাং খোইশাওনৈ, লৈতাদে।

ইখঙ হেক খঙহৌদনা তোম্বা মুপী অমা পুহুনা লাক্লে। মক্সপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ কয়া অমা লাকই। হংলৈ, য়েংলৈ, "ফজৈ ফজৈ" হায়নৈ মুপীহু। ইফোং ফোংনৈ ইরাং লাংনৈ। মাগী ইমুংগী মীনদি তুমিন খান্নদোক্লখিগে খল্লম্বনি, য়াখিদে।

"লুহোংবীগদৌরিব্রা তোম'মা ?" লৈকাইগী মনে মন্দোন মনশ্মশিংনা হংলকই।

তোম্বগী মমা বা ওইনা লৌদে। শাওখিবনা মহানি। কি কি কান্মি, "করি চাগে তৌজ শারিনো ?" তাইওন্ননা খুন্মি।

ইমুংগী মী অমম্তনা য়াদে। শাওখিবনা ময়াম্ব'র হুপীতুদি লায়রদনা তোম্বা কাওবা হন্না য়েংখিদে। মপাব্দি বা অমম্তা ভাংবীরক্কন্তু নখোয়না থোকপা ত্তৌ হায়রূনা তোম্বু শিগ্রবগুম্না খল্লি। কনাম্ম খৌশাব্রিদে। মাগী অনৌবা খোংথাং অসিগী বাবিবদা তোম্বগী ইমুংত্তু প্লেগনা নাবগুমলে।

"ইবেম্মা নঙবু মশা কাওবা মবুক থন্না চাবা ওমজ্জদি বা জীবসিদা লাকলিবসিবু ত্তাওরব্রো ?" মমানা হায়রকই, "শাওমুকো নখোয়গীনি হান্নরিবসে।"

হুপী মচাত্তু ঈকাইবনা তৌফল খঙদে। লু লুক্না থাংডি। ইমুংসিদা কনানা কনানো থঙজবা নত্রি ওসিদা থুংজরকলিবীনি।

"ওমনি হান্নহনা লাক্লিবা নত্রদো ?" মতৈমনা অমুক হায়রকই।

"ওমদৌরিত্তবু কৈনো ?" তোম্বগী মমানা ইকিং ফিংনা হায়রকপনি, "চারা হেনবরো ?"

মমাগা মতৈমগনা অওক ওকথোং শান্নবা তোম্বগী থম্মোই পুবা জমদে, নীংথায়রকই।

"হায়ম, ইবেম্মা হুংশিং কাহনা চাবসিবু য়াবরো ?" মচেনা অমুক নোংশীন্নকই।

হন্দক্তি তোম্বা থাংবা ঙমদে। তাইনফম খঙদনা লৈরমবতু মচেদা তাইনরকই,—"ইচে অহুম্না হায়বীগদবা নত্তে! ঐস্থু খঙভি থীবোং পুদি," শাওনীংবা পেন্দবনা পীক থল্লি। মখা তাবা ঙমদে। চীনবান্দি থোক্কন খঙ্গে—"মশানা জ্ঞান তাজববনি। নঙগুম্বা মেত্রিকা ফেল নত্তে।"

"হে হে ঙাখা নঙনস্থু খুম্বগা শাই! য়াদ্রগা তোকচো নখোয়গীদমক হায়বীবনিনা," ফেং হাইদোক্তুনা চংখি মচেহু।

"অহুবুবা, লোইনা খঙনববা ঙাকসিদা... ...!" অশাওবা ফাথহুনা তোম্বনা হায়বকই। উরকই মুপী অহুনা পিনা চোৎলবা মমায়হুনা ৱাবৌনা য়েংলকপা; থম্মোই কায় অমুক্কা হেন্না মুংঙাইতে তোম্বা।

মতৈমহু করিগুম্বা খরা হায়সিরা খঙ্গানহুনা লৈরম্বনি তোম্বগী মঙংসিদা তল্লমাল্লে অতোপ্পা অমদা হায়রকই,—"ফরে ফরে ইবুংঙো, ইনাও জ্ঞান তারিপোংনি। ঐখোয় লাল্লে ঐখোয় লাল্লে।"

"মহুম্নস্থু হায়বীনু ইতৈমা," মুরুম মুরুম শোল্লি, "য়ুমসে থাদোক্তুনা চংখিদনা... ... !"

অস্থুম্না তোম্বনা থৌনা ফবক্কনি খক থাজকদে। ইপঙ পঙনা ইঙাও ঙাওনা লৈজরম্বনি। মাগী মতাং য়েৌরক্তুনা তৌরিব্রা? মমাদি ঙকপনা লোইগ্রে। মচাবু শংত্রিক য়েংহুনা লৈ। মতৈমদি তুমিন থোকখি। কাহু পুংচিক চিকই।

মুমিৎ হুমনি স্থবে মুপীহু মমা মপানা লৌখিবা। মখোয়গীদি লুহোংবদা তাই, মাংবা য়াদে। অহুবু হোয় মাই অমত্তা

হাম্লনদে। মখোয়স্থু দশা অসি তারমগনি। শাওরমগনি চৈরমগনি।

"ইবুংঙো নঙবু ঙাওরব্রো? করিনো তৌরিবা অসিবো?" মপুক্লিং মুংশিখিনি খন্দুনা থেমজিল্লকই মমানা। ইমুং হুপ্পা থোশাবিদত্রুনা থামজিনবিদ্রবা থেনজিনবিদ্রবা, হেন্না ফত্তবা ওইরক্কনি খঙডি। থেমজিল্লি খামজীল্লি হায়বা য়াবা হায়, "বি, এত্রু লোইশিঙ্গরবদি খরস্থু ফগদবদি।"

"ভাব ইতা তাদনা নঙনা তৌরকলিবা মওংসিবু" মতৈমস্থু য়াওসিল্লকই। মপুক্লিংদদি হু তরেৎ খায় য়েংনীংদবনা নাই। ময়াম্বনস্থু থৌশাবিদ্রে মতৈমসিদংদি হোয়গা মাইগা তান্নবীবা ময়াই। মচীন মনাও মুংশি চান্নবা লৈমিল্লহনবা নত্তনা মুপী মানা কৈদৌনদগে? ইমুংসিগী মৌ ওইরিবনি, হাম্লনখিনি খন্দূনা হায়রকপনি। হাম্লবকই,—"নঙনা য়ারবদি খরা তপনা হোংবস্থু য়াই," তশেংবস্থু অসিগীদমক্তনি মখোয়না তোম্বদা অস্থুক য়াম্না থেমল্লিবসি। মখা তারকই, "ফরবস্থু ফত্রবস্থু নঙ অঙাং-মক্তি নত্রবনি। বাখল খনবা ঙমলবনি... ...।"

মতৈমগী অরোইবা বাহৈসিদা তোম্বা খজিক নোক্লীংডি, খুমলকই, "ঐস্থু খঙডি ঐ অঙাং নত্রে!"

মতৈমা মখা তাবা ঙমদে, "ফরে ফরে," হায়রমলগা থোকমিল্লখি মমাগা। নাশোন পীক্লা হাম্লনখিবা তাই, "খাম্বা ম্লাররোই ইমা!"

তোম্বা লুহোংলে। থোইদোকপা ইমুংগী পাউখোন থবক ইংখাং লৈজরবস্থু বারেং শৈরেং ইরিঙৈ অমদি ডাইলোগ ঈশৈ

ঔরাইরিঙৈদদি যম্না হবাই মতোন্দি চাখিস্রে। কয়াদা মুংঙাই-রবনো... ...! অস্মুম্না মুংঙাইরিঙৈ মতমসিদনি মাগী ইমুংনা "অতোম্বা নঙ মুপী খিরবনি" হেক হেক হায়রিবা। ইমুংগী মীনা করিগী নীংশিংবীরক্লিবনো তোম্বস্মু খঙডি। মথন্তা খঞ্জে, "হৌজিক্তি ঐবু অতোম্বনি খনবীবা ঙম্বীদ্রবরা? ঐ অতোম্বনি, অতোন অতাং... ...।" তোম্বা বি, এ লোইদ্রি, হন্দক্কা অরোইবা চহীনি। নহাল খবরদা থবক্কী ক্ষম খরা কৌখি। পি, ইউগীনি। ইন্টরভিউ য়াওক্লই, খল্লক্কে। ঙরাংতস্মু অমা য়াওক্লই, মতুস্মু থাজদে। ইমুংদগা হায়দে। কয়া থৌশাবীদে। খন্দবদি নত্তে খল্লি; মুমিৎ থা হুইনা চাবা নত্রি। খরা খঙসনু হায়না লৈথোকপরা নত্রগা বি, এ লোইবা ঙাইরিব্রা খঙদে; মুংশি-দদি কৈনো মচানি মনাওনি খ্বাইগী অতোম্বনি মমাগা লৈগদৌরিবনি।

তোম্বগী মুপীত্থু ফৈ, ৱাদি কয়া ঙাংদে। মথন্তা পংস্মু স্মু পংনোম নোম লৈজবা মীওইনি। মাস্মু ইমুংসিগী মওংদা ঈকাই হৗোইনগ্রবনি। অততাই ওইনা তোম্বদা থবক অমা তৌননবা কম্না তকশীজৈ। অত্থুবু পৈশা য়াওদবনিনা করিদি তৌনি হৌজিক্কী মতমদবু। মাগী মুপীনা মুতিগী হায়জিল্লকপত্থু তোম্বদা থৌনা অমা পীবদি লায়রদনা তম্থবা অমত্থুম ওইহল্লে। হৈনবী অমত্থুম ওইগ্রবরা খল্লি। তোম্বত্থু অমুক কয়া কুইনা অস্মুম্না লৈখিগদগে খনবদা ড্রামা ঈশৈদা পুক্লিং চঙবা ইঙম ঙমদে।

ঙসিন্থ ঙ্গামা তম্বা হুল্লক্লগা ফমুংদা চঙলগা পোথারি। মাগী মুপীম্ন ইনক নক্বা চৌকি অমদা ফমহুনা শামতু লোল্লি। তোম্বা মাগী মুপীদা পুক্লিং চঙদে। কবি তৌব্রিবগে হায়বফাওবা ঋেংলুদে। চাকশঙদা মমাগাময়াম্বগা ৱারী শান্নবা তাই। শ্বব অমা হোন্দোকই তোম্বা। মাগী লাইরিক অমা ফোঙগে খঙ্গরিবা অক্কুগী মরমদনি।

"... ...লীশীং মঙা!" ময়াম্বনা খংপ্রেক খংনা হায়রকই, "কদাইদগী লীশীং মঙা? থবকী শেল ফাওবা লৈত্রি, মাবু থবক তৌররোই হায়বরো?"

"মমান্নবশিংদগী অনীদি লৈরে হায়। নাপাবুংদগী অমা, নঙোন্দগী অনীনি মানা পামল্লিবসি... ...।"

"ঐ তানীংজে!" শাওরংননা হায়বকই, "কবি লাইরিক? মতু থিনিদং খঙবা... ...। শেলদি লাইরদনা চে মাংগদৌ-রিবহুতুম পাম্মুই। কনাননো পাবীগদৌরিবা? মসিগী অঙাং-সিনা তৌথোরকপসি ঐবু শাওহন্নবা ঙাক্তা... ..!"

"অহু আদা খঙদে মানা পামল্লিবসিদি অহুনি। কবি তৌসিগে হায়বহুদি নখোয়গীনি, ঐদি কবিস্থু খঙদে... ...।" মমাহু খজিক ৱারোই।

"কান্নরোই ইমা! বি, এহু লোইবগা থবক অমা তৌজনবা ঐস্থু কন্না হোংনরিদনা... ...। মসিদগী হেনবদি ঐ ঙমলোই। ......মচা পোকলক্কনি... ...। ঐখোয়না কয়া কুইনা মতেং পাংবা ঙমগদগে? ফোঙগে হায়রবস্থু হয়েং থবক্কা তৌরগা ফোঙঙু

হায়রি। ইঙাঙ্ক ঙাওশীনরদনা। মুরুম মুরুম শোল্লগা মখা তারকই, "মতল ভল্লগা করি শাৱদি ঙ্গারোই ......।"

'"মনা মতু খিরমক্রবদি হোয়্রগা মাইগা তাল্লভুনা তৌরমগদবনিংবে সে," নীংঙমদনা মখা তারকই, "অতোম্বা নঙগী মুপী থিবগী মতমসে ইমা য়ানীংদে!"

অমা তৌবগীসু মুপী থিবা অম্বাইফাও চংলুবগীসু মুপী থিবা। তোম্বা কুইনা তাবা ঙমদে। কৈ কি চেল্লগা শাঙম অমুক ওক্করব্রা!·তোম্বা মাগী মুপীদা য়েংলুই শামতু লোল্লম্বা মখুংতু লেপতুনা লৈরম্মি। অমুক্কা হেন্না মুংভাইতে! পুম্সিগী কল্লবা মৈশা কয়ম্না নৌজরিবী থম্মোইনা খাংতুনা লৈরমগনি? পুন্নমক্কী পাউখুম ওইনা নোংমা খুমখি মাস্থু, "ঐসু থঙতি অতুবু নচাসে ঙাওতুনা চংলমগদোরবনি ....।" মসিসু তোম্বা য়াজ্রে। মতম খরা ইনখংলকপগী ইংনা চিক্লা মপুক্লিং লাকশীনবা ঙমজদবা, কঙাওনবা লৈখি। মতম অতুদনি। কনাদা দোষ তৌরুনি? মথক্তা অতুম তাজবনি। তোম্বা অশাংবা শ্বর অমা কুইনা হোন্দোকই। জ্ঞান তাত্রবা ৱাখলগী ঈপাক্তা ঈরাক্লে;—মাগী মুপী! মুংশিরবা লুনা ক্তৌরুরিবা মাগী মুপী ভৈরবীগী শক্তম লৌরকই, অকিবা মতৌ.ওইরকই। তোম্বগী ঙকশমদা তনৌ তনৌরবী খুংশাসিংঅতুনা চপশীল্লকই, মরৈ তমতুন্না হায়রকই,—"মুপা নঙদি অশিবনি। করিগীনো নঙনা অহিংবা অমগুম লৈরগা ঐগী ঈজ্জং মাংহল্লিবা? ঐগী মক্কম পীয়ু, নঙগী ইমুংগী মীচৈ তাবা.ঙমদ্রে! নঙনা লেপ্পা ঙমদবা মফমদা করিগী ঐবুসু চীংথরি? হিংনা হিংনা

ছিংবগী ঈচ্ছং মাংলে! নগু হাংকনি, নগুদি শিখিবগা মাম্নুরে। নগু হাংপনা মতিক চাই! হা! হা! হা!!... ...!"

"নগু চৎলো!!... ...চৎলো!" খংহায় হায়রকই তোম্বনা। পুক্নিংগী ৱাহৈ চৌনবান থোকখ্রে। জ্ঞান তারকই। মাগী মুপীনা করি খল্লমগনি?

মাগী মুপী করিস্নু খুমলক্তে। তোম্বদা মমায় লৈশীল্লকই। কদাই চৎলু হায়রিবনো হংবা ময়াক্সি।

"চৎলো ইতৈমনা চাক থোংলিবসে মতেং পাংলুসো," নে হেক তাই অদুবু খগুডি মাগী মুপীনা পাউখুম অসি পেল্লম-লোই হায়বা।

মাগী মুপী চৎপ্রবরা চৎত্রিবরা তোম্বা য়েংলুদে।

"ঐ হয়েং মুমদা চৎকনি।"

তোম্বা খাই লাওই।

"নগুগী অৱাংপা লৌশীং অদুমক্তু লৌরুগনি।"

তোম্বা য়েংথোকলুই। মাগী মুপী লৈরমদে। থোংগী পার্দা্দুদি হাইজুনা লৈরম্মি।

"... ...ইবুংঙো, ইবুংঙো!" মতৈমনা তোম্ববু হৌদোকই "নগুদি তুমলিবোইরে? কোইথি খিরুবি! চাকচা তোকপগা তুমলিরা? হৌগৎলুনে নশাদু কররোই!"

তোম্বা হৌগৎলি।

"ঈকজ্রথোকলুরো, অদুগা গ্যাস লোইখ্রে অমুক্তা লৌহৌরু," হায়রমলগা' মতৈমা থোকখি।

মণ্ডনিকো, থঙ্গরকই তোম্বা। নীংশিংলকই মথং মথং... ...। মণ্ড ওইজরবস্থু মাঁগী চানবীনা ওইখিবা কীভম অহুদি থল্লুরগা মপুক্লিং মুংশিরকই .. ...। থনখৈ থল্লরগা হকাম অমা চল্লগা লুখুমদা লৈবিবা শীংজংহুদা শংত্রিক য়েংলকই। পায়রহুনা লাইবক য়েংলুরগে হায়হুনা থোক্লক্লে । মতম কুইনা লৈরবা অচৌবা সহিহু থাম্নবা হোৎনৈ।

"করিনো শীং থাম্নহুনা লৈববদি ?" ইণ্ডক ওল্লা মতৈমনা হাম্নরকই, "সে, পৈশা সিদা লৈরে ?"

ইতপ তপ্পা তোম্বনা খুমলকই,—"গ্যাস লাক্তবা হাপ্তা অমা ফাবে।"

—(:)—

# মায়থীরবা অহিং

ইথা থাজদনা বি, এ, পাশ তৌরকপসিমুক মুংঙাইবা লৈতে। মুংঙাইবা অসিদা হেন্না মুংঙাইনীংবদগী ইমান্নবা মযাম (পাশ তৌবস্মু ফেল ওইবস্মু, পরিক্ষা থাদবস্মু) পুন্দুনা পাটি অমা শিল্লি। তাঙ্গা অসিদা লৈকাইগী ইয়াম্বা থনীলজাওনা মাগী মুপী কায়নগী অন্নাবা ফোংদোকশল্লকই। ঐখোয়গী ইবক্তা, "ইনাওশা নয়াম্বা মঠা শাম্ম!" হায়ত্তুনা কাবণগী অফেবা লৈই অমা শাংনা চিংশীল্লকই। মহাক য়াওবসি ঐঙোন্দা অয়েৎপনি। পীজনীংদবা নত্তে মাওহন্নীংদবনি। লৈকাইগী ইয়াম্বা ওইজববস্মু মানা খঙবা মাদবা অমা মাওবি। মযামদা শীন্নবমলগা ঐ অতুম লাক্লে। পরিক্ষা পাশ তৌবগী মুংঙাইত্রা হায়ববু খোয়দো শাওগৎলকই।

সুধীরগী ৰারী মচা মচ

য়ুম খোঙজা ফম্না থেংলে। যুমগী মী লোইনা তুমনগ্র-মাম্লে। নোংথী নোংমগুতুনা লৈরম্বা নোং মপৈ মপৈশিংছুমমু সুংজনবা ওল্লমায়ে নোংথাংগা লোইনমা চুম্মরক্রে। ফমছুম তান চান্নরে ওজা লাকপাশিছুম। কিগনথ্রবা ঐনা শাওখিবদগী অহিং অসিদা ইথন্তা লাক্লিবনিকো খল্লুবদা তূ চুংই! পুংদি তারা হেন্লে। ইমা হৌমোক্লগা চাক চাখিসিমা ঐবো! চাকপু লৈবমগন্ত্রনে? আদমু ফমা চাবক থকলক্লবনি অমত্থদনি য়াওদ্রিবা, চাম্না হেন্নলি খনবদা খংলাম লাম্লকপগুম তৌই। ফবে লাম্লক-পগুম তৌবনি লামত্রিডৌদা তুমহৌরগে। ফমুংদা চগুঙি। তুম্বা ইয়া য়াদে। নোং তারগা তুম্বদা মুংঙাইবগী হৈনবীতু ঐগীমু লৈখনিদা! তাঞ্জাশিদা “গম! গম!” হায়বা মখোল অমা তারকই। ঙসাই গাড়িদা কোয়বা চৎলুরগা গেরেজ শো লোনবা কাউবমলেদনা! অস! তম্লেদকো ঐবো! থবগা শাওনীংবগী মহুত্তা অমুক্কা হেম্না তন্থবকই। য়ুমগী মীসু লোইনা তুমগ্রে। ঐবু অমুক হৌগৎপা… …! চুম্না তনবদা নত্তে কিবা অমসু য়াওই। নোংও, মুংশিংও… …। হৌগত্তুনা য়েংলুই খোংনাও-দা, নোং কম্না চুরি, নোংথাঙ কুপলি, মমিংত্থুম কাকচাল্লকই! মসিদা হৌগৎপা ঐ দায় লৈতে! অকিবা হায়বসি করিনো? ঐনা খল্লি,—ভুং প্রেত থাজদবসি কিশনবা মীনা হেল্লি, মসি ঐগী মতনি। থাজনীংদবগী মরম লৈ, কিবা হায়বসি অফবা নত্তে। মসি ঐস্মুনি কিনীংদবদগী থাজদবনি। নোং লুংশিং মবকশিদা গাড়ি হুগে লুম্বসু লৈরমগন্ত্রনে? লৈরমলবসু

কমদৌনি, নপাঙ্গলগীনি প্রভু .. ...! অহুবু ধর্ম্ম দেখো লুখোই বাবু জয় জয় খ ুরুমজরি··· ···।

উইরি উইরি তৌরুরমাল্লে নোং হুংশিং লেপলম্লে। নোং হাংবদি নত্তে ওসাইগীহুগা হায়রুরবদি তাদবগা মায়রে। ঘড়ী য়েংলুই পুং তরামথোই হেমল্লমলে। ঐ তপ্পা হৌগংলি। ঐনা লৌগংলিবসি গেরেজ শো লোম্নবনি। হেক্তা হন্দোক য়াবরনে? খোংউপ বুট তোংশীল্লি, ছাটিন পায়খংলি, তোর্চ অমুক . খি, কনানা খওবা বীজুলিবু তমলুবা ওমত্রা? অহুগীস্থু মথক্তা ইরম-দমগী, হাইত্রোনি। মপানগী মৈ কাপখংলি গুক গুখৈ মম্বা হায়বদো ওইরমাল্লে, ফজনা মম্মি। বল্লকী মৈওানগী অকোয়বদা অমম্বনা কোয়না লৈরি। তপ্পা তপ্পা শিড়ীগী থাক্তা কুমথরকই। ইনাক্তা 'বুপ!'' হায়হনা অমা তারকই। কোকচাউবী ফুং কাই! য়েংথোকলুবদা ঐথোয়গী হৌদোংহ ওইরমলে। মতু মমান থিংজল্লমলগা ইমুংদা চেনশিনখি। মাস্থু কিবা জাংনি। খর অমা হোন্দোকচৈ হায়ববু কিবদি হৌরে। হৌজিকপু য়ুমগী মী হৌদোকলুসিরা? অমুকস্থু মুপা মান্দে হায়না মাজদে। মীনা অস্থুম্না তৌরগা অতৈনা মুপা মান্দে হেক্তা হায়··· ···। নাম্মা হায়বদা য়াত্রগা পোংপা হায়রগা য়াই হায়বহুনি ঐনা তৌরিবসে! ওসাই খরা ওল্লিভৈদা তৌহৌবস্থু নত্তা। কারিস্থু কিন্নীংঙাই লৈতে গেরেজস্থু নৈ ওাল্লি। চওশিল্লি। ক্রেক ক্রেক ক্রুক হায়হনা শো লোনশীল্লগা লৈথোরকপদা গেরেজগী নাকল মৈওান ফংদবহুদা হেন্না মম্বা অমা শাংত্রোং শাংনা লেপ্পগুম তৌই। হায়না হায়না অমম্বা অমুবা অহু খরা খরা

লেংলকপগুম তৌ.ই। করিনোদা! হাবুংনা লাই শাই হায়বত্নরনে? অদুবু মক্কম অত্নদদি হাবুং লৈতে। ইস! ঐদি ম্নাদ্রে লরাই লুতোনগী শম চপ! কপ্লাকস্থু থক থক! তিন ম্লোখবগা ম্মাম্না বানা হোৎনজত্নুনা ঐনা হংভি, খোন নিক্লপ,—"ক-না-নো?"

"ঐনি।"

ইস! খোঙ্গেনসিদি মুপীগীনিনা? শোয়জ্রে হেলোই হায়বত্নু ওইবা তাই!

"নঙ পরিক্ষা য়াওরকলে হায়বসি চুমত্রা?"

"উম!" ফীভম কাক্সনা থুমগ্রপোৎনি।

"নঙ ম্নাম্না কিরমাদ্রে কিগন্থু," অসি হায়রগা মুপী অত্নু হিক্কা হিক্কা কপ্লকলে।

ঐ খিতং শাফে, কিবা ফবা নত্রি। বারী শাবা য়াব-সিদা তৌবনি। কিরবস্থু কিনা কনানো খঙনীংবা অমা পোক্লকই; ডিটেক্তিবকী হীবোগুম্না রাখলসি চাউথোরকই। ঐনা হংভি,—"থেংগ্রবশিদা কৈদোরম্লিবনো?—নঙবু কনানো?"

খুমলক্তে অত্নম কপতুনা লৈ।

মাগী মঙংসি রাখল অমা লাক্লে,—পরিক্ষা কেল ওইরক্তুনা মুংঙাইমন্দবদগী ‥ ·। অত্নদি ঐখোয় স্নাইসিদা বি, এ, থাখিবা কনা কনা লৈ ‥ ‥। ঐখোয় স্নাইসিদদি কনাস্থু লৈতে, অত্নদি ‥ ‥? লাম্বা ফংদে। ঐনা হংভি,—"কনানো নঙবু? নমিং করি কৌবগে?"

থুমলক্তে।

করিনোনে মসিবু ভুং হায়বদো শেংলত্রা ? নোংথী নোং-মংলগা হেক হেক থোরুই হান্নবছুদি ঐখোয় স্নাইসি নত্তে অ্যা থবীজাওখোমগী ইখোনদনি। হৌজিক ফাওবা ঐনা য়ুমগী মী কৌরমত্রিবসি করিগীনো ? হাইশ ! তোৰ্চ য়াওখিনা ! কিখিবদগী কাউরুরবনি তৌরিসে। কাপশীনহুনা য়েংলুই। ইস মাদি "বসন্তী" ওইরমলে ! হাই হাই ! কৈদৌরিবা মাদি সিদা ? ঐনা মসিফাওবতং লাকপদা কিরুরি অতুগা মানা ঐখোয়সিফাও লাক্লি ! মাগীসিবু চেনসি কাইনা হায়নরুরগা মাগীহু লৈরমত্রবজাংলা ? অস ! মৈঙাল অসিদা ঐনা ওইখিবা বিকারহু মাদি অমমবদগী ফজনা উরমলনি ! ঈকাইরেদা ! ঐনা হুর্ন্ডিঃ—"অমুক লাপ্পা নঙদি কৈদৌরিবা ?"

মসিস্থু মহাক থুমদে।

ওঃ ঐ নীংশিংলক্লে, মাস্থু বি, এ. থাখিবনি। লাইবিক হৈ হায়হুনা য়াম্না পোংজবনি। থওবা থওদবা মখোয় মমাহুনস্থু ইচাদি কলেজদস্থু রোল বান তাই কাইনা রাশিদি য়াওদনা মওক য়াম্না হারুগংপনি। বসন্তী হায়রিবসি ঐনা শাখিনা হল্লি, মানা ফেল অমুক্তা ওইরকখিদবনা বি, এ, দা ঐগা মান্নবনি। য়াম্না অঙাংনি। শক্তি থঙনৈ, কৌবদি কৌনদে। মখোয় ময়ুম ঐখোয়দগী থন্না চংলগা লৈ। লৈরক মচীন্দনি। অহুবু কৈগীনো অহিংসিদা মথস্তা··· ···। ইহে ! ঐদি মমায়দা তোৰ্চ অহুম কাপলুরেদনা ! ইশু শুগত্তুনা লৈরম্মী। মমিং থকপা জাংনি। লৈথোরক্লবা তোৰ্চ মঙালহুনা মথুংতা পায়রিবা থোরীহুদা হেক তারুই। ঐ খাই লাওই। স্নাইসি ফেল

ওইরকপদগী শিক্লরগে খনবা জাংনি মুংঙাইমন্দবদগী, ঐ ভাব তারে। ঐনা তেনশীম্না হংঙি, — "নঙ য়াওরক্লবরো? হা—?"

"উম," হিকথনা খুমলকই।

"থোরীছনা কৈদোদোরিবা?"

মহাক খুমলক্কে। নোকফেং তৌই। ঈকায়বা জাংনি। ঐস্মু তোচ মুখংলি। য়াম্না জ্ঞান তানা হায়,—"করিগীনোনে বাখল অছু খল্ল রিববো? বি, এ, য়েৌনা তমলগা··· ···অহিংবা-শিংনা ঈকাইহোনবগী থবক্লিদা! শিখৈ শিকবগা পাশ তৌরম্বা য়াম্না য়াওপ্রবদ্দাইনে? নঙস্মু অছু মঙাই, খবরনা লানবা ওই-রমলবদি শিদোকলুরগা হিংনীংলক্কনিনে? হা—?"

মহাক খুমদে। ঐনা হায়রিবসি য়ানীংবগুম তৌই।

"তো অছুনি, নঙদা নত্তে ঐস্মুনি!" ঙাংবা য়ারিঙৈসিদা ঐস্মু লেপতে, "বসন্তী মেত্রিক্কী বা তোকলো। মছুদি ঐনা লাইরিক পাজদবনি, মুংঙাইতবা তৌদে। পি, ইউ,দা নত্রো? হা—ঐনা অহুমলক কুনবদো। পি, ইউ,দা ঐনা থমথিনা আশাদি কৈনোনে ফুল হোপনি। অতুবু অহুমলক! ত্রেনিং ফার্নিং সালাক! ফুল হোপ পুংচাই! ঐ য়াম্না পেনখিদে। য়েংউ তো—মতমতুদা... ...হা—ঐস্মু তৌরমলবদি ঙসি বি, এ, পাশ তৌবগী মুংঙাইবসি ফংলমগদ্রা? নঙনা সিদা লেপলি-বকাসি উরম্লরোইদবনি!"

মহাক হান্নগুম অহুম তুমিন লৈ।

"মুংঙাইরিবরো মচিতুদা তাশীনতুনা লৈরিবত্তুবু? তৌল্লাই খঙ্গী য়াম্না লৈবনি থোক্লকউনে। ঐ ইমাস্মু হোদোকলুখিগে।

লাউ চঙলকউ নঙসু," ঐ চৎকে তৌই।

"নত্তে, নত্তে!"

ওস্থোক্লা পাখৎনা হাযরকয়ে। ঐদি খংবু খংলুয়ে।

"হৌদোকপীরুসু মহুনা হেল্লা ঈকাইগ্রে, শিখিবনা হেল্লহুম ক্বারে!"

"মহু হাযনোমি। ......অহুদি নঙ......?"

"তামোনা কনবীবগী কনবীবা কনবীরো, য়ুম ক্বাওবদং থিনবীয়ু।"

ঐনা থিনবা থেংঙ্গবসিদা! ঐ ঙহাক খঙ্গানৈ। ঐনা খল্লিবসি হোরেন ইথস্তা হুল্লকপহুনি।

"তামো কিব্রো?"

কিববুদি মানা সিদা লৈবম্বদগী খংহেন হেনগ্রবনি। ঐনা হায়,—"সি যৌনদি লাক্লগা।"

ঐগী বাহৈসিদা মহাক যাম্না ঈকাইবে, চংশি শিঙ্বা হায-বহুনি মানা তৌবিবসি।

"য়ুমদগী থোবকপবুদি কুইরে। তামোনা চঙথিবহুসু উজহৌই। অহুবাইদদি মীসু খরা খরা চৎনৈ।... . সুম ক্বাও ক্বাওহুনা লাকপনি। থিনবীগে থিনবীবোই হায-বহুদি খঙত্রে...।"

"ফরে ফবে," ঐনা হায়। বারী শান্নহুনা লৈরবদি সুম থেংথগ্রনি। সিদগী মথন্তা চৎপ্রগা অমুক শিকহুনা? "ইমা খোয়াসু খঙহনবা পামদ্রবনিনা ঐনা হেক থিল্লবা হাযহুনিদনা।

লাকও লাকও," ঐখোয়নী ছাটিন মচাহুদা তুপমিন্নরগা মখোয়
য়ুম তান্না চৎলে।

"তামো কনাদসু হায়দোক্লসুকো?"

"উম, খরা থুনা চৎসি।—নখোয় মীনদি খঙলোইকো?"

"খঙলোই, ঐগী কা তোঙান্না লৈ।"

"ফৈ ফৈ।"

কনাসু চৎনত্রবা লম্বীসিদা ঐখোয়নী খক্তনি চৎলিবসি। মহাক তুমিন চৎলি য়া অমত্তা হায়রক্তে। ঐসু হায়রুদে। করি খল্লিদনো খঙদে। ঐদি নোক্লীংবা অমসু য়াওই শাওনীংবা অমসু য়াওই। মঙহু ঙাই। চৎনা চৎনা মঙন মঙন খল্লকই,—করিগুম্বা মখোয় ইমুংনা মহাক লৈতবসি উঙ্কুলা চেনত্রবরা কাইনা লম্বী সোমদা থিবা লাক্লবা, ঐখোয়নী ফারবা! ঐবু ফুবও কাওবও নেৎপও... ...ইস! ঐদি লোইবেনে অঙ্কুদে! . . ইচোপ চোপতনা... ...। অহুবু করিসু চিংনদে মানা লৈরম্বা ফীভম খল্লম্বা য়াখলহু চুম্না ফজনা হায়বীরা লোইবে। থাজত্রবদি?

"বসন্তী নঙ থোরীহুদি য়াওবকইকো?" ঐনা হংঙি।

"উম!" ইওক ঙক্না হায়রকই, "করিগীনো?"

"কৈসু তৌদে নঙসে শুম চিংনরকপদো··· ··। কদাই ঐ পায়বীগে!" পায়শীলহোবনা চুমগনি।

ঐঙোন্দা পীরকই। মাউন্টেনিয়রগী ট্রেনিংদা থবাই ওইত্রবা থোরিশিংহু পায়বদা কৈসু তৌত্রগা ঙসি করিসু লৈত্রবা থোরী মতৎ শিখক পায়বদা ইশাসি খাই খাই লাওই। বসন্তীগী

মতু ওইরমগদোরে হায়তুনা তৌরিব্রা ?

বসন্তীহোযগী যুম যৌবে। মহাক চওথ্রে। অরোইবা ওইনা বিদাই পীবকই, — "তামো খবদি বাখিবে শাওবীগনু। কনাদসু তাকথোকপীগনুকো ?"

"উম, সে নওগী থৌরী।"

"তামো লৌজবো!"

"হাই! কবিনোদা ?"

"অতু ওইবগা হন্দোকপীথ্রো! ওসাই বাজাবদগী লুপা মবিগী লৈরকপনি," হায়রম্লগা মহাক চওথ্রে।

থিম্বা তৌদনা ঐস্নু প্রেপ-প্রেপ লাক্লে। চৎনা চৎন' মখোয়গী ইখোলদা তোর্চ কাপতুনা যেংলুই। হৌবিবা উশিংতু য়াম্মা পিকপা অমদি মানা কাবদা ওমলোইদৌবা অচৌবা ওাক্তা ওইনা তৌই। মনুংদদি চপ চাবা হৌবম্বসু যাই।

ঐখোয়গী চওফমতু ইবাও লাওবতুনা ঐবু ওাইতুনা লৈবম্ব-গুম তৌই। সুমাং যৌবদা নে হেক তাই। বসন্তীখোয যৌরুবেকো ইথন্তা ? ইস! ঐগী তু চুংবীতু অমুক হৌবকই। অবোইবা ওইনা মানা লেপলম্বা মফমতুদা তোর্চ কাপশিল্লুই। মাঙ্গোল যৌরমদাইতুদা ইশাসি খংইন ইল্লকপগুম খংচেন চেনশীল্লকই।

"ইবুংঙো!" য়েনখাদগী কৌবকই।

"কনানো ?" অস! ইমা ওইবমলে!

"নওবু হল্লকলম্বগুম তৌবদাইনে ? মপান খোল্লকপদা খোংগা শাবাক ফাকথৈ লৈবম্বসিদা ঐদি গুকলুবেমে!" ওাংনা

ঙাংনা ইমা চঙশীল্লকই, "কদাইদা অমুক চংলুরিবনো অখেংবসিদা ?"

"ঘন চঙবদগী তাম্থোকলুরিবনি। আ-য়ৌনা তাম্থোকলমলে !" হাল্লকম খঙদবদগী ঘসন্তৌগী মায় য়েংদুনা ঘন চঙহল্লবনি।"

"ঘন চঙলমলিবা ? পায়রিবত্বদি কৈনো ?"

"খোরৌনি, ঙসাই গাড়ি চিংলকপগীনি !

শাওনীংদুনা ফাদুনা থমগে তাম্নরুবনি। কৈদোরগে ?"

"নরৌনদুনস্থ ঙমলোইদবদা……!" থাজদনা ইমানা ঐঙোন্দা য়েংলি, মথা তারকই, "ঐনা হায়রিবসে কুইরবনি গেট অমা শাউ হায়না। অহিংসিদবু ঘন থাদোরকনি থাদোর-কলিবা মপুদুনা করম্বা মপুনো ? ঘনদা নত্তে, মী অশিবফাও হুঞ্জীনলমবা—"

"ফরে তোকলো !" ঐনা শমজীল্লি, হন্নেং শারগে গেটতো !"

"চাক চান্নে হায়বনা কনাদনো ?"

"বোবোহোল্লদা।"

ঐঙোন্দা ফল্লপ য়েংলমলগা ইমা চঙখ্রে।

হুন্দোকপা কাউরমলবা থোরৌদু তেবলদা লংশীল্লগা খোং-খুং তৈথোকলগা ফমুংদা চঙই। ইহে খোং লোনবা কাউরমলে ! অমুক ছোগৎলি। নোংয়াইগী মতম হেল্লমলে। তুমগে তোর কপদা তেবল মথক্কী থোরৌদু উরুই, তুমথবা য়াদে। নুংঙাই-তদুনা খুংনা লামলগা কাচিন্দা লংশিনখি। কেরোশিন লিক্লিদা পাল্লুরমাল্লে 'ক্ৰোক' হায়দুনা তুখি। ওম্থোক্লা তল্লেদকো ঐনা

তৌরিবসে। থাঙহ্ হৈদোকলমহ্না... ...। হৌগৎত্তুনা অমুক শেমলুই। মাগী থৌরীসিনা ঐঙোন্দ অমুক য়েংলরে। অমুক হিপথৈ, তুমবদি য়াদে। চারা হেনবদগীদি অহিং তুমদবনা হেল্লি হুকচাং শোকপা, ঐঙোন্দা। অহুবু তুমথগে হায়বদি ময়াত্রে! ... ... ঙসি ঐনা তৌরিবসিবু কৈনো? ইয়াম্বা থানীলজাওদগী বসন্তী য়োবে, মথংদনা করি অমুক তৌদৌরি-বজাংনো তুম্বা য়াহনত্রিবসিনা? ঙসি ঐ শোয়বোই পরিক্ষা পাশ তৌবা মুমিৎসিদা শব ফুন শিনিসে। য়াথল খল্লবদি য়াররোই হায়হ্না মিৎ চেজেৎ উইশীল্লি। মিৎ নাহ্না অমুক পাংথোকই। কাম্বা অচৌবা অথাবহ্ কোক য়োনা অমুক চিংথৎলি। শব ফুন্দুনা অমুক চিংথৈ... ...। মৈ মুথৎলগা য়াত্রা য়েংগে হায়হ্না লুম্ব, লুম্ব, শাবহ্ থুগায়হ্না অমুক হৌগৎলি। মৈ মুথৎলি। মসিস্থ পুংময় মস্মি। ফমুংগা কদোমদনো মফম মরাং অমত্তা খঙদে। মমবসি হৈনদে। অমুক থাল্লি। ... . ঐ কপনীংবা অমা য়াওবে .. ।

ঙহাক লৈবগদি য়েন খোংলক্লনি।

—(২)—

# নারুম ঙানবী তখেলৈ

ইমুংদা জার্শি লোল্লি।

"ইবেম্মা!"

ইমুংদগী তায়। মাতনি নাইতোম তাবগী অচিকপসি চেক হেক মাংহনবীরিবা। লৈকাইগী মনম্মশিং থোকপনি। করম্বা লাইবক-সা তিন্নরক্হুনা অস্থুক লোন্দিম্নরুরিবা!

"ইনম'বেম্মা কাথংপীরকউ।"

"নত্তে নঙবু নশা ঙমদবরা?"

"কৈস্থু তোদেদা," মাঙ্গোলদা লৈরিবা লীগী চৌকিচুদা ফম্মিম্লে। মশাগী ফিজি ফিনা লোইশিল্লগা মখা তারকই,—"হুকচাং ঙমদবা মানত্রা?"

স্থধীরগী ধারী মচা মচা

"হোয়নে। ইমাদি? অঙাংঙৈদি উদেনা!"

"ইমাদি শোবাত চৎখি, অঙাংশিংনা স্কুল কলেজদা।"

"ইচিক হেক চিকইদা!" শ্বর অমা ফুইনা হোন্দোকই।

ইবেম্মা হায়বদগী হেন্দনা মমিংফাওবা নোংমতা কৌরক-খিদ্রিবা মনম্মনি। মাবুদি ওস্থোক্লা লুনা তৌবিখ্রে; ইমুং মন্নুংগী, অন্না মুংঙাইগী ৱারী কল্লা কয়ান তয়াং তশোয়নরবা মাগী পুক্লিংবু হেক হেক ফাথবীবি। ঙসিস্সু লাক্লি ৱাবী কযা শাররি।

"... ...খঙদেদা ইনম'বেম্মা, নোংমা লাকই নীনি লৈরম্মি হুমনিদা চৎখি," মনম্মগী পাউথুম ওইনা মানা খুম্মি।

"অপঙবী নঙস্সু ম্লাওনা চৎপা য়াদ্রো?"

"মানদি কুইরোই হায়হুনা ... ..., য়ুমদা ইমা পাবুংগীস্সু খরা খনব্রা ·· ·, ঐস্সু লাক্কে করম হায়রুনি?"

"অহু ওইবস্সু মহু য়াব্রনে? থা কয়াবু ফারগে নখোয অনী লৈমিন্নরিশিবু? নশা নহানি, মাস্সু জ্ঞান তামনখিদ্রেদা!"

"ঐসিবু ইয়েং য়েৎলব্রা খঙব্রে!"

"হে-রা! করিস্সু খল্লহুদা, নমহুনা হোঙবদি নত্তেদনা? চীং লেম্মা হায়না শিংনহুনা য়াম্মা চাউনা হোংলিবনি। মানবু করি খনবা মানবগেনে? লৈদনা,—ম্বাঙাং শাঙাং শওং শাদাদা?" মাগী শক্তমহু উরগা মনম্মনা হায়বকপনি।

"খঙদেদা ইনম্মা, ঐস্সু মাস্সু পঙলৈ মরৈ," মপুক্লিংদদি খঞ্জে,—করিগী মুংশিদনি ঐনদি মুংশিবগা!

"চান্দেন্দা হায়ব্রা চৎগ্রিবহুবু? থা কল্লা ৱাৎলিবা?"

"হন্দক্লা অবোইবনি।"

"এ! কুইদ্রেদনা অহুদে?"

"মীনা করিবু ঙাংনবগেনে ইনম্মা?"

"খঙদে হাই! ঙাংনৈ হায়ব্রনে? করিস্থু খল্লুহুদা! মথোং চাখিদ্রবনি লাকপগা নখূং চন্নবা হোংনৌ।"

তুমিন লৈ। মমিংতা শং-শং উই, সুইটকেশ অমা পায়রগা পৈরপ চঙলকপা শক্তমহু।

"... ...ফরে, ঐস্থু চংলগে। লংহুদি য়ারনিদনা?"

"ওস্থোক্লবু চাউগ্রে কোমবু কোমহুনা।"

"কদাইদৈনো ইবেম্মা, অঙাংনি হায়জবতনি শমুগুম্মী। নঙনা খুদাং অমা মতেং পাংবীবসিদি সুংঙাইরে। লংহু কোম্লব্রগা হায়রকউ। চংলে চংলে।"

"ঐ সুম লৈহৌবে ইনম'বেম্মা।"

"য়ারে য়ারে।"

কোস্থোং লান্না চংথ্রিবহু য়েংহুনা লৈহৌই।

পুক্লিংদা খঞ্জবদগী হেন্দোক্লুনা চীনবান থোক্লা মপুরোইবগী মরমদা ব্রারী হেক হেক শানবা কংজবসিদি মশাবু সুংঙাইবনা কাউথোকচৈ। হঞ্জন হঞ্জন্না শানবা ওইরবস্থু ইনৌতা নৌই, ইমুংতা সুংঙাই। অহুগা অঙাওবীগুম চীনবান থোক্লা ব্রারী শানৈ মপুরোইবগা মথন্তা। মসিবু য়ুমবান নৌরিবশিংগী হৌনবীরা?

মখূঙা পায়রিবা লোল্লিবা জার্শিহু লীগী চৌকিহুদা থনম্নগা মাগী কাদা চঙলকই। পর্দার হাইদোকপদা মিংচাম্নে মপুরোই-বগী শক্তমগা। মোমোন নোক্লুনা চঙশীল্লি।

"করিগী শাওনা য়েংলিবনো ?" মপুরোইবগী ফোটোহ্নদা হংঙি, "ঐসিবু য়াম্না হৈনব্রবরা ?"

মরম লৈত্রবস্থু মরম লৈবা মানবা খোংথাং ; হুপা অমগী গপ, গপ, থাংবা খোংথাং। অশাওবা শাওরংনবা শক্তম ; থম্মোই চেংপা মী অমগী মতৌ। মহুমক্তি লুহোংবা মুমিংকী অহিংহ্নদস্থু। হংলকখি, —

"... .. ঙসি মফম অসিদা লাক্লিবসি কনাগুম্বা অমগী অনুতাপতি পুবক্তেকো ?"

'উম," ঈকাইনা খুমলকই অহুগা য়াম্না ৱানা হংলকই, "সোমদি ? অনুতাপ .. ... ?"

"অনুতাপতি লৈতে, মুংশিরুবগীদি ৱায়। অৱাবা অসিস্থু লৈতেকো ?"

" উম !"

" কবিস্থু লৈতবসিদা অহুক চাউবা মীনম্বা'মা ?"

" নত্তে !" খংহায় হায়দোকখি। মশান মশাবু য়াম্না ঈকাইহল্লে ; মুংশিববু পুন্সিদা অমত্তরা ? মীনম্বনি অহুবু ঈকাইবনি। অসিগুম্বা মতমসিদা ঈকাইবা ম্নাই, য়াদে নত্রগা ঈকাইগে, ঈকাইবোই লেপচবা ঙমলবদি ঈকাইবনা কবিগী মশাবু লালহঞ্জগনি ?

" ঐনা করিগী হংলিবা, খঙনীংলিবা ! করিগুম্বদস্থু হৌখিবা পুন্সিবু য়েংলুবা চুমব্রা খল্লি ; মসিনা লাকদবা পুন্সিবু খরদি খঙবা ঙমগনি।"

মহাক খুম্মুদে। হায়রক্লিবসি মহাক কয়া ময়েক শেংনা খঙদবা মাল্লি ; চুমত্রা চুমদবরা হায়বা থম্বরুদে। মহাক্কী পুন্সিদা অহানবা ওইনা করিনো অমনা মাগী পুক্লিংজু পুংথন থলহনগ্রে ! অনৌবশিংগী খ্বাইদগী পুক্লিং লাংতক্লবা হুমিৎসিদা করম্না লৈতানা লৈবা ঙমগনি ? অদুবু ব্বাহংদি কয়াদ লৈতানা হংলক্লিবনো !

লুহোংবা মতুং তরেৎনি চনবা হুমিং। মখোয়নীগী কাদা মখোয়নীতা ;—

"... ...ঙসিদি নঙসে য়াম্না ফজেবো।"

"কৈনেগে !" ফুক হৌগৎলি, চৎকে তৌই।

"ঙাইখোসে... ...।"

"শোকপীরক্কনু। ... ... নুপানা অদুক পুকচেল য়াংবা !"

"চুম্না ফম্মিন্নবফাওদি য়াইনা ?"

"তল্লি," চিংননা নীংজিং মাংজিং ফমথে, "তুমিন লৈয়্ নত্রবদি চৎখিদোইনি।"

"অদুবু কৈদৌএগে ?"

"তুমিন লৈয়্ হায়রগা !"

"ব্বারীদি শান্নশিদা !"

... ... নীংশিংলুবগা হেন্না লাংতক্লরকই। ফোটোদা অমুক য়েংঙি। অশাওবা মপুবোইবগী শক্তমতুনা নুংঙাইবা পীবা ঙমদবগুমতৌই। ফুক হৌগৎলকই। খংনীং নীংশিংলকপগুম উপু তম্না চঙখি। শো হাংদোকলগা অলবম অমদগী মপুবোই-বগী ফোটো অমা লৌথোরকই। কুইরবনি উখিবদি, মপুরোই-বগী মমাংদা থেংপা ঈকাইদুনা লৈরমবনি। হান্নগী ফোটো

অহুগী মহুৎ শিঙ্গল্লি। মোমোন মীনোক অমগা লোয়ননা হায়রকই,—"তো অহুনিদনা! মহুবু ফজবা কৌই; মোমোন্নবা লৈবদো। অহুবু অবা অনা খাংবদি কয়া হৈবমগদবা মান্দে; থম্মোই নৌবা মী মাল্লি। হোয়দা, মসিনবু হেন্না পকচত্রা খল্লি। কৈগীনো শাওরংনবা মানবা ফোটোদু থেংলমলিববু? থরাইনা তাই অসিবা? হোয় মুপাবুদি মাল্লি।—নত্তে! নওগী মীনোকসি ঐ চিংনবকইকো! কবিগী অহুক লিক্লিবনো? খওদেদা নওসে, ঐ হায়কম খওদে; থাজবা ইওম ওমদে। শকলোন পুবরনে মায়থোংগুম মুংদস্থু ..? ফরে থাজবস্থু থাজদবস্থু অরাবস্থু মুংঙাইবস্থু ঐতগী ওইক্সগে, ঐতগী। চান্দেন্দদি অস্থুম্না থক নোকলুমু। মশক ফজবীশিংদু, মখোয়দু য়াম্না ওম্মী হায়। নওদি ঙাওকন্নকো-কো থরা শাওবা মানবা মীনুংশি খওদবা মানবা হৈনবী মওংদু অহুম লৈম্ন। হকচাং ওমদে হায়বদুদি ফবত্রা? খওইনে, চাবা থকপা মতম নাইবমলোই। মহুতদি হায়জবা ময়াবিদ্রে! ঐতগা য়াওহুনা চংলমলবদি খওগদবনি অহুবু ফৈ থা অমত্তা ঙাইবেদনা , খওগনি হায়বা!"

"কনা লৈবগে?" মপান্দগী কৌরকই, "পোষ্ট মেন পোষ্ট মেন!"

"ওহ!" হবাওনা চেম্মোবকই। চিঠিদু ঙাবাকপীনা ঙা লাকপগুম তাপ লোই। মিকুপ্তা চিঠিদু উবগা শ্বর অমা শাংনা হোম্বে। পুংতন তম্বে; মপুরোইবনা পীরকপা নত্তে, মপুরোইবদা পীখিগদবা ওইরমলে!

চিঠিশিগী অরোইবা ওইনা, য়েংপগী য়েংপা নীংশিংবা ঙব্বীরিত্রা মও ঐগী মতমশিংঅদু দাদাচাও ? নও ঐগী তুংশি-যদুবু শুপ্পতগী মমিংতৌরা ? ঐগী পুক্নিদা দাদাচাওনা অহানবনি অদুগা মদুদা কংখিবা পুক্নিংগী মনীং তম্বদুনা ঐগী পুক্নিগী অরোইবনি।"

মহাক পাখা অমুক লেপ্পী। নীংশিংলকই মাস্তু মতম অমগী মঙলানগী খোংলোই ইবোচৌববু। কলিকাতাগী মনীং তম্বা থৌদোকশিং .. ...। মানা বি, এ, তম্বা অহানবা চহীতু ইবোচৌবনা অনীসুবা চহীদা লৈরম্মী। কলেজগী হোষ্টেলদু থা-থাং তুবং শম্না শাই। গালসগীনা মমাং, বোয়জগীনা মনীং ; ফুট চাম্মা য়াংথৈমুক লাপনরমগনি।' মতমদুদা মানা ব্রারিবসি ইবোচৌবনা মিংশেলনা মগীৎ থকইনদুনা লক্লরকপা অদুদনি। লাইবক্লা থীরিবস্তু মিংশেলগী খোঙনাওনি। পর্দারনা থঙ্গিল্লরবস্তু পর্দার কাওনা তারকপা মিংশেলগী মঙালনা খোইদৌদি অদুম শিকহল্লে। মিংশেলগী মঙালনা য়োবা মকমদুকাও মাবু লৈরবদি ইবোচৌবা লেম্না থক থাদে। নোংমা ইবোচৌবনা কয়া কুইনা মিংশেল পায়বা ওমবগে হায়না মাস্তু চাংয়েং অমা তৌই ; পর্দার হাইগত্তুনা থম্মী। অস্তুম্না ফনা কুইনা কক্লাংদা ঙাদুনা মিংশেলগী মঙাল মুৎপা ঙাইরিঙৈদা ইবোচৌবমা হোষ্টেলগী লম্বীদগী লক্লরকই। হন্না য়েংথোকলুবদা তেবলদা ঙাশিনদুনা মিংশেল ঙাক্লা লৈরম্বা। মশাগী অপঙবা মতৌনা কয়াদ ঈকাইহল্লবা ! হুমিৎসিদগীনি ইবোচৌবদা লমন শিংনীংদুনা লৈখিবা। ইবোচৌবগী থক্তোরকপা মিংশেলগী মঙালদা মাস্তু

মিংশেল অয়া পায়রগা ইবোচৌববু লক্লম্ব হৌরে। মিংশেলগী থৌদোক ইকুই কুইথিদে থম্মোইনা থম্মোইনা মুংলিবগী পাউজেল কোংদে'ক্লবা ওইখি। মিংশেলগী মঙাল মসিন্না মাগী তুমলিবা থম্মোইবু অহানবা ওইনা মিকপ থোক্লহনখি। মরক মরক্তা মঙাল্লা মঙালবু কৌখি... ... ।

কলিকাটা হেক হায়রকপদা নীংশিংনা নত্তনা কাউবা শম-লবোইদবা থৌদোক অমনা লাস শো য়েংলুবগী মুমিং অদুনি। গেট হাংদোকউ য়াদনা গার্লস হোষ্টেলগী চৌকিদারগা লাওন-খিবা চৈনখিবা, নীংশিংলুরগা ঈকাইরকুই। শাংনবা মাবা ভাং-নরম্মা ঈকাই হন্দোইনরবা মক্লমদা চৌকিদারনা মোমোন নোক্লগা গেট হাংদোকখিবা। মুমিদাং অসিদগীনি, মখোয় অনী হেক থেংনবদা "হজব্যাণ্ড এণ্ড ৱাইফ" হায়না লক্লখিবছ। মুমিংতু মহাক মিং কক্লা অমত্তা উইশিন্দনা মিথশেল্ল থঙখি। ইবোচৌবদি থঙদে মাদি, তুমখিদ্রে। লাস শোদি অমুক হন্না য়েংখিদ্রে হায়ববু চৌকিদারনা লক্লবদি তোকখিদ্রে, "কহাহে তুমহারা সাজন? কহাহে তুমহারা সজনি?" অমা নত্রগা অমা থেংনবদা অমদি মহায়রে। হেন্না হেন্না হাপুকংলকই থৌদোক বাথোক কয়া মথং মথং...।

হরাও মুংঙাইবনা থল্লবা চহীছুনা লোইপ্রবদা ইবোচৌবনু বি, এ, লোইপ্রে। অমুক হন্না মিংশেলগী মঙাল্ল উবা ফংখিদ্রে। তিল্লবগী মুংঙাইবা কুয়া অচিকপুগী অৱাবনা কুপশিনখি। হেন্না ৱারিবদি ইবোচৌবগী মরা মপাউ অমত্তা তাখিদবা অদুগীনি। ওকচগদবা মিংশেলগী মঙাল মাগী থম্মোইগী থোংদা তারদ্রে;

করম্না লুংশিবা মকাদা লুংশিনবগী মঙালসি য়েংহল্লগদগে ? শাগৎচক্কবা মঙলান ফুরা তপ্পা তপ্পা নীংথায়রকখি। ' মরু কয়াদা তামজবনো ? মসি ওইরে মুগ্গীশিংগী লুংশিবা। থাজরবা অপঙবা বাথলনা মৈশা লাংজবি। মঙলানগুম লাক্লমগা মঙ লানগুম হন্থিজনা করিগী অসুক লুংশি হৈতনা মীনম্বীরমলিবনো ? কনাদনো হংলিবা বাহংসিবু,—পুলিসদরা ? অসিগুম্বা থাজবা কয়া মাংলবা পুলিসবু লৈতববা ? ভশেংনা মঙ ওইরমলবদি মঙলানগী খোংল্লোই মাগীদমক পেন্দবগী পি শীন্থরমলোই। অহুনু চৌকি-দারনদি লক্কবা তোক্তে, "কহাহে তুমহারা সাজন ?" অসুম্না চৌকিদারনা তত্তনা হংলমগনি হায়বসি ইবোচৌবনা খঙবী-রমগদ্রা ? করিগুম্বা হৌজিকসু মথোয় অনীবু খেৎনরগা চৌকিরা-না নীংশিংবা থোক্লবদি মোমোন নোক্তুনা বাহৈশিংতু হায়ত্থনা লক্লবসু য়ারি ……।

"ঐবু মানা মীরাইবীরম্বনিকো," মথন্তা খোঙৈ। চিঠিহু মশেল মরাং উরকই। ওইগী খুৎনম্মা তারকলিবা মপিহু তৈথোকই। পুলি অমগী হৌগ্রবা থোদোকশিংবু মপোক অমদা থোকখিবগুম লাক্লিরা পুলিগা মগী কৈদদে থনবা মীশক্ত মহাক্তি নত্রে। থাজবা মাংগ্রবসু মশাগী পুলিবুদি মখানা থক মীনমজদে। থাজনবগী অপুনবা পুলি অমা তেল্লবসু তেল্লা মাগী পুসিদসু লাকনি,—মানা চেৎনা থাজে। ওহাক অমিং ফ্রইশিনহু-না লৈকরগা অমুক পারকই,—

"চাংদমবা য়াদনা কংগ্রবা ঐগী পুলিগী অরোইবা পুক্নিংগী নীংতম্বহু কনাদগী ফংখিবগে ? অমুক পজররোই নীংশিংবীয়। অশেংবা

ফুংশিবা উৎলবগীদমক… … লুহোংখিদে হায়রবদা ঙাইখিবনি। দাদাজা হায়রবদা ঐনা য়াম্বিদবা কারি নৈখিবগোনে?

মহাক খঙবীদনা? (মহাক হেক মহায়রে; ঐগী ইপুরোইবা। দাদাগীদি ইনাওঙ্ঙবনি, ইনাও হেক হায়বীয়ু) ননাও ভাক্তরত্থু! মানা ঐবু চিংনবগী বাহং থরা হুংলকই, কীভম অদিদা! দাদাবুদি মহাক্না খঙদে অদুবু মরমদি দাদাগা ঐগগী মরীদনি। ইচম চম্না চিংনবা য়াওজনা, নৈনখিবা মরী অদু খঙনা লৈবা পাম্বগী মওংনি। অদুবু মসিদা খম্মোই শেংলুবগী ফুংঙাইবত্থুবু করিনো? হৌখিবা পুক্নিনা করেম্মবীরি ঐবু! ঐস্থু মুপীনি ইরমাইতগী পুক্নি ঐগী নৈতে অদুবু ঙসিগী পুক্নি পীরিবা খোদোকশিং অদুবু ইরনাইতগী ওইবা তারব্রা? করিগীনো ইরানাইতগী পুক্নি ওইরগা ঐগী মুপানা কবিগী খঙনীংলিবনো ইরানাইগী পুক্নিত্থুবু… …? দাদা থুংনবা কান্নবদা ফুংশিবা লোইরব্রা? মানা হায়,—"ঐনা নঙবু ফুংশিত্থনা লৌবনি অদুবু করিগী বাহং অসি ঐনা হংজিবনো? মসিদা লান্না খনগদবা নত্তে। নঙনা ফুমিন নৈরগা চিংনরীবা পুক্নিংদি হেন্না বাগনি। হৌজিক্তি নঙ ঐগীনি ঐগী পুক্নি নঙগীনি মঙগীনা ঐগীনি। ঐবু মঙগীনি খনবা ঙমজবস্থু নঙবু ঐগীনি খঙরিবা ঐবুদি থাজবা মাংহনদবা কৈ।" মসিমস্থু মানা হায়,—"চিংনবগী ঈকাই-খদো শকখঙদবা মাঙী মকমমনি। মসি নত্তনা করিস্থু নৈতে। ইনখংলকপগী মহৌশাদা নঙনা লাক্কবা ওইরমলবদি হংলিবা ঐনা হেন্না আন্নবনি। লাম্নগদৌরিবা অদিস্থু ফুংশিবী নঙগী নকখাজদি। ফুংশিবদবু অরানবা নৈব্রা? ঐদি নঙবু ফুংশি… …।"

অসুমনা ঐগী পুক্নিংবুদি থেমজিনবী। মা মশাগী অঙাওবা কয়াস্থ হায়রকই। মাগী বারীদা হঙোইবা কয়া য়াওই অতুগা মুপী ঐগী বারীদা মহাক্তি হেক্তা হঙোইরোইদ্রা? করম্না মানা পেনবীগদৌরিবনো? মানা হায়রিবত্তু ওইবা য়াগরবনে? চিংনর-বদি চিংনরো ঐবু চংলো হায়রিব্রা করি হায়রিবনো ঐ মতু খঙনীংঙি। 'হায়রু দাদা মাগী বাহংশিদা করি য়াওরিবগে? দাদাদি মুপানি খঙবীরমগনি। দাদাচাওগী মফমদস্থ অস্থুম্না থোক্লবদি ঙাকপীবা ঙমগদ্রা। ঐ হায়ফম খঙদে, ঐ খনফম খঙদে। শুপনতক্কী মুপীগী রোম্যান্টিক ওইবা অসিনা লোইরবরা? থম্মোইদী মফম ঐদে বৈতরবা?

. ওসিগী পুন্সি অসি সমাংথৈদা দাদা অমদি ঐনা নোংমতা নীংশিংখিদমক্তে। নীংশিংনুরবস্থ থোশাক্তদে। লাকদবা পুন্সিবু খঙবা কনা লৈ? খঙলুদবা অসিনা ঐবু বাখল থেনবী ওইহনবদা নক্তনা মী অমগী মফম ফাওবা লৈহনদ্রা মাক্তে! মসি মুপীশিং-গীনি অতুগা মুপাদদি? দাদানা ঐগী পুন্সিগী লাকদবশিংবু উবীবা য়াওদ্রবরা? হায়জনীংবদি, ঐ ইশামক ইরাং পুবীনি হায়বা য়ানীংদে, ঐ দাদাবু মুংশিখি মুংশিরী; ইশাবু চৈজহনা ইশাগী মুংশিবা মীনমজবা ঐ পামদে। অফা ফত্তা খঙনবা মুপা মুপী অনীমক্তা বাখল লৈ। মীওইবা অমা ওইবগী অশোয়-বস্থ মখোয়নীগী লৈ। পৃথিবীসিদা সতী ওইনীংদবা মুপী লৈরমগদ্রা? দাদাদা হায়জনীংবা অমা লৈ মতুদি দাদানা ঐবু লোইনবীখিবত্ত্ মী ওইনরা নত্রগা ফজবা লৈ অমা ওইনরা? লাম্না থনবীগম্থ মুপীগী অশেংবা শক্তম অমা খঙজনীংহনা

হায়জবনি। ঐ ইশানা ইশাবু শক খঙজদি, ইশাবু য়াম্না চিংনজৈ।

খঙজৈ লৈ অমবু ফজৈ হায়তুনা হেক্তা মনম নমলুগদবা নাপ্পদা চিল্লগদবা নত্তে। দাদাগী য়াহৈ মীংশিংজরি,—"অশেংবা মুংঙাইবা অকা অপুন লৈতবা পুন্সি, মলীং ভম্বা মহিং অমা ফংগে হায়ববদি থাজনবা অমদি অয়োন অথুপ লৈহন্দবা মথৌ তাই · ··।" থম্মোই শেংনা লৈমিন্নবা খুাইদগী অকবা পুন্সিনি। লাইবক থীবী ঐগীদি অকবা পুন্সিহ লোইগ্রমাল্লে! থাজনদবগী পুন্সি অসিনা মবাল লৈজদবা মীয়োম্লিবা অঙাং অসিদসু চৈনা শীরিবা য়ানা লৈ। দাদা ঐ মোকদ্রা কপকদ্রা খঙদ্রে।

মুংশিবা খুদিং থুংনদে খঙনা খঙনা লোইশিনবা ঙমহৌদ্রবা ঐগী ফিজি ফিনানি। অহুবু মুংশিবনি। দাদাগী মফমদগী ফংলিবা মুংশিবগী মমল মশিদা ঐ কনাদসু য়ারৌজদে। ঐ মমাংদসু হায়জগ্রে দাদা ঐগী ইবুংনি; ফংলিবা অসি ইবনাইতগীনি। দাদাগী মফমদসু অসিগুম্বা ইবনাইগী পুন্সি অসি লৈবরিমগনি অহুবু লাইবক ফবনা দাদানা মুপা ওইখিবনা অহুগুম্বা দাদাগী ইবনাইগী অৱাবা মুংঙাইবহ কনাগী পুন্সিদা শোকলমলোই; দাদাগী পুন্সি মুংদা অহুম লৈবমগনি, কনানসু হক্লোইবীরমলোই। ঐগী মবমদা; ইনম্মনা ঐখোয়নীগী হৌখিবা পুন্সিগী মরমদা য়াহং অমত্তা হংবীবমলোই। ইনম্মগী মফমদগী থম্মোই শোকপা য়াহৈ অমত্তা তাবীবমলোই। তাদবসু ওইসমু। কবিদা থেন্ন-বিযনো দাদাগা ঐগা? শুপ্নতগী মুপা অমসুং মুপীগী য়াদা ঙাইবে ...। অহুবু ঐগীদি... ...।

থম্মোই পানবা মীওইবা অমা ওইনা, মুপী অমা ওইজবগী হৌনশা ইরনাইগী পুন্সি লৈবা য়াদবনা দাদা অমদি ঐগী মমাংঙৈগী থৌদোকশিংঙু ইপুরোইবগী মফমদা অনত্তা খাক্তনা লিজবা তারে। দাদাচাও কনানো করি ওইরি হায়বফাওবা পঙ্গবা তারে। মসিগীদমক অয়াবা লৌজরি, পীনবীয়ু। অতুগা ফংফম থোকপা অতুদি হুংজররোই, মতুনা ঐগী লাইবক্তি অতুগা মসিমদি খনবীয়ু, "করিনো ঐগী হৌখিবা পুন্সিনা লাক্লিবা পুন্সিদা পীরিবসি" হায়বসিমদি; মসিনি নচনগী য়াহং অমা অতুগা পাউখুমসু অমা। মসি দাদাচাওগী মফমদা ইরনাইগী ওইবা অরোইবা য়াহংনি।

মুমিদাংগী পুং তারামাখোই হেল্লে। দাদাদি মুংঙাইনা পোত্থাবীরমগনি। ননাওতুদি হৌজিকফাওবা লাক্ত্রি। করিসু চিংনবীয়ু মাদি অমুমা হেক হেক সিদগী হেম্মা থেংবসু য়াওই। পোত্থাবীয়ু, দাদা মুংঙাইনা পোত্থাবীয়ু। ঐদি মহাক লাকপা ঙাইজখিগে। শাওবীনু দাদা লোইজরগে, খুরুমজরি।

নহাক্কী—

মুংশিরবা নচন অমা।"

চিঠি তপ্না থমখি। মোন্দা মমায় লৈশিল্লগা হীক্লা হীক্লা কপলকই... ...।

মিকুপ খরগী তুংদা ফক্লাং ঘাড়ীনা অহুমলক য়ৈরকই; মুংথিনগী পুং অহুম তারে। হৈনীংদনা হৌগংলকই। মশাতু থিবা ফংদনা মাংলুবগুম তৌই। ইচোক চোকথৈ। খর অমা শাংনা হোস্থবগা মশম মনা পুনশিল্লগা হৌগংলকই। মোমোন নোক্লিবা মপুরোইবগী ফে'টোতুদা শংত্রিক য়েংঙি। করি

খাক্কপনো কোটৌহ্ তাপ পায়থংলি। উপু মন্থুংদা থমখি। চিঠি-ছুহ্ চেকশীল্লা থমখি। হান্নগী কোটৌহ্ মফম ইকায় কায়দনা থল্লী। ঙহাক য়েংলমলগা মিংশেলদা মমায় লৈশিল্লকই। মমায় মমিং য়েংই; ইবোচৌবা হাইকেং নীংশিংলকই। লৈকাইগী মনাওশিং মচনশিং স্কুল কলেজ কুম্নরক্লে। মপুরোইবগী কোটৌহ্দা কল্লপ য়েংলম্লগা খোংথাং লুম্না মপান্দা থোক্লকই। শীপ্পী চৌকিহ্দা লৈতানা ফমখৈ। লোনবা লোইশিল্লকলবা জর্নিহ্ য়েংলগা থর অমা ফুইনা হোন্দোকই। তপ্পা তপ্পা লোম্নবা হৌই।

(:) ..

# পোইন্নুগী লৈচিল

লৈচিলনা খনজিনখিবা নত্তে; নুমিৎ থোক্লি। মখোয় মমা মচা অহুমত্তু থবক কল্লি। মচা নুপী অতোম্বীত্তু চাক থোংলি। পিল্লিবনি, হৌমিন্নবা কয়াদি খাবৈ শোকপা নংত্রি। থংনবা কাদনা ইবোহলগী মপা কন্না নাহেরি।

"ইমা পাবুংগী চবোন লোৌগত্রা?"

"উম, ওমুত্ত পঙকল কলহনগনু।"

মচা নুপা ইবোহল চঙলকই।

"ইবোহল, যন য়াওত্রবসু গাড়িত্তুদি লৌশলহৌ, পৈশা তিংদবা! ঐখোয়না চিংলবসু ন্নাই। ফক্কা চৈরোংগত্তু ইম্যানা তোম্বখোয়গীত্তু ঙাংনবমল্লবনি। ফক্ক অমনদি য়ারোই, দেবেন

সুধীরগী ঝারী মচা মচা

খোয়গীগী শঙঙি হাযবদাই? মখোয়গীদি মী কয়া লাক্কনি হায়?"

"দেবেন্দি কলেজ চৎতবা য়াদে হায়ৱৌই।

"করি হৌনবীনোনে?" চাউবী ফু়ং শাঙগৎলকই, "মখোযগীদদি ঐখোয় ইমা ইচানা কয়া য়ানা হোৎনখিবা! লিংবদগী মৈবা ফাঙবনি। ঐখোয়গীবু থোকলক্লবদি... ...।"

"মী চৎতবা য়াদবা ঙই'তৌবিনি ইমা!"

"করিগী চৎতবা য়াদবা! অচৌবখোয়গীদি কলেজ স্নুঠি থারিবহুদে!"

"দেবেন্দি ইম্ফালদা তম্মে, ইম্ফালগীদি থাদে!"

চাউবী তুমিন লৈ।

"ইমাবোক্কা থোইবীগদি লাক্কনি।"

"থোইবীদি কৈদৌদৌরিবা? পাউখোল চৎপস্নু হৈবা নত্তু' ....!"

"ঐস্নু দেবেন্দু চৎতনবদি হ'ম্নবনি .।"

"লৱায় মচা মানস্নু ইম্ফালদকা তমজশারদনা.. !" ঙাংবা লেপতে, থবকস্নু লেপতে; বোড়া শেগায়বহু ফোৎলি, "ফৌবুন চরৈদি পুরকউ হায়বম্ববা?"

"উম।"

চাউবী মচা অনী পোকই। মুপা অমত্তনি। মুপীস্নু। লাইবিক তমহনৱা ঙমদে। মাগী মুপাহু লৌমীনি। লৌ লৈজবদি নত্তে। মীগী লৌ পৱি অমা লৌশান পীতুনা উজবনি। হুন্দকী লৌরোক পাহাসি লাইবক থীবনি; মথা থংগী মবাই

চাউবগী উ মশা থাবদা উখক্তগী তারক্কনা ফীত্তম চাখিদে। ডাক্তরদা থা মশায় অমা খবা হেন্না লৈরুই। কয়া কুইনা মতেং ফংগনি? লৈজবা লন থুম কয়া চৎপ্রে। ফবদি ওমদে, শিহৌদে হায়বন্থনি। অত্তাইনি, ময়ুমদা লৈরে। ডাক্তরদা লৈরিঙৈদা চাখিবা হিদাকশিং অত্তদগী মখা তানা অমুক চাখিদে। নাবা ফবা নত্তে, লৈবা ওমদবনি। মৈতৈ মাইবগী হিদাক লাংথক খবা খরা তৌই। হাম্ হামুনি। অরিবা চেন্নবা হায়বন্থরা লায়না খবসু লৈবগুম তৌই। কুইরে, থা তক্লক-তবেৎমুরে। চাকসু ইচা চাদে, চানীংদে হায। নমতুনা খরা খরদি শীটেজ। উজরম্বা লোতুসু মপুনা শত্তোক্লবনি। চাউবী অম্না মচানা হায়জমনম্নগী মরাক অমদি পীবীবে। ওন্দি য়ৈগদৌন্নিবসিন্নি।

'ইমা চাক লোইরে!'

"থিরম্মো, ইমা চুপ লুপলুখিগে। নাপাবুংগী চবোন পীথ্রববা :"

"থকনীংদে হায়।"

অয়েন চেংগী চবোন! চাউবীদা কনানো অমনা করেম্ন-বগুম তৌই।

"থুম খবগা ওাতুগা পীজনবা তৌ," হায়রম্নগা পুথ্রিদা চৎপ্রে।

অয়ুক্কী লিরিরা য়ালংদা কোরৌহনবগী য়াশেক্কা মায়কৈ শীন্না চাক্খোরক্লি। লুম্ লুম্রকই য়ালংবা।

চাক চানা চানা মচাদা হায়,—"ইবেম্মা নওসু চৎসি, খুদাপ খোম্বা য়াওগদবনি।"

"পাবুংদি কনাগা লৈহৌগদৌরিবা ?"

'কৈনো কনাগা লৈহৌবা হায়বদে ?"

মচানুপী তুমিন লৈ।

"খুলংগী পৈশা লৈতে। লাক্কদৌরিবা খরদুসু ঐখোয়গী খুলং লমন্না। ইবোহল নঙগী মী তরুক হায়বদুদি শোম্নরবোইকো ? লুপা ফুনথক লৈরিবসি হৈথা পোথাগী থমলবনি। হৈতুপকা নোবাপ্নকতু নমাবোক ইবেচাদগী লৌহৌরু। চু লৈরমলবদি খরা য়াওশিল্লকউ। কোম্নত্রগা কোম্না হাপকে হায়ম্ন।"

ইবোহলগী মপা থঙনবা কাদগী লোক খুবকই। নাহে নাহে করি করিনো ঙাংলকই,—

"ওইররোইদবসিদা ঐনা হায়বদো য়াদবা ......। যনতু হেক ম্নোম্হোকখিবা......। ঐদি শিরবনি... ...।"

"ম্নোন্দা য়াব্রো!" চেইরোল নত্তে হায়রক্লিবসি চাউবী খঙভি, "লায়য়েংদদি কৈনো ?"

যন অনী লৈরম্মী। অনীতুগী মপান্না খরা ব্রাজরবসু লৌ পরি অমদি ইরায় লায়না উজরম্বনি। লাইবক থীবনি অম্নদি লাইচংতা চংপ্রে। হাতম অনী লৈরগা নৌনা অমুক লাক্কে খন্দুনা লৈহৌম্নিবা অমতুসু য়োম্হোকপ্রে। হাতম অমা লৈবে। লম্বা চাবদি হেক ফংদবনিনা থিদোক থিজিন তৌরিঙৈদা ইমুংগী চেং-চাক অকুপ অতাদা লেমহৌবা শেল খরতুসু শোকচিনখি। লোমীগীদি যননা থব্বাইনি; যন অমদি লৈদবা সুকয়া য়াদে, লম্বাগী। লেমহৌবা শেলনীংতু অমুক শোক্তনবা, লোইননা হাপকংনবা কন্না হোংনখি। মথারোমগী মবাই চাউবগী উ

মশা থাবদু উ খরা স্নানবগা করিগা লুপা চাম্মা য়াংখৈদা ঙাংনবনি। মীৎইবা দযাগী মনাইনি হায়বদু হেক থোকই। যন অমা লৈবদি লায়রদনা যন অমদুসু লায়য়েংনবা য়োম্থোকখ্রে। ইবোহল্গী মপানদি ফনা হায়বনি য়োন্দনবা। চাউবীনা নমদুনা য়োনখিবনি।

অমনবা খোংদাই অমা, লৈরিবা ফি খোংদাইশিংদুগী মবক্তুগী অমা শেংচিল্লি। খাংচেৎ অমা লাকশিল্লি। মচান্নুপীনা চগুম চগাই শেংজিল্লি। মপানা কন্না নাহেরি। চাউবী নাচুং-দে; মাগী মুপাগী নাহে খোঞ্জেল মাঙোন্দা অনৌবা ওইদ্রে। পাবানরবা লৈচিলদু উবদা চাউবী লৈতাবা ঙমদে।

"ইবোহল তপথ্রেদকো ইবুংঙো! খরা থুনা য়ৈনবা তৌসি। নপল মেরাদি লৈরম্লনি!"

"য়াম্না ঙল্লি ইমা, কনাসু লৌবুক্তা কুমলমখিরোই!"

"হাই য়োংগী মচা! ফুদিৎ লেকপা ঙমগদ্রা? মরাক অমদা মী তরামঙানা য়ৈবা নঙবু খঙদ্রো?" চাউবী তপথদে। অতিয়া মকোয়দা য়েংলকই, "নোংসিবু তাদৌরিব্রা? নোং-চৌংগী ফীভমসিসু মহৌশাগা ইম্নান মান্নরক্কে!"

মতম কুইনদগী হোৎনজরকপা থবক্কী মহৈ ঙসিদি ফংলনি। কন্নাদা বানা হোৎনরকখিবা! যনসু লৈজবা নত্রা। লৌথোক্ন-মনগী ট্রৈপশা তোল্লি। মাংবা তোংবা ফৌদি তমদবা য়ারোই। বাকছিংগী উল্লেলক্তা ঙলাপনা করি খল্লমগনি!

মচানা কোল ফেংলিবদু চাউবীসু য়াওশিল্লি।

"হন্দক্তি ঐগী ফুরিৎ হান্নবদু লৈবীয়কো?"

"লৈদদিকো!" মুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা পোকচরল্লবদি তম্ফাক্কী মফম কঞ্জরমখিগদবনি। লাইবক থীরবরা, থীহল্লব্রা, পিক্লিবা মচামুপীবু য়েংনা য়েংনা উরক্কে। মচশিংগী তুমলিবা পুক্সিগী শরুক্ত কনি ছায়না মঙফাওনরক্কবা? শ্বর অমা ফুইনা হোল্লোকই। খুদক্কা মমাগী প্রেম ঈহৌরকই। থাজদনা চীনবান্দা মোমোল্লবকই, "চৎলো ইমা তৌবীরগে। নপাবুংহু করি করি তৌবন্মুগে হংঙু। হিদাক থোমলমবতু শিল্লম্মু।"

চাউবীনা য়ুম অসিদা লাকপা কুইদিুঙৈদা মাগী মুপানা মুংশিনা হায়খি,—"ঐগী য়ুম অসি চহী খরগী মতুংদদি চেক্লা শাবমক ঙমদ্রবস্ন জিজ্বনদি কুপকনি।"

ওইবা ওইদবা অনীগী মবক্তা চাউবীনা পেঞ্জখিবদি বাহৈ খরা অহুদনি।

"অমত্তা পামজদে! ঈগী য়ুমসি ঐদি য়াম্না পামজৈ!"

"অহুবু নচাশিংনদি পামদে হায়গনি।"

"হৈমা!"

ঈকাই মুংশি য়াম্নখি চাউবী। শাইনোল হাইগৎপদা ঙাইখি মতমহু। মহুদা ফংখিবা পেঞ্জবহু পৃথিবীগী তাংলবা করিগুম্বা পোং অমত্তগা ওল্লসি হায়বা চাউবীনা য়ারক্লোই।

কোল-লীক ফেংদোক চামথোকলুরগা হঙ্গিল্লকপদা মচামুপী-না কীভম কায়না লাওরকখিবহু চাউবী তাই। চপ লেপ্পী, থোংজিল কানশিল্লকপদা। মচা মুপা ইবোহলদি মপাগী কাদা চেনশিনখি।

"ইম'! পাবুংসে ঈ য়াম্না ওরে!"

চাউবী শ্বাই লাওই। পুংপও পওশিনথ্রে। মশাদা হৈ নীংবা অমত্তা য়াওদে। মমিৎতু তরংদা য়েংহুনা লৈ। হেক চওলুদে। ওহাক লৈবগা হায়রকই,—"অহুক ফিংনা লাওরক্লি-বহুবু করিগীনো? ওসিতরো ঈ ওবা?"

কোল-লীকশিংহু থমলুরগা চাউবী মোং-হাদনা মপুরোইবগী কাদা চওলকই। মীওইবগী হকচাং মাল্লবা কংশিল্লবা মপুরোই-বগী মশাহু তপ্না তপ্না নাল্লকই।

"ঐ কৈস্থু ভোদে!"

চাউবী তুমিন লৈ।

"চৎলো, ঐ কৈস্থু তোরোইদা।"

মচীনবান্দা তৈরিবা ঈ খবহু তৈথোকপীরগা চাউবী থোরক্লে। অমুক্তং ওনশিন্দুনা য়েংলম্মী। মচাশিংস্থু মরী মরী থোরক্লে।

শুমাং য়োৗরকপদা মপুরোইবনা মচীন মেন্দুনা লোক খুখিবহু তাই। তোইনা কংখুদা খুরকই। চাউবী চপ লেপ্পী। মায়দি ওনশিল্লক্তে। শ্বর অমা শাংনা হোন্দোকই। মচাম্বুপীনা পাম্ন-রিবা থুমোক্ত লৌশিল্লি অহুগা হায়রকই,—"ইবেম্মা নও লৈহোরো!"

—(:)—

# নিশা

## হেন্না পানখৎলকই

কাহেন্না ইংশনলকপগুম তৌই। পঙথেংদি থেংদরি। খোলাদদি চাক থোংগৎলম্লনি। ঐবু মুহিণীখোয়দা চৎলুখিসিরা ? খিত্তংদং ওইরবস্মু চীনবানসিনা শোকলুবদি ফৈ।

থিম্বা তৌদ্রে।

"ইনে, ইনে!" ঐনা কৌই। খুমলক্কে। অমুকস্মু,—"মুহিণী! মুহিণী!"

"কনানো অমুক ?"

"ঐনি ইনে।"

"ইমোমচারা ? চঙলকউ।"

শুধীরগী ৱারী মচা মচা

চঙশল্লি। ফুঙ্গাদা ফমথৈ। মুহিপী চাক থোংজি। "করি এঙ্গাংনো?" ইনেদা মখা শমথৈ, "মাঙ্গম্লি?"

"...লৌবা চংখি। অয়ুক মুংথিনদদি ঙমপোতে, থানা-ও করি-ও।"

"অমত্তা লৈত্রবরা?"

নঙগীবুদি লৈগনি। খুবাত্তোনগীদি অমদগী হেন্না পীখিত্রে। অতৈদদি লৈত্রেবু হায়গ্রবনি। করিনো নিংথম্মে হায়বসিনবু মুংশিংমুক কুঙঙি। নঙগীবু কয়ানো? হায়গীসু লৈরমগনি!"

"উম, হৌজিক্কীদি অনীত্তগীনি।"

"অনীতগী? লৌথোকলুগদবা তনগ্রেদা!"

"য়াইদা তপ্পা তৌসি। মীসু ইচঙ চঙলক্লরোই," মুহিপীদা মখা তাই, — "করি এঙ্গাংনোমি স্নাইবেম্মা?"

"ইবুংঙো নঙসে পঙথ্রবা হায়বত্তুনি!" খিতং শুগংলগা হায়রকই, "থাবৈ থাগ্রিবসি উত্রো?"

"থরোই! ইনে তপ্পা তৌসি ঐগীত্থু। ঙসিদি নথুং য়েংবতাই। পেন্না চুপকে!"

"অশেংবনি ইমো চাক চাগ্রসি ঙসিদি।"

"চাকসু হাপ্তুনা!"

"হাপ্পা হাপ্তুবা মহাওগী বানি।"

"পুক থল্লবদি তল্লিবা।"

"ইবুংঙো নিংঙাইজাও নবুক শোয়দনা থলহনগনি।"

"চাগো চাখো," ইনেসু নোক্লগা হায়রকই।

"ঐগীবু কয়া লৈরিবগে ইনে?"

"নঙবু পৈশা ফংলব্রো?"

"ফংত্রিবা!"

"নখোয় ঠিকাদারতু নহালদি চঙলকই। ঈজ্জৎ ফাওবদি লৈহে সৈত্য! কদবাইদগীনো? য়াম্না নহানিনে!"

"কৈশামপাংতগীনি। নহানি, ঐগোয়গী লেঙ্গাতুম ওইরমগনি। হনগেনা হন্নবসু চহী অমা মঙাই!"

"ঈকাইদ্রো নমান্নবগী মমাংদা? ঠিকা তৌগে তৌ জুগালিকাসু ওইরিয়ে!"

ওন্থোক্লা থাজদনা হায়বকইদা!

"... .. বি, এ, লোইরবা নঙনা। ইমো ঙাওশিন্নসু পৈশাগীদমক পুম্জিনা হিংগদবা নত্তে!"

"জুগালিদি মী নত্রবরনে হায়বিবসিবু?"

"মীবুদি মীনি! অদুবু ঈজ্জৎ হাযবা অমসু লৈবনি। নমান্নবা জিতেনখোয়দি ডাক্তর ওইবগা থোক্লকদৌরে!"

"ইনে মীগী মী চপ মান্নেদা। ডাক্তবনদা মীবা?" হায়না হায়না মুহিণীদা ঙক ইল্লুই। মুহিণীসু চুম্মী হাযতুনা মীংচি খংলকই।

অদুগা ইনেনা শাওবপ্না হায়রকই,— "চপ মান্নবা মী মরকসিদা ঐখোয়গী হিংবগী ফীভমসি যেংউ ফজবিত্রা?"

"ইনে অদুবু ওইনীংতুনা ওইববো?"

"অতুনিনে নঙসু জুগালিতু ওইনীংলুসু হায়বগী য়ানি!"

"ঐসু খঙঙি মসিগা শমনরুবা য়াবা নত্তে। ইনেনা ঙাওবতু তানীংতুনা তৌবনি," ইনেদদি অস্নুম্না খুমখি। ঐ

পাখংনি। করিগী ঐমা জুগালি ওইরিবা, চীনবান্না হান্নখি-বগুম পুলিসিনদি লাপথোকপা অমদি ইম্বোকলুবা ওন্নগদবা মান্নে। ইনেদি মসি খণ্ডদবগুম তৌই।

তাঙ্গাসিদা কনানো অমা খোঙ খিল্লকই।

"কনানো?" ইনেনা হায়খি। মুরুম মুরুম লোল্লগা হৌগৎখি, "তনগ্রেদা!"

"ইনে ঐগীসু পায়থোকপীরক্লো।"

"তুমিল লৈয়ু! থানা ওইবমতুনা!" হায়রন্নগা ইনে চংখি।

"ঐবু চেলহৌরসিরা!"

"কিত্রা?" মুহিণীনা হান্নরকই, "অমুক্তং ফাতুনা ফুববদি পেনগ্রনিদা!"

"পেনগত্রা?"

"পেনগনি!" কল্লক পেন্না খুল্লকই।

কবিগী কল্লক পেনবীবিবনো খণ্ডদে।

"ইনে ঐগী পীরকও চংখ্রগে!" হৌগৎকে তৌই, শাওশিন্নে।

"ইমো! ইমো!" মুংশা থীনা মুহিণীনা হায়রকই, "চংপা য়ারোই!"

"নথৌ লৈতে, থক্তুবমু চংগ্রনি!"

"নঙগী থকপা থক্তবা খণ্ডদে, করিগী চংতোইনো?"

"মীনা চংনীংববু।"

"চংপা য়ারোই। চাক চাখিদৌনি। মীনা চংনীংববু কাইনা,… · পুলিসনা ফাখো হায় হায়তুনা তৌরিববো?

হা-হায়য়ো অহুগী ওইরবদি নোকপু নোকেনে!"

নোকপু নোক্লকই। ম্যাগী অসি খুনোকসিনি ঐনা য়াম্না ফুনীংলিবসি। ঐনা হায়, — "ফুনীংঙি অহুম্না নোক্লকহু।"

"নোকনি! রাশিহু য়াওজদবা!"

"নোকউ নোকউ!"

"মহুগীবু নোকপু নোক্লীংদ্রে?"

"অহুদি নঙদি কৈদৌবে শাওনা হায়বক্লি?"

"ঐবু শাওখিববনে!" ইঙক ঙক্লা ঐঙোন্দা য়েংলকই। মখা তারকই, 'ইমো ঐবু শাওখিববনে?"

ঐ খুমলুদ্রে।

"ঐ নঙঙোন্দা ব্রা খরা হায়গদবা লৈ," ঙহাক লৈরগা মুহিণীনা হায়বকই, "কৈস্নু লৈবা বাবুদি নত্তে, অহুদা ...।"

"অহুবু কবিনো?"

"হোয়, ঐখোয় য়ুবুদি ম্লোল্লি ...। অহুবু কৈদৌবেনো নমান্নবা ময়াম হৌহুনা লাক্লগা নঙনা তৌবগুম্না মখোয়নস্নু ঐঙোন্দা ঙাং শক্তুনা তৌহল্লিবহুবু? নঙ য়াওদবা মুমিৎতা কাবণ কন্নাম তাই খঙলব্রা? মহুদি ঐ হৈনদে!"

উম মসিদি চুম্মী। শাওকম থোকই। শাওস্নু শাওহন্নীংঙি। ঙসিদি ঐ মুহিণীগী মফমদা মায়থীরে। ঐ মুহিণীগী কনাস্নু নত্তে। কনাস্নু নওবসিনা মায়থাবসি ফংলিবনি। অহুবু ইশাগী অশোয়বহু কম্থোক্তুনা ঐনা হায়, — "ফরে ফরে অহুগী ওইরবদি। মতুংদা তৌদনবা অমুক হন্না লাক্লরে ই!" চৎকে তৌই। করিগীনো ঐনা মুপী অসিদা অম্নুক শীংনরুরিবনা!

ঐগী ইতৌস্নিদা ভশেংনা থাজব্বরমাল্লে চাকশঙদগী ল্লেম্বো-রক্তনা ঐগী খুদাং ফাত্নদা চিংশনঙ্গি। মখুৎ অনীমক ঐগী লেংজুমদা থম্লগা হায়রকই,—"মত্নদা নঙনা শাওরিবসিবু করি হায়রিবনো ইমো?"

ঐ পাক হেক খুম্বা ওমদে। চৈরকপিদা ইনে চঙলক্লে। মাম্মু ঐবু থাদোক্লগা চওখ্রে। ঐনা লেপল্লুনা লৈরম্বহ্ উবদা ইনেনা হায়রকই,—

"চৎলগে তৌরম্লিব্রা? সে সে।"

"এঙ্গাং মুনব্রা য়েংলুবনি," ওহাক্তুদা খংহায় হায়দোকখি।

"হাই খব কোৎথোকপীরক্লো!"

"কনা কনানো লাক্লমলিবশিংহুবু ইনে?"

"ইনাওচাগা সুরেশকনি। সে নঙগী হৈরম্লগে।"

"কয়াম য়ামলিবগে অহুবু?"

"তম্খায় ফাবাৎত্রে।"

"মহু হেক্তা পীরক্লোদা!"

"সে সে," পীরকই, "অহুদি খবগা খায়দোকলুবা তারি। মখোয় খরহুবু লোইখৎবদি য়ারে। পীদ্রবসু নুংঙাইত্রিবা মুতিগী লৌবীবনিনা," ইনে অমুক চৎখি।

"মুলত্রিবো মুহিণী?"

"মুল্লে মুল্লে!" পুরগা থোক্লকই, "নঙ'মা হায়বীগে অহুক য়াম্না থক্লিবহুবু ......।"

"নঙনদি খঙপোৎত্তে রিলেক্স তৌম্নিবনিনে রিলেক্স!"

'খঙত্তে নখোয়গীদি হায়ক্লবদি অমা হেক্তা লৈরম্মী!

মুংঙাইরে থকই, বারে থকই।" ফেং হাইদোক্নুনা চংখি।

ঙসিদি মুহিণীগী পুকচেল মপান থোকপগুম তৌই।

ফনা থেংলে লোইবগা হৌগৎলকপদদি। মুহিণীনা মুং-ঙাইতবা অমদি তৌরে, ঐ চাক চাদ্রে; চানীংবা পোক্কে। মখোয়স্তু মাম্মা ঙাইরি। ইনেদা লুপা মঙাখক পীরম্লগা অরাং-পনা বাকিগী হিসাব ওইহল্লম্লগা ঐ হৌগৎলক্লে।

য়ু য়োনবা নোংমাইথেম ইমুং হায়রগা মুহিণীখোয়গী ইমুংবু খঙনৈ। অয়ুক মুংখিন্দা ইনেনা নক্ত্রগা মুহিণীনা ক্না য়োল্লি অতুগা মাম্মনা য়ু। মসিনা নোংমগী চাবা অনীদি পুবা ঙম্মী। লেম-পানা পুবদি নত্তে, চারা হেন্দে হায়বতুমক্কি। নোংমা ইনেনা হায়খি, নচম্না লৈশাবী ফাবকপসিদা ইনে-খোয়দি য়ু য়োনবসি তোক্নীংলবনি। অতুবু কৈ ওনবদি ঙমদে উচিদা অতুম হঞ্জল্লি!" অতুগা মাম্মগী মফমদস্তু মচা নিঙোল-গীদমক দৌরি সিষ্টেম ঙাকপা ঙনদ্রবা মমা মপানা রাবদগী য়ু য়োনবা তোকপনা হেন্না রাই খঞ্জরিবনি। মুহিণীগা ঐগা চহী ফানা হন্নদে। থা তবেৎতং ঐনা হল্লি হায়। ঐখোয়নীদি মিং অতুম কৌনৈ। মানা ঐঙোন্দা মিং কৌয়িবসি লিজনীং-তুনা কৌবা নত্তে, মরমস্তু লৈতে। মুহিণীদি য়াম্না চম্মী। মঙোন্দা থোইদোক্লা তমলুবা শেমলুবা শাজৎ লৈতে। চীনবানগা পুক্লিংগা চপ মান্নে। খঙদে মাগী পুকচেল মতা অননি। মঙোন্দা ফনা কায়রুরবস্তু শোয়গনবা মীওইবনি থনবনরা অতুক হাক্লা তাথীরুদে। মাগী মী লোইনবা হৈবা, মীগী অরাবা উগনবা, শাওগন্দবা, তশেংনা ফুপী অমগী মগুন্দি চপ চানা লৈ।

মসিনা মী অয়াম্বনা মুংশিবী, ফত্তবা থাখল খন্নদে। মাগী মশাদা থাংলিবা হায়ববু লাইরিক তমদবা অসি খক্তনি। অদুবু মাগী মশক খুফজা অদুগা পুকচেল অদুগা পুল্লিঙৈন্দবু মুপী ওইবী মানা করি থানীংঙাই লৈবগে?

ফুট মরি লুবা অহুম পাকপা গুনিম্না অমা তৌরিঙৈদনি বোবোনা মুহিণী চেনখ্রে হায়বকপদু। ঐ পুংঙক ঙকই! ওম্থোক্লা থাজখিদ্রে! ঐনা থরোই চারম্বা মুমিৎতুদগীনি। হোয়নে মুমিৎতু মশাদু ইহৈ হৈনীংনা উই। মুপাদু শগোল-বন্দগনি হায়। থবক অমা তৌরমাল্লে। করি থবকনো খঙদে অদুবু থবক অমবু তৌই হায়রিবসি ফরবনি। করমনবু খঙন-রুরিবনো, থাজখিদ্রেদা। মীগী লাইবক হায়বসি তম্বা ঙম্বা নত্তে।

মুমিৎসিগী মুমিদাংনি, মুহিণী লুহোংবগী মুমিৎসু হংলুগে অদুগা অরাৎপা ঐগী হিসাবসু শিংদোক্লম্নগে খন্দুনা চৎলি। ইনে চাক থোংদুনা লৈরম্মী।

"লাক্লিব্রা ইমো?" ইনেনা হায়রকই, "ফম্মু," ফুঙ্গা ময়াদা লৈরিবা ফক্তদা মঙক্লা ইল্লম্নগা চাক থোংবদা পুক্লিং চঙখি।

ঐ ফমথৈ। মুহিণীসু ফমদুনা লৈরম্মী। করি মৎতা মোং হাদে। ফি অমা ইন্দুনা ফুঙ্গাগী মৈদু তিক্লি।

ঙহাক ওইরে ঐনা ফম্লিবসিসু। থা অমত্তা ঙাংনদে। ইনেদা অমুক মুহিণীদা অমুক য়েংদুনা লৈরম্বদগী অচিকপদু ঐনা থুগায়রুই,— "ইনে, ঐগী কয়া লৈরিবা?"

"খঙদ্রেনে নিফু মঙারা তরুক্লা।"

"ফরে কুইনসু পীদবগী য়াঙ্খে পীরম্লগে," মুহিণীদা স্নুত্রা য়েংঙ্উ হায়দুনা পীশিল্লি।

য়াম্না তম্না লৌশিল্লগা হায়রকই, "সুরম্নিদা!"

"মাম্মদি?"

"লৌবা চংখি" ইনেনা খুম্লকই।

করিনো ঙরাং বোবোদা লৌকনবা থাবদদি মুহিনী চেন-খিবদগী য়োম্দ্রে হায়রকই। বোবোনা লৌবা চংপা তনবদগী হায়জিল্লিবা জাংলা? "ঙবাং বোবোনদি য়োম্দ্রে হায়বকইনা?" ঐনা হংঙি।

"উম!" ইনেনা হায়রকই, "নানেসি চেল্লুবা মুমিৎতুদগী য়োল্ল্দ্রবনি। ঙসাই মুমিদাংবাইরমতু কবি খল্লকপনো লৌরু-গনি হায়তুনা চংখ্রিবনি।"

মুহিণী হৌগৎতুনা চংখি ঈকাইবকপা জাংনি।

ঐ নে-হেক তাই। মুহিণীগী বা হৌদোকপা ঙমলুদ্রবনি। হৌজিক্তি চিংনবা লৈত্রে। ঐনা হংনীংবতু চিংনদনা হংঙি,—"লুহোংবদি কৈদৌঙৈ তাবে?"

"লুহোংবা!" করিমতা থৌশাদনা ইনেনা হায়বকই। ইতশ তপ্না মখা তারকই, "য়ু য়োনবা মমা মপাগী মচাবু কনানা মমৌ ওইনীংগবনোদা ইমো।"

ঐ খংপ্রেক খংই। খংহায় হায়দোকখি,—"কবিনো হায়-বিবতুবু?"

"পামদ্রবনিদনা!"

"মতু য়াত্রনে?"

"করিগী য়াদনি! পুন্সিসে করিস্সু নত্তে, পৈশান লৈবা য়াবে। পৈশাগী মতমনি! মীচং লৈজদবা ঐখোয়দি ……।"

ঐ ভাবা ঙনশিল্লক্রে। চীনবানসিদম্ম করিনত্তা থোক্লকউ য়াখিদ্রে। রাহং চাম্মা চাম্মান থোনাও চরমসি ফুনখিবগুমতোই। ভুমিন্না থঙ্গখি,—মুহিণাবু মমল নাইহল্লব্রা?

"নচনসে মরাইবক থাররবনি," ইনেনা হায়রকই। মমিংতা তারকপা পিত্থু খুংলৈ থুনা তৈথোকখি। মথা তারকই, "নঙবু নঙ মাম্ম ভাইখিগে হায়বরো?"

"ভাইররোই ইনে, চংখ্রগে!" ঐ ফুক হৌগংলি, "মুহিণী চংলে," হায়রম্লগা ঐ থোরক্লে।

লম্বী চংনা চংনা নাংশিংলি ইনেনা হায়খিবা, "……… পুন্সিসে করিস্সু নত্তে, পৈশান লৈবা য়াবে …!" অহুগা মুহিণীদি …… ? ইনেগী মমিংতা শীস্থখিবস্থু করিনো? মহু মৈথু চঙবদা তারকপা পি অহুদি নত্তে অহুবু মৈথু চঙবদা তারকপা পি অহুগা মান্নংনবদা করি কায়?

থাবল ফৈ। নিংথমথাগী অহিংনি অহুবু ঐদি শাগংলকই। ঈগী ঈচেল কনথংনকপগুমতোই।

—(:)—

## য়োকচবী
## বাঙ্গলা দেশ

ইবৈম্বু কথা কন্না ঙসদবনোনে ......।

বাঙ্গলা দেশ কুইবদয়া থাদোকখিবা। চৎকে থঙ্না থঙ্না কবম্না পম্থখিবনো। মঙমসে কযাদা লোম্না লেংন্না চ খ্রিবনো!

"ইবুংঙো, চুবট থকসি মৈখেং য়াওরিববা?"

"যাওদে, চুকট থক্কে।"

এগা ফম্মিন্নবা ইমাদু অভোঙ্গদা ওনশিনখি। চুকট থক্রবস্মু মৈখেং য়াংবক্তবা এ খিক্তং হুংঙাইকে। করিগীনো খঙদে।

"ইবুংঙো, থোংনাও লোনশনসিদো!"

ঐ হেগৎলি। লোনশিল্লি। অমুক ফমথ। উকই, ঈচেল লেপ্লবা তুরেল অমা। পদ্মা তুরেল থংনীংনীংশিংলকই। নিংথমথা

সুধীরগী য়াবী মচা মচা

গুইহুনস্থ অস্থুম্না ঈচেল্দি লেপ্লমলোই পল্মাদি। কয়াদনো, মহৌশাবু মহৌশাগা চাংদমনরুরিবসে!

"কদাই চৎকেগে?" চিংশিল্লুবগা কামথোরকপা চুরুটকী মৈথু নবক্তা ঐঙোন্দা হংলকখি ইমাহুনা, "লম কোয়বরা?"

"উন, বাঙ্গলা দেশ চৎকে ইমা।"

"বাঙ্গলা দেশ!" ইনাহুনা হায়বকই, "মীরমহুদা?"

"মীরম! হোয়, ঐগী ইমাগী মপামনি।"

"নঙগী ইমা?"

"বাঙ্গলা দেশহস্থু মৈতৈ লৈদনা ইমা?"

"ও! ইকাউবু কাউই। লৈ লৈ।"

"ইমাদি কদাইদা?"

"ঐবুদি ডিমাপুরদা লৈক্কৌগদবনি। য়াঙ্খ্রেদা, লোল্লিবনি হৌরিবসে। কবিনো তঙ্কুক চেকশিন্না পায়বিবহুদে?"

"লাইবিকনি!" থংহায় হায়দোকখি। চেনা চেংনা য়োমশিবসিদা খঙদবনি। মোইরাংফি অহংপনি, অহুবু করিগী মীনমল্লবিবনো?

তম্না'য় য়ৌশিন্না চাকলবা চুকটতু চিংনা চিংনা য়াখল অমদা পুন্রি চঙবগুন হৌনি ইমাহু।

যমুন'হুন্ন নযুম পাল্লনলগত্রা? মোইবাংফিসি মাগীদমক লৈবকপনি। নংখ্রোকনস্থ য়াবৌগনখ্রবনিদা কশচেৎপীদো! নোংমা, য়ায়া অঙা' গুইনিহৈদনি, কুচু মুবা হায়রুবগী কেসব মন্দিরদা থেঙ্গা য়াদনা কপখিবদো। ঈশিং শোকপা চৎপদা মথন্থা তুশিঞ্জহুনা

লৈবাকী চক্সু অহু কায়রগা যুমগী মীনা কুমনি কিবগী ঐঙোন্দা তাইনখিবা ——……। শোয়দনা য়ৌরগদবা বাঙ্গলা দেশনি অহুবু য়াখলসে লৈতাবা ওমদে। মুমিং হুমনিগী খোংচৎসিদা ঐনা অমুক লাংতক্লরিবসি করিগীনো? কেশ্বরজিৎ, পঙ্কজ রামদাস, হরিদয়াল ……। মখোয়শিং অহুবু করি করি তৌনরমগনি? থৌনা কবা শাংলানগী য়ারীদা থরাই য়াওজবা ইবোপিশক্তি সিকাই ওইনি হায়রেবনি, মাবু সিফাই ওইরমলগনি? যমুনাহুবু মোইরাংফিসিনা থেমজিনবা ওমগদৌরিব্রা? য়ারৌগনবীদো! মুপীনি হায়রুনা ইমায়বশিংনা থৌশাবীব্রবসু ঐতোদ মাবু লাপ-থোক্নে মওমদে। খওদে কবম্বা মরীনো। চংলনি বাঙ্গলা দেশ খাদোক্লয়নি হায়বদা মানা রাজবহু ওসিসু মীৎসিদা শং শং উরি,—

"মুংলাক লাক্লরোইদবা?" থম্মোই শোরা হায়রকখি, "অহুম লৈগ্রগদবা?"

"মরক মরক্তবুদি কবিগী লাক্তনি।"

"করিগী চংকদোরিবনো? মুংওাইত্রবরা 'সিদা লৈবসিবু?"

"মুংওাইওবা! নত্তে, ইমা পাবুংগী য়ানি। ঐনা খওবদা মণিপুরনা ইরমদমনি, সি খক্তনি!"

"ইরমদম!" মানা হায়রকই, "অহু থকী?"

"……অহুবু বাঙ্গলা দেশপুদি করিগী কাউগনি। মাদি ঐগী শোক্লকম লমদমনি।"

"ভারতকী রাজধানি দিল্লীনি," মানা হায়রকই, "মণিপুরগীনা ইম্ফাল, বাঙ্গলা দেশকীনা ধকা——। পৃথিবীগী লৈমায়দা

মখিং থেম্নবা নৈবাক ময়াম অমা নৈ, জাৎ ভিন্নদবা মীওই কাংলুপ ময়াম অমস্থু নৈ অহুবু থা-ম্নাং, নোংপোক নোংচুপ ······ পৃথিবীদি ভুমপক তাই। মুমিংকী অকোয়বদ পৃথিবানা কোয। ···· মুমিং থা থরানমিচাক অহুমক উবা ফংডি। ······ ঐনা ভুগোল তমলবপদা থেংনখি।"

"যমুনা।" মাগী মথৃংতে চেৎনা পাযবগা শোন্দোকখি। মাগী মতোদা এগীস্থু শক্তম শেম্নকই; পি শান্থবকই। কাযননি থনবদা মানা ম্নাজপদো ঐনা ম্নাবদগী হেল্ল। মহৌশাগুম মাবু নোকহন্নবা ঐগী থোনা লেথিদে। অহুবু খোঞ্জেল থোক্না কপ্পহৃদি থেমজিনখি। ফনা কুইনা ভুমিন্না নৈকন্নবগী ভুংদা, মুমিদাং-ম্নাংগী মেঙলবা মঙানদা মু শিংনা হুমবদগী চোইববা শমলাংলক্তগী শেমাজিন শাজিল্লবা খোনফমদা হায়বকই,—

"যোকচবী ওইজববস্থু বঙ্গলা দেশ, পোক্নফমনি? মহাক পোক্নফমস্থুনি। কাউবা ভনলোই শেদাংম্নুবগী যোংখিলংনা হো-জিকস্থু ফাবি, নাম্বোকপস্থু ওম্নগদবা মান্দে। দাদাদি লাইবক থৈ ইবমদমগী মুংশিং মায়ম্নোক ম্নাহুনা চৎপা ফংলনি · ···· ।"

মুংশংতু বাবা ঠাকুবগী কেসব মন্দিন্ন ম্নোবনদনা ইল্লকখি। যাম্না মুঙাইখিদবা অমনা কম্ননমমদাই মতমদা মাগা উংখিদবা অহুনি। চৎকদবা ঐখোয়না লালখিবনি; মুংখিন্দা চঙ্কান হায়বগা অযুক্তা চৎখিবনি। নাস্থু অযুক্ত চিংন চিংননা বাঙ্গালি ওম্না চৎখি। ম্নাবৌগনগ্রবী মানা অমুক্তা হেন্না মুংঙাইজবমলোইদবদ,— ঐনা মতম শোযনা চৎলেদো হায়না ম্নাম্না মুঙাইতনা চৎলনগনি থনবদনি।

ঐ বাঙ্গলা দেশতা পোকই। পাবুংদি মনিপুরদগীনি। সরকারগী মায়োক্তা লানহৌবশিংগী মবীদা চেল্লবদগী ব ঙ্গলা দেশতা চেল্লকখি হায় পাবুংহু অহুগা ইমাগা লুহোংহুনা অবোক-খোয়দা লৈবনি হায়। লানহৈবগী ইরাংগা নেমথখ্রবা মতুং কাইনথংদা ঐনা চহী ১৫/১৬ মুক সুবকপা অদ্বাইদা ওইরমাল্লে মনিপুরদা লাকখিবহু। মতমহুদা ঐন খনখি,—ইম্ফাল সহরগী ময়ায়দা চেল্লি হায়নবা নম্বূল তুরেলহু য়াম্না ফজবমগনি; সহরগী মখায়দা চেনবনি। সহবগী মীযাংশি, মাগী ঈশিংনা হিংলমগনি। ঐনা খ্বাইদগী হেন্না হরাওজাবনা ঈবোইহুনা শান্ননি খনবদনি…।

"চ্যেক লৈরেনে!" ইমাহুনা হায়রকই, "ঐনা নী বহুনিনে! সে ইবুংঙো ফমফমসি য়েংলম্মু অহুগা শিট মখাগী পোং-চৈশিং-শিগা, থানাশি শিদা লুপা। তরা কুন্দা পীরুখিগে নত্রবদি ফাখিগ-দোখিবনি!"

ইমাগী য়াইহৈসি থোইনা ওকফম লৈতে। লৈবাকসিদা হিংনবগী লানফম কযা নত্তবা আইনগী মাযয়োক্তা তৌবা ওসি ওরাংতা নত্তে। ইমাহুদসু নত্তমাল্লে কুমথখ্রিবা অতৈহুসু ওইবা-তাই। ঐনা হংজি,—"কবিগীনো ইমা? বা। পুবগীনো?"

"খওলুবগী কায়দেদা।" হায়বা লোইরম লোইফাংতনা কুমথখি।

ঐসু থোইনা খওনীংলুদে, সুম হংলুবিবা হায়বহুনি। পুক্নিং-দদি খংবি,- কয়াম তোংহুনা তৌরিবহৈনো?

ইকুই কুইদনা গাড়ি অমুক্ত থারে। ইমা ইবেনশিংহুগী করি গুণ লেবনো পুলিস অমত্তা পোং চৈশিংহু নীংখিনা য়েংলমদে। লাপ্পা উবপ্পা কয়া মকশিল্লকই। নক্লপ্পা কয়ামা লাপথোকখি। থেক্লা কোয়না লৈরিবা লম্বী অদিনা পেংখাবা তৌদনা গাড়িদিনা ঐথোয়বু ডিমাপুর তাম্না পুরি।

... ... ... ... ... ... ...

বাঙ্গলা দেশ যৌবদদি হুমিদাংবাইগী পুং মঙামুক তাগদৌরে। অহিং তুপ্ফম চাকম খঙব্রবস্তু যোনীংবগী রাথলনা য়েলদা লাকপগী অরাবহু মীকুপ অমত্তা পোখাগে থনখিদে। ঐনা শুমাং মথায়দা চপ লেপলুবহু ইনেগা অবোক্কদি মঙগুম থোক্লমগনি, থাজদবমা। ইধৌদি মিটিং চংখি হায়হুনা লৈরমদে। মাস্মনা কলিকাটাদা চংখি ঙসি মঙানিমুক হুবে হায়। অঙাংখৈ ( মাম্মগী মচাশিং ) ইনাক্তা ইকোয় কোয়না ঐনা ঙাংবা মযা কাখৈ তারি। মুপী মচা অহনহুদি ঐবু খরা হঙ্গোইবগুমতৌই। মথোয়নদি ঐবু খঙলয়বোই, ঙসি উনবিবা অসিনা অহানবনি।

"উম, পাবুং নংতনা অনা অয়েক য়াওদে," অম্বোক্তী পাউথুম ওইনা ঐনা থুম্মী, "ইধৌ মশা ঙমদে হায়বহুদা আদদি কয়াদা পাখৎনহৌবে!"

"লাক্লনি পঞ্চায়েৎকী মিটিং য়াওবা চংবিবনি। টেলিগ্রাম তৌখিবা হুমিতুদি কৈনো ডাক্তবৰু কৌব-ও করি-ও কোয়চেল চেল্লি, ইপা হেক পাখৎনৈ। অদগী নোংমা নিনি লৈরগা হু হন্দুনা করিস্তু তৌদবগুম হেক লৈ। খঙত্রেদা অহলগা ওইশিল্লকপসিদা

অমোকহোইদি ! নত্তে ঐনা কিম্বিথদি নপাবুংগী লাই 'াহুনিনে ! নমাহু থাদোকপা য়ারমনবোই।"

"ঐনা হায়া থারকপগী য়ানি, নাববুদি ফমক্রবনি পাবুংগীবুদি।"

"থগুদে নখোয়গী মীং নাপু কাবাসে ঐখোয় 'নিদম্ব য়াম্না তৌই। অহল অঙাংগা থায়দে! সোমোইনরা থঙজ্রে লাইনাসে য়াম্না থোবক্লে।"

"হাই! নখোযবু খোক্লকউনে," ইনেনা অঙাংশিংদা লাওহংলকই, "রেল গার্ডদা লাকপগী য়াবনগনি যোমশিল্লুহু," ঐঙোন্দা অমুক হাযরকই, "ঈশিং শাবে ঈরুনবা তৌরো। প্রিয়া থুদৈ অমা পুথোরকউ।"

"প্রিয়াদি ক্লাস কয়া তমলে?"

"সিক্স তমলি। বোল য়ান তাই। বোমাদি কৈদৌরি?"

"লাইব্রিক তংলি। মথং চহীদা বি. এ. লোইগদবনি।"

"ইস! য়াম্না তম্মজাৎনিদনা! নঙোন্দগী হেন্নহুন লিরম্মনি! মশমদি ফগ্রবনিদা মদো।"

"তুবং ককথ-শ্রে!"

"ইহে!"

"খোংগ্রাওগা শেংলদনা......। ইনানগা থবগা কেহল্লে। মতা'মগী অঙাংনি।"

"কোক লাকমিন্নগেদে নঙসিম্ন....... । অহুবু খোংগ্রাও শেংলি হায়বহুদি থরবু ফরে মশম ককথংলি হায়বহুদি শাওনীংডিহে!"

"লোয়োইসিংবু শাগুনীংদবা কনাবু লৈরিবগে ?" ইভপ ভথা অবোক্লা হায়রকই, "আদদি মুংভাইরিনিনে ?"

"উন, — সিদা লৈবগা চপ মান্নেদা !" ঐশী পাউথুমসিদা ইনে খজিক নোক্লকই।

"নঙ মাখগা নোংমত্তা লাক্তে ত্তৌবনি। খঙদে কৈদৌঙৈ লাকপা ঙমদোইনো অঙাং ময়ামশিংসিগা।"

"খনবনদি কান্নদে ইনে, লাক্তে হায়বগা হেক্তা লাকপা য়াবক্তবু," অঙাং অহুম ইনাক্তা কোম্না লৈরিবক্তুদা হংজি, "নখোয়দি লাক্নীংব্রে ?"

খুমদে। নোকখি নোকখি ত্তৌক্তনা লৈ। ময়া তেকপম্ন য়াওই।

"লাক্নীংদ মান্নে," ঐনা অমুকম্ন হায়, "নমিংদি করি করি কৌই ?"

করি করিনো পঙহায়দা হায়রকই। কনা কনাগীনো খঙদে। অতোপ্পগুদি মমিং অক্তমবু হায়রকই।

"খারীদো কোম্না শান্নরো," অবোক্লা মরক খংলকই, "ঈশিংহু ইংখ্রনি।"

... ... ... ... ... ... ...

ঈক্লজক্লরগা থোক্লকপদা ইথোম্ন লৈরম্মে। চঙশিন্দুনা থুরুম্মুই। থুরুম্বসি ঐদি কয়া হৈনদে, কৈনোম ত্তোই। ইমানা ইথোগা অবোক্কদি থুরুমদবা য়াদে হায়রকই। "কুমারা, ইথোদি নশকপু খঙব্রেহে !" হায়না ইকোক্তা নাম্বীরকই। ইথোগী ফীভমহু চহীগা য়েংনরুরবদি থোইনবু কল্লি হায়বা য়াই।

তুম্নবগী মতম ওইশিল্লক্রে। ইধৌদি থওদে, অঙাংশিংদি তুমগ্রে। চাকশওহ্ ইনেগা অবোক্কা ঐথোয় অহুম্বক্তা ভাইয়ে। ওনাইদগী শাম্নরিবা য়ায়ীশিংহুদগী ঐনা খ্বাইদগী থওনীংলিবদি ইমান্নবশিংগী অমদি যমুনাগী মরমদনি। মথোয় মথোয়গী চপ্ চপ্ চাবা শক্তমহুনি ঐনা থওনীংলিবশি। ঐনা হংঙি,—"অবোক কেশ্বরজিৎহোয়দি কমদে রি ?"

"লো ওদ্রি। চহী অনী য়াংলি হায়ব্রা অমত্তা ভাইয়ে হায়ব্রা কাউরু কাউরে। ফুগী থিরে।"

"কেশ্বরজিৎপো!"

"মচা অমা পোকপ্রে!"

"কয়াম কুইরবা ?"

"চহী অহুম ফাররে," মথূং থেক্লগা অবোক্কা হায়রকই।

"যমুনাদি কমদোবি ?" ঐনা হংঙি, "মযুম পানথ্রবরা ?"

"পাম্রি," ইনেদা কক্লপ য়েংলুরগা অবোক্কা হায়রকই, "হো টল ফম্নি। মন্না মপাউ তাথিদবা কুইরে।"

"হোটেল কাম্নি হায়বা!" ঐওোন্দা তাইওয়না থোকপগুম-তৌই।

"ইবোপিশক্তি সিফাই ওইরে। ওবাংদা চংখিদা ভাইরি।"

"ঐস্তু থল্লিনে। কদাইদনো চংম্রিবদি ?"

"থকাদা।"

"কন্নি ওইনা ?"

"অহুকাদি থওদেদা!"

"ছোবিলরায়নি," ইনেনা হায়রকই, "কল্লিনো অমত্তু কাসোরে হায়।"

লুনা ভিল্লবশিংগী মরমদা হংবা য়াবা হংলে। য়ক্কল লৈখিত্রে হায়রকপদা খংপ্রেক খংতি। য়াম্না চুংঙাইত্তে। য়ামদাগতি শিলিগুরিদা লৈখিবা কুইরে হায়। হল্লিকয়ায়া চুকান চাউনা ফল্লি হায়।

'যমুনাত্তু ........?" ঐনা হায়, "লাইরিক্তি কদাই ফাওবা তমহৌবা ঙাংনো?"

"মেত্রিকুল্ব পাশ তৌত্রবরা তৌখিদবরা——খঙত্রেদা। কুইরে উনখিদবা।"

ঐ ছুমিন লৈ।

"নঙদি ইঙাও ঙাওরম্লনি," ইনেনা হায়রকই, "নঙনা সিদগী চংথিযত্তু কুইরে। লম্বাত্তু খঙলিত্রবে?"

ঐ নোক্তমক নোকই।

নোকখি নোকখি ইসেনা মথা তারকই,—"তুমলুরো তুমলুরো য়াররিনি।"

যমুনাগী মরমদা হংনীংবা খবদি হৌরি অত্তুবু মযুম পানত্রি হায়রকপদা পুক্তি সি খরা লুমথৈ। তুমফম কা তম্না চঙলকই। ত্রিয়ানা থারম্বা কমুত্তুদা লোংনা ছিপথৈ। জেকেৎ মন্থুংদা লৈরিবা মোইরাংফিত্তু ইলেক্ত্রিকী মৈঙান্দা ইহো হোনা উবগুম তৌই। সোইদনা মপু লৈরে খনবদা চুংঙাইবনা পীক থল্লি। মযুম পাল্লবস্থু, ঐনা খনখি,—মকমদদি সোইদনা য়োহনগনি। তুমথগে হোংবৈ,

য়াদে। তেবল মথক্কী লাইব্রিকশিংহ্ন অমা লৌরগা য়েংলুই। পুক্লিং চঙবদি ঙমদে। ······ যমুনাহু লাইব্রিক্তি থরাই য়াম্না য়াওজবনি, করম্বা খুদোং চাখিদবা লৈবনো······। কান্নরমদাই মতমচুঙ্কাওবা লাইব্রিক তম্বা চংখিদুনা উনখিদ্রবনি।

যমুনানা খ্বাইদগী থরাই য়াওজবা সবজেক্তি অহ্নি অদুগা খ্বাইদগী হৈতবসু অহ্নি। মসিদা মানা য়াজরিবা, হোংনবিবা অঙকপনি। হুনবা লৈতে, থৌনাবু ক্না কৈ। ক্লাস অনীদং হেনবা ঐঙোন্দা হংলৈ তা-নরৈ। স্নমিত্তু পরিক্ষা ময়া ওইশিল্লকপগী চরাং থোইরাংনবিডৈ, অমদি ইমানা চৈরম্বগী শাওনীংনা লৈরিডৈ মতমদনি মানা বই অমা পায়রগা চেল্লকখিবহু।

"দাদা, সে মসি, ··················অমুক্তো······· ।"

বিভুলা চুবা মানথৈ ফরক তাশিল্লকপসিদদি অশাওবা পুম্বা মাঙোন্দা হৈথরুই,—"করিনো চগৎ চগৎ! হৈত্রবদি তোক্লো!" মহাক ঐগী ইতৌহুদা ঙকপনা হাযনীংঙাই লৈত্রে। ক্না শাও-নীংলবস্নু নোংমতা অস্নুম্না ঐস্নু হায়খিদ্রি। হায়ঙম তোঙমদনা মপি ঈরা চেম্না লৈবহু উবগা ঐনা অমুক হায়,—"চংলো পরিক্ষা লোইরগা তৌসি।"

য়াম্না হৈনীংদনা মহাক চংখি। ইমানা, যমুনা কপলত্রা কৈদৌনরে হায়না হংখিবহু ঐস্নু ঐগী কাদগী তাই। খল্লি,— কপ্পা কপকল্লিবা! মহাক ইমানা হংবহু খুম্রমদনা অহুম্নক চংখ্রে। অস্নুম্না ঐথোয়নীগী মরক্তো কপ্পা লাউনবা অনৌবা নত্তে। কপ্পা হেক তোকপগা মহৌশাগুম লোইনৈ। ওসিগী মতৌসদি করম্বা য়াহৈদা কপথিবনো হায়বা ইমাদি খঙলমলোই।

চায়না যমুনা শাওগ্রমাম্লে, লাক্লে। ইমানা কৈদৌগ্রে হংজি। ঐসু থোকঅব। অমা অছুম থুম্মী। য়াম্না হুংঙাইরক্লে; অকোনবগী রাহৈ অঙ্কুতমক হায়রঘসু য়াবনি। অমরোম্মদি য়েংলেদবগী হুংঙাইবা অমা লৈ। অছুম ওইনমক করি কন্নিগুহদা মাগী নত্রগা ঐগী কাদা অহিং ফনা থেংল ফাওবা কক্ অমত্তদা তেবল অমত্তদা লাইরিক পামিয়ৈ। মানা ছুমহনা লৈরগা ঐনা হেক্লা পাম্না কাবগুম তেই। নক্লরুবগী হৈনবী অমা লৈ।

পরিক্ষা লোইরগ ফাওবা মহাক লাকখিত্রে। কন্নি খনগ্রবনো খঙনীংহনা চৎলুই। মাগী কা তন্না প্রপ-প্রপ চঙশিল্লি। অঙ্ক হোৎলিত্রা লাইরিক ইরিব্রা করিনো অমা তৌহনা লৈরম্মী। ঐ লাকপদা থংপ্রেক থংবা মাল্লি। ফলপ য়েংলম্নগা রাহৈ অমত্তা হায়রক্তনা লুকখহনা লৈ। বই অছুগা লাইরিক অছুগসু থুমজিনখি।

"করি ইরিনো?" ঐনা হংজি।

খুমলক্লে।

"শাওরিব্রো?" ঐনা হায়, "কুইনা শাওগ্রেদা?"

হন্দকসু খুমলক্লে। লুকথহনা অছুম লৈ। য়াম্না শাওগ্রমাম্লে।

"কৈসু লৈতবঙ্গীবু অছুক খৌনা শাওরিবহুবু ......। কদাই অক্কহু পীরকউ লোইনা হোৎপীরগে!"

"হোৎপীবু হায়দে ওঝা লৈজরে।"

খুমদি খুমলকই হায়ববু পাউখুমসিনা ঐবু য়াম্না রাহল্লি। ঈকাই হুংশি য়ামগ্রমাম্লে। ঐনা হায়,—"য়াম্না কৈনে। অছু ঐখোয়দদি লাক্লরোই?"

"ঐদি লাইরিক হৈতবীনি।"

"ফ্রককি, নঙতোন্দা লাইরিক হৈতে লাকয়ু কনানা হায়? মহুদনি ঐনা হেক হেক ফ্রিবদো!"

"লাইরিক হৈতে হায়ববু হায়জবনি। হৈবু হৈত্রো?"

ঐ তোকয় থঙদে। ফ্রগদবয়ু হঙোইরে। তোকয় থঙদনা ঐনা হায়,—"নঙনা পুবা ভমদবমথে হৈক্রু হেকপীগে, লাউ হেকউসি," মথুদাং পাক্ষুনা চিংখংলুই। কং কম্বোয়কই।

"হেকপীবু হায়দে তারক্লগা........!"

মথোয় য়ুম য়োত্রিত্তৈদা শায়কয় লমপাক অমা লৈ। লমপাক অদিদা হৈক্রু অসি হৌই। য়ায়া চাউই। মানা কাউ হায়হুনা কারবয়ু ঐনা হেয়া য়াংনা কারগা মহাক য়ায়া য়াজে। ঐনা হংজি,—"তারক্লগা কৈদোদোয়িবা?"

মহাক হায়গুম অমুক থুমলক্রে। ঐয়ু তোকয় হেয়া থঙলক্রে। অরোইবা ওইনা ঐনা হায়,—"ঐনা লায়ে হায়রফাওবা য়াজবনিনা চংলগেকো!"

"কদাই হায়রিবা!"

"হায়গে হায়য়ু হায়রোই তোকউ। ঐয়ু স্কুলাক লাক্লরোই হায়নবা য়ানজবদি।" থোংকাপ অমা কাদে ঐনা থাংতোরকপা, ঐনা ইল্লিবা ফিগী ফিনাদা কাহুনা থম্মী। কয়া কাজবয়ু লাম্বোকপা ভমদবগুমতোই। ঐনা হায়,—"ঙসাইত্তে নঙনা শাও-রিবসিদি লায়ে হ্য়দবগী ওইয়ে।"

"নথো হৈতে!" ঈকাইনা মমায়য়ু হৈশীনখি। খিতং লোকখিবগুমশ্নুতোই, "অকাও' শাবা থঙনি!"

ঐ খাংতন ভন্থয়কই। অপাঙ খৌনাদা হৈক্রু হেকপীগে, অঙন্থু লোইনা হোংপীগে কাইনা • •••। অত্থা তৌরমগনি খঙলম্লবদি ···· । য়াম্না তম্না মাঙোন্দা য়োংলুই। তবু তুগংলকই। কিম্না হৃনয়ে তৌবদগী হৌহুনা চেনখ্রে। ঐস্থু ইতক তুকথনা থোরকই।

······ ··· ···· অনম কনবগী লানখম কিয়ানদি মানা ভত্তনা পান্ন অহুগা কপ্পন্থু মানদা কপচৈ। মাগী ময়োঁবগী কিশি থোক্লবা তোংজবদা ঈকাই শঙোই ভত্তনা নংত্তি, অহুদন্তা মানা হরাওব্বৈ, হুংঙ্গাইরৈ। অহুগা মানা শাওখিবা ময়োঁখিবা ঐনা অস্থুকী মতিক কিরিবসিনা কঙিগীমো? ঐগা চহী লেপ্পাস্থু নত্তে। মানা চাউরৈ কমথিবগী চাউবদি মায়না উই।

অশেংবনি যমুনাদো ······। মাগী কপকনবা অহু কপ্রবস্থু ময়োঁশনবা অহুনি ফরমথিরোই। মতম কুইনদগী চংচগে খঙ্গিবা ঐঙোন্দা করিগী লাকপীরিবনো মণিপুরগা মায়বা ময়াবা নত্তে হায়রক্লবদি ঐ করি থুমগনি? ঐবু মায়থীবা তারদরা? পোক্ল-মকমবু হু শিবা খঙবক্সা ওইরম্রা? ওইবা তারেদনা কমদৌনি, — খঙবতনিনা! অহবু হয়েংদি নাপল অমপ্পা লোইননা মমাংদা লেপলুবা তারে। ····· ঐবু নীংশিংবা [illegible]রা? মমাংতৈগী দাদাহুনি হায়বতমক তারদরা? মানবু হেম্না নীংশিংলমগনি শোল্লমগনি। ময়োঁবগী মতিক মীবুস্থু খঙবনি! ঐবু উবদা হরাওগনি, হুংঙ্গাইগনি, পেল্লগনি অমদি ঙকনি! ঐস্থু মাবু উবদা ঙকনি। মপুং মরৈ ফাবরা ফজরবা শক্তম! মুজরবস্থু রাশিনা পীক খনবনি। মথুক্তা নৈবাকী চক্কু পায়হুনা পদ্মা

ভুরেলদা ঈশিং শোকপা চৎপদু কক্সরবী বাঙ্গালি চম্পুরাশিংগী ময়রক্তা ইচোপ চোপলমলোই। কক্সরমগনি স্নুংশিবনা পীক থন্নমগনি কপচেংশীহ্! অহুবু হান্না হায়গী পুকচেল ওইরমহুনা হৈক্রু হেকউ হায়রক্কনা! ... মানা ঐঙোন্দা হায়রক্কদবসি, ইরমদম মীরমদম অহু অদা কাইনা কোচিও করিও ..... ...। মহুদা ঐগী থুংসি ভুমিন্না লৈয়ু ম্যঃরকলোই হেক্তা ফুনীংলক্কনি। নত্তহুনা ঐনকা লকক্ লকক্ মাগী পাউথুম থুম্নবা তৌকয়বা, সোইরোই ঐবু পাতাল য়ৌনা ইষ্টরক্কদৌরিবনি। হৈথ্রবা! মাই যমুনা হায়রীদো। ভারতনা স্বাধিন্তা ফংলবদা ভারত্তা পোকখিবা চাউখিবা সাহেবশিং অহুগী মচা মশুশিং অহুবু ভারতনা তাম্বোরক্রবনি হায়রহুনস্থ ভারতপুদি কাউথম্লোই; সোইদনা নীংশিংলমগনি। পোক্লফমবু স্নুংশিবদি তমলুবা নক্তে মহৌশানি, জীবশিংগী মচংনি অহুনা মানস্থ হায়খিবনি,—"য়োকচবী ওইজববস্থ বাঙ্গলা দেশ, পোক্ল-ফমনি।" হয়েং মাদি অস্থনা হাংথি হায়বা ফাওবা কাউখিবস্থ ম্লাই; ঐবু শাওখিবদগী। কম্নাদনো! অঙাং ওইরিৈংগী পুক্সিহুনা ঐবু অঙাংগী রাখলদা চিংশিল্লিবসে। ফরে অমবু ওইববস্থ অমবু ওইরবস্থ মোইরাংফি অসিনা মাগী ইরমদম মীরমদম হায়বহুমদি কুপশিনবা ওন্বীবা ... ।

অতৈ ইমাম্নবশিংগীদা থেঙজরবস্থ যমুনাহোয়দদি থরো ঙম্না চংনীংবনি অহুবু মতম্না চংখিবনা মহাল্লে। ঙরাং কয়ম কান্দা তুমথখিবনো ঐনা হৌগংলকপদা ফনা থেংলম্লে। লমশাং লাক-পগী রায়ম্নানি থনহুনা হৌদোরক্ত্রবজাংনি।

"ঙ্কি হোংশিনহৃদি কদাই চৎক্লেগে?" অবোক্লা হংলকই, "কেশ্বরজিংহোয়দরা?"

"উম, যমুনাহোয়দস্থ চৎলুগে।"

"কৈকানবা ঙুপী ঙাক্কা লৈবা য়ুমহুদা!"

মতমগী কিজিনা মতম অমগী মরীহু য়োমশীনখিহুনা তোঙান তোঙান্না উরা মাল্লে অবোক্লা!

"অখোৰা হুই লৈবনি!" হায়রম্লগা চত্তখি।

ঐগী খণ্ডইদবা মওংসিদা তম্লবজাৎনি অবোকু। ঐস্থ মোইরাংখিস্থ জেকেং মন্নুংদা য়েপশিল্লগা খোয়ক্লে।

------শায়বুং লমপাক অহু য়োরকপদা ঐগী খোংথাংহু চপ লেপখি। হৈক্রু পাম্বীহু লৈরমত্রে! তুজখিবরা? য়াম্বংখিবা মাখ্রি ইলেক্ট্রিক পোষ্ট পুরি। লৈরম্বদি শাল্লমগনি; হৌজিক হৈক্রু খল্লা মতম নত্রি। লমপাক অসি পিকশিনবগুম নীংতি, য়াখলনরা? অয়াম্বা ইহোং হোংলে------।

যমুনাহোয়গী য়ুম য়োশিল্লকপদনি তশেংনা ঐঙোন্দা অণ্ডকপা অমা ওইতল্লে। হায়গী য়ুম ইখোলগী ফীভম য়াম্না কায়রম্লে। চিংনবহুম কাওরে। নাপি শীঙনাংনা পুলপ পুলপ য়ুমগী মমাংদা হৌখ্রি। নাপি শীঙনাংশিংহুনা খজিনহুনা কনা খঞ্জখিনি মতাগুম লোংশা মাল্লি। ভারা শানবগী মওংদা য়ুম অহু ইশাং শাংনা শারি। কোম্হোংদগী ইরাপ লাপুনা পাকখন খম্বা শঙ অমা লৈরি। হোটেল হায়বহু ওইবা তাই। মহুদা পুংকক্ চাউরবী ঙুপী মচা অমা কমলি। হোটেল তম্না চত্তশাল্লি। হোটেলহুগী

মহ্লুং অমম্লুং মপান্দা মী লৈবা উদে; তাদক ওইবা তাই। মুপী মচা অহুপী মনাক্তা চঙশীল্লি অহুগা হংজি,—"যমুনাহোৎগী মুমশিবু——•••——। নত্ত যমুনা খঙব্রা?"

ঐগী ৱাহংশিনৱা মুপী মচা অহু ঐবু ইত্তক ওক্লা য়েংলি। ইত্তপ তপনা হায়রকই,—"ইচে যমুনাবুৱা?"

ঈস! ওস্থোক্লা নক্লা হংলুরেদা ঐদি! "নত্তবু যমুনাগী মনাওস্থপীরো?" অমুৱা পিক্রিবা যমুনাগী মনাওস্থপীদ করম্না লৈরম্লিবা! থাখলসিনা লাম্বা কংদে। মচেশিং খোকপা নত্রগা মরী মতা অমা ওইরমগনি। করে ওইনীংবা ওইজসমু, "ঐবুদি খঙলিরোইদো?" ঐনা হায়।

"ঊম খঙদে। ইচেগা খঙনবা অম্বাম্বা ঐগা খঙনদে।"

করুম মুংঙাইরি, "নখোয়'চেদি লৈখিব্রা?"

"ঊম লৈখি।"

"হোটেলসিদি কনানা কল্লিবা?"

"ইমানা।"

ওঃ নখোয় ইমানা কল্বা ওইরে, "কাসিনা নঙনা য়োল্লিবা? ইমাদি কদাই চৎখি?"

"শীঙ লোবা।"

"পাবুংদি?"

"শিংখ্রে।"

"এ! করাম কুইরবা?"

"কুইরেদা।"

অস! করম্না লৈথিরবগাংনো?

"কা চাগদবরা? করি কানো?"

"নঙনা পীজনীংবা অমা। নমিংদি করি কৌই?"

"কৈকারবা ঐগী মিং খঙলগা?"

"ঐ নোঙ্গীংবা অমসু য়াওই, "নখোয়সিবু হুইগা লৈত্রনে?"

"লৈতে।"

অবোক্লা হায়খিবহৌবু কেথরজিৎহোয়গীরা? ঐ কোম্হোং লাম্না চঙশীল্লি।

"কা?"

"ইহে! খোরকপদা চায়গে।"

খুমাং ময়ায়হুদা ঐ চপ কেপ্পী। চেনা চেংনা য়োম্লিবা ফি অহু লৌখোক্লগা পায়। ফিসি অমুক পামদে হায়রক্লনা। ঐগা ইচনগগনি ফিসি লৈবা চংশহু। মচু থিবদা য়াবনা তপ তাই। পামদ লাক্তবগা, য়াবা নত্তে; হয়াওজগদৌরিবনি। কদোমদা চঙসিগে খঙায়রিদৌবা ময়ায় থংবা কা অদোমদগী হুপী খরা নোক্লকই। কনানো খঙনীংহনা তথায় লোয়রিবা খোংনাও- হুদা চেপথহনা য়েংলুই। ইহে! হুপী খরা মফি হোংহনা লৈরম্মী। করিগুম্বা ফাগি অমগী নোকপা ওইরিনি।

"যমুনা, যমুনা!" ঐনা কৌই।

মশক মতো কজবী লৈশাবী (লৈশাবী মাল্লি) অমা খোক্লকই। মী অমা লাকপগী খোইনা খোশাবা তৌদে। মফি ইকোম কোম্মী। ফিগা য়াওদবা ফুরিং হুমত্রাক হুমত্রাকপা অমা

লিংলি। খোয়খাদা শেংলিবা কনেক অছু খিতংদি চিংথংথি হায়ববু মহুনা হেয়া হকচাংগী শরুক মশান থোকপগুমতৌই।

"যমুনা হায়ত্রা ?" ওহাক্কী মতুংদা সুপী অহুনা হায়রকই।

"উম।"

"য়ানি কাথংপীরকউ," ঐগী ইতৌদা ওহাক য়েংলম্লগা সুপীত্থ চওথি।

ঐদি য়াখলবু ইতৌবু তৌহৌদে; ওসাই অবোক্লা সুপী ওাক্লা লৈবা যুমহূনা হায় খিবছুবু……। ঐনা খওবদা যমুনাগী মমাগা মনাওসুপী অমগনি। হৌজিক থোক্লকপী অছুদি নত্তে। কা য়োলহৌবী অছুম্ব নত্তে। হৌজিক থোক্লকপী অছুবু ।

মখোয়না মফি হোংখিবা কা অছুননি ঐবু পুশী্লবসি। থোইদোক্লা মোত্রবস্ব কা অছু কয়া তোইনা লোইশিনবীদে খওভি। কাচিন্দা য়ু লিক্লি অহাংবা থরস্ব তাহুনা লৈ। মসিনা ঐবু অওকপা অমা ওইহল্লি। সুপী অছুম অমস্ব চওলক্লুনা ঐগা মায়য়োক্লবদা লৈরিবা ফানশাংহুদা ফমথরকই। ঐবু য়েংলগা মখোয় মশেল মোমোন নোক্লুনা লোম্হোক্লনা রায়ী শায়বগুম তৌই।

"যমুদা ?" ঐনা হায়, "মাবু…… ?"

"মহাক্তি ঈকজরি।"

ঐ খিতং সুংঙাইদা ফাওই; মখোয়গী মরক্তা যমুনা য়াওরমদবদা। করিগীনো করিস্ব হায়জগা সুপীশিংসিদা ঐনা হৈনরুত্রিবসে ?

"মহাক নত্তবা অমা······ ···," অমনা হায়রকই, "ঐকাইবীসু মীকুপ অসি অদোমগীনি।"

ঐ জ্ঞান তাবা থরা রাই; ঐনা চিংনরুগদবা থাজরুগদবা মফম অসিবু··· ·। ঐনা হংঙি,—"রারেবীগমু মম্নামবু যমুনাগী ······?"

"অদোমবু ঙসিদা লাকপীববা?"

"নত্তে।" ঐনা মথা তাবা নংঙ্গ্রিঙৈদা মুপী অমনা উসিত্তনা হায়রকই,—

"যমুনাবুদি খঙবীদনা?"

ঐনা হায়গে খল্লম্বদি মফম অসিদা ঐহাক লৈরম্মী হায়ব-ছুনি। ঐনা খুম্মী,—"উম; খঙঙি, মুম্না খঙঙি।"

"ও, যমুনাবুদি খঙলীবোইরে!" করেম্নবা মীনোক অমগা লোইননা মথা তাবকই, "মফম অসিদা যমুনাবু খঙবা অমনা ঐখোয়বু খঙবীদবসি য়াম্না অঙকপা অমনি। অহুবু ঙক্নীংঙাই ওইদে, ঙকহনদবা য়াই," হায়না হায়৽। ঐগী নাক্তা চঙলকই। য়াম্না নক্না, মশা পুম্বা ঐঙোন্দা ঙাথবগা, "থাজবিরব্রা? ঐখোয় মাগী মরূপনি মাগুম্বনি!"

"ননসেন্স!" ঐহাক ফুক হৌগৎলি, মুপী অহুবু লম্না ইম্থোকই। অমুক হন্না ওনশিল্লম্বা তোদনা ঐ অহুমক থোরক্লে।

"এ! বাবু কা?"

ঐ চপ লেম্নী। মনাক্তা চঙশিল্লি। অঙকপা থাজদবশিংগী রাহংতনা থল্লবা মীকুপসিদা মাম্নু অমনি। পাপ চঙত্রিবা মাগী

পুন্সি .—, অহুবু লৈদ্রৌরিবশিং অহুপী মরক্তা। ঐ খঙনীংগ্রে, ওইরিবা অমদি ওইরক্কদবা মাপী পুন্সি। ঐ খঙনীংগ্রে। মহাক কনানো? ওইনীংবা ওইজসহু। অহুবু কয়থা মতমদা বাঙলা দেশকী মারীনা ঐবু নোকহনগনি?..... বাঙলা দেশপুদি মারো-দবা ওমদে ঐ। খঙদে, মাপী করম্বা নাউমোক্কো!...... ঐ হু মথম খঙদে!

"কৈদৌরে?"

"অঃ কৈন্নু তৌদে। কদাই কা?" রুমান লৌথোক্লগা হুমাং নপথোক্কে তোবদা ফিহু উরকই। মসিবু পীবম্মরোইদরা এবু? করম্বা অমুক চঙলুগনি ..? করম্মা ওইথিবনো? ঐবু উবদা মহাক ঙৈকাইগনি ..। পীররোই, মমল ফংগ্রসহু ফিসিগী ......। "নথোর ইমা লাক্লিবরা?"

"উম," কা পীরকই, "কৈনো পায়রিবহুদি?"

"কিনি!"

"করি ফি?"

"খঙদে! নঙ লৌজরো।"

"এ!" ঐঙোন্দা ইঙক ওক্কা য়েংলি।

"ইহে! য়েংহুনা লৈরেনে, ফাগি নত্তেনে!"

তম্মা লৌথি। হাংদোক্লগা য়েংলি।

"কাপী পৈশাদি কয়ানো?"

"পীরমত্রবশু য়ারে!"

হয়াওবনা লোইরে মহাক। ফনত্তুম ফরে মত্তোল্লা পীরম্বগিছুম। ফাহু পায়রগা ঐ থোরক্রে। চংনা চংনা ঐনা হংডি,—“নঙগী খিংদি হায়ক্রেনেকো।”

“মেমতোম্বী কৌঅ,—নঙগীদি?”

“কোম্না থওজরকচনি!” য়েংথোকলুবদা হয়াওবা হুংঙাইবনা ফুপলবা মায়থোংহুনা ইওক ওক্লা ঐবু য়েংহুনা লৈরমী।

—( : )—

